# শৈরেং লৈতেং

( শৈরেং খোঙচং Prosody য়াওরবা )

**Manipuri Rhetoric & Prosody**

লেংবা—

কালাচান্দ শাস্ত্রী

ফ্রেণ্ডস্ এণ্ড কোং

শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল

ঋতুপুষ্পা গ্রন্থমালাগী ] [ মমল লুপা ৩·৫০

# হীরম-লামায়

হীরম লামায়

হীরম লামায়

---

# শৈরেং-খোঙচৎ

## শাস্ত্রীয় ছন্দ

| বিষয় | পৃষ্ঠা |
|---|---|
| ১০। মদলেখা | ২৩ |
| ১১। অনুষ্টুপছন্দ | ২৪ |
| ১২। পদ্যলক্ষণ | ২৫ |
| ১৩। মানবকক্রীড়তকম | ২৭ |
| ১৪। নগস্বরূপিণী | ২৮ |
| ১৫। তনুমধ্যা | ২৯ |
| ১৬। বিদ্যুন্মালা | ৩০ |
| ১৭। চম্পমালা | ৩১ |
| ১৮। মণিবন্ধ | ৩১ |
| ১৯। শালিণী | ৩২ |
| ২০। ইন্দ্রবজ্রা | ৩৩ |
| ২১। উপেন্দ্রবজ্রা | ৩৪ |
| ২২। উপজাতি | ৩৫ |
| ২৩। আখ্যানকী | ৩৬ |
| ২৪। হংসী | ৩৬ |
| ২৫। বোধক-ছন্দ | ৩৭ |
| ২৬। স্বাগতা | ৩৮ |
| ২৭। বৈশ্বদেবী | ৩৯ |
| ২৮। তোটক | ৪০ |
| ২৯। ভুজঙ্গপ্রয়াত | ৪০ |
| ৩০। দ্রুতবিলম্বিত | ৪১ |
| ৩১। হরিণীপ্লুতা | ৪২ |

## লৌকিক ছন্দ

# শৈরেং লৈতেং

## অহানবা পন্দুপ্।

---

"মী" কদায়বু কৌবগে হায়ন হৈংবদ চপ্ চান, অব্যাপ্তি (চাথহোব) অতিব্যাপ্তি (হেন্দোক্‌খিব) অমদি অসম্ভব (ওই-থোক্তব) হায়ব দোষ অহুম্ অসি য়াওদন সংজ্ঞা (Definition) পীবদ লুন-ৱান থোকপ অত্তুদগী "ফজবা" হায়বত্তু কদায়বু কৌবগে হায়বসিগী পাউথুম্ পীবদন অমুক্ খর হেন্না লুন থোক্‌ই। লৈপাক্ অমদ ফজৈ হায়ন লৌনচংনরিব লমচৎ, ৱাঙাং-খোন্থোক, চাক্‌চা-ফীজেৎ, লৈতেং, অত্তুদগী হেন্দোক্তুন, চৎপ-ফম্ব মতমদ খোঙ্-মথাং-থুংহাই ফাওবসি, অতোপ্পা লৈপাক্ অমদন নোক্নীংব ভুক্কচব ফংন অথীব ওইন খোক্লই। করি-করিগুম্ব দেশকী মুপী নহাশিংন মাসিন মফজরে হায়ত্তুন, মনাকোংদ মনাতোন্দ চাউর চাউরব, লূম্লব সনাগী লুপাগী চঁাদীগী কোন্থোঙ য়াল্লি। মাসি চৎনদব অতোপ্পা দেশ অমগী মুপীশিংদদি নোক্নীংব ভুক্কচব, অকিব-ফাও ফংন অথীব ওইনা থোক্‌ই। অত্তুনা, "ফজবা" হায়বসিগী মও অসি দেশ দেশগী খেন্নে। ফজন শেম্‌শাব হায়বসি তাইবং মীওইবন খিং হেন্না তৌই। মীন মশাবু ফিজেৎ লৈতেংন ফজহনব অত্তুদগী হেন্না মহাক্ল লৈনব য়ুম, তোংনব শগোল শামু দোলাইনচিংববুসু মথল মথা অয়াম্বা লৈতেং যোম্জিন্দুন ফজহল্লি।

"ফজহন্‌বা" হায়ব থবক অসি, তাইবং মীন মপানগীন হুক্‌চাংদ, মনুংগীন পুক্নীংদ-থম্মোয়দ তৌনৈ। মপান্‌গী হকচাংগী ফজনবা লৈতেং-বুনা, মপানগী পোচ্চেন হায়বদি সনালুপা মণিমুক্তা, লীকোল, ফিরোল, মনমনুংশিব মচুফজব হৈ-লৈ মহী-মকৃপ নচিংবন থোকহল্লি-ওইহল্লি। অতুগ, পৃকচেলচাউব, নুংশি-হৈব, থৌজালহৈব অসিনচিংব থম্মোয়গী (মনুংগী) লৈতেংবুন মপানগী থবক, খিত্তোয়নদি, মপানগী ব্নাহৈ ব্নাঙাং-ব্নারেংন, খোম্হোক্নী অনেম-অব্নাং, অকল অথোংকী লৈতেংন-মথংন ওইহল্লি। অতুনা, তাইবংমীনা পাল্লিব, অমদি শেমশাতুনা উংনীঙলব "ফজবা" হায়বসিমক্তবু, অতোপ্প ভমগী মফমদ উংননবগী দমক্ত ওইগল্লি। সনালুপা ফিরোন্ন হকচাং-কায়াং খি ববপু ফজহন্‌বসিদনমু পেন্দতুনা, খোঙথাং-খুংহাই, মীংয়েং-নায়েংনচিবনু লৈতেং ওইহন্দুন ফজহন্‌গদবগী হোংনৈ। মরম্‌ অতুনা, মান শাদব (অকৃত্রিম ওইব) পোশকপু নীঙথিন শেমশাতুন ফজহন্‌বসু য়াই, মীগী খুৎশেম্ন থোক-হনব (কৃত্রিম-artificial) লীক্‌ কোল্‌ খুজীনাচিংবনমু, তাইবং মীন মশাবু ফজহল্লি।

থম্মোয়গী ফজব-গুণশিং অসিবু মপান্দ ফোংদোক্নে হায়রবদি ব্নাহৈন-ব্নারেংন ফোঙদোক্নি হায়বসি মথক্ত সম্পংন পনখ্রে। তাইবং মীনা ব্নাহৈন ব্নাঙাং-ব্নারেংন ফোংদোকপত নভুন ফিজেং-চাক্‌চানমু, মীং-য়েংনায়েংনমু মনুংগী ফজববু হায়বদি থম্মোয়গী ফজববু ফোংদোক্নে হোংনৈ। ডাকু-হুরান্‌বা অমনমু ভৌশন্নব ফিজেংন, শাশিন্নব পুকচেল চাউবা, সাধূ-মহাত্মা ওইবা, থৌজাল্‌ হৈবনচিংব গুণশিং অসি উংননব হোংনৈ। মরম্‌ অতুনা, তৌশিন্নব ফজববু ওইরবমু, চান্নব ফজববু

ওইরবস্থ, "ফজবা" হায়বসিতবু ওইরবদি "ফজববু উংনীগুবা" হায়বাস জীব গী, বিশেষ ওইনা, তাইবং মীগী স্বভাব ( nature ) নি।

রাইন, রাভাং-রারেংন ফোংদোক্লে হায়ফুনস্থ "এ পূকচেল চাউই," "এ থৌজাল হৈ" হায়ব ঈরায় লায়ব অচম্ব বাক্য ( রাভাং-রারেং ) সিগুম্বসিতনস্থ, অতাব মীগী নাকোংদা থাজবগ লোয়নন তাইনব হেক্ য়াদে। রারেংদ অমদি রাভাংগী মমুংদ অনেম-অরা, অকল্-অথোং প্রমাণ-পাম্বে, রাইগী খোম্লোক অমবু তেম্ন হায়জিন্বা শাংনচিথোক্পা অসিনচিংব মচাক মথল মথল য়াম্ন চঙভি। স্বর-ব্যঞ্জন ময়েক্শিংন রাই ওই, রাই কয়া কয়ান রারেং-শৈরেং ওইখি। অতুনা, থোংন-নৌন, কম্ন-য়াক্ল খোম্লোকহনব ময়েক্কী মপৈনা শাব অতুগুম্ব অকন্ব, অথোংপ, অয়াকপা, রাংশিং অতুতন বাক্য ( রাভাং রারেং ) গী লৈতেং ওইগনি। অতুগুম্ব লৈতেং অতু "রাই-লৈতেং" ( শব্দা-লঙ্কার ) কৌই। প্রমাণ পাম্বেনচিংবনা অর্থগী লৈতেং হাপ্লতুন "অর্থ লৈতেং" ( অর্থালঙ্কার ) কৌই। ময়েক্কী অমদি রাইগী খোম্লোকী অয়াকপ অখাবনচিংবস্থ লৈতেংগী মমুং চম্লি।

দেশ দেশগী চংনবী, নিপা মুপীগী ফিজেৎ লৈতেং অসি অমগমগ মান্নদে হায়নসি মথক্ত হায়খ্রে। মরম্ অতুনা, শব্দ, রাভাং অমদি লোলশিং অসিস্থ অমগমগ মান্নদবন, রারেং রাভাংশিং অসিদ হাপ্লকপ রাইগী, রারেংগী অমদি অর্থগী লৈতেংগী মওংস্থ অতুগ হাপ্ল-মহাপস্থ অমগ অমগ থক্ মান্নরোই।

রারেং রাভাংদ লৈতেং হাপ্লবসি শৈরেং ( পদ্য ) গী মওংদ লৈব রাভাং রারেংতদ তৌনরকপ—চংনরকপ ওইনতৌই। থাঙ্গৈশংবদি, শৈরেং নতুব চুম্নগী গদ্যগী মওংদ লৈব রাভাং রারেংদস্থ লৈতেং হাপ্ল

য়াই। শৈরেংগী মওংদবু ওইরবস্থ চুম্নগী ভাঙন শানবদ পীক্তিন্নব গদ্যগী মওংদবু ওইরবস্থ লৈতেংশিং অসি হাপ্লগ কাব্য হায়বত্থু অত্থুম মওই। কালিদাসগী শৈরেংগী মওংদ লৈব রঘুবংশস্থ কাব্য নি, ভাঙনশানব (গদ্য) গী মওংদা লৈবা, বানভট্টগী কাদম্বরী স্থ কাব্যনি।

শৈরেং অমবু লৈতেংব তাৱবদি, মত্থুদ য়াওরিব ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ-খোম্থোক খুদিংগী খোঙচৎ শাজৎ (ছন্দ), অথুম-অয়ারুচিংবা মহাউ (রস) শিং অসিন অত্থুগ ময়েক্কী, ৱাহৈগী, ৱারেংগী প্রমাণ-পান্থৈনচিংব লৈতেং (অলঙ্কার) শিং অসিনা, মচাক ওইত্থুন লৈতেং-গদবনি। অত্থুগুম্ব লৈতেংখ্রব ৱারেং-শৈরেং কয়ান কবিতা, কাব্য ওইখিবনি। অত্থুনা, কাব্য কদায়বু কৌবগে হায়রবদি—"রসাত্মকং বাক্যং কাব্যম্"—অস্থুম্ন হায়নরিবসিনি "শৈরেংগী মহাউ" (রস) হায়বসি করিনো হায়বত্থু রস'গী মতাংদা নৈনরক্কনি। শৈরেংগী লৈতেংদি রস তনস্থ ওইদে। মপান্দ থোম্জানব লৈতেং অমদি খোঙচৎ শাথেরুস্থ ওই। মরম অত্থুন খোংচং—লৈতেং—মহাউ (রস) অত্থুম্ অসিনা নিয়ম-বিধি কায়দন পূল্লগ শৈরেংগী মপুং ফারব লৈতেং ওই। লীক্কোল য়াম্ন শিরবস্থ, য়াম্ন ফিজেৎ লৈতেংলবস্থ ফৈরেং ভুরেং হেক মচৎলবদি ফিজেৎ লৈতেং অত্থুতন মী অত্থুগী ফজবত্থু মপুংফান ওইহন্দে।

মুম্ন খন্থরুরবদি শৈরেং-মহাউ (রস) হায়বসিদি শৈরেং অত্থুগী থৱাই (আত্মা) ওইত্থুনা লৈরিবনি। থৱাই মহাক্ন য়াওরেবদ মপান্গী অসিব হকচাংদ লীক্কোল্ থোম্জিল্লুত্থুনা ফজব য়াদব অত্থুগুম্ন মহাউ (রস) য়াওদব শৈরেংদ মপান্গী লৈতেংশিং হায়বদি ময়েক্ খোম্থোক্ ফজবা, ফজফজব ৱাহৈ, ফজ-ফজব প্রামাণ-পান্থৈ, পান্দম্-চাংদম্নব

ৱাহৈশিংবু ফন য়াম্ন থোমজিল্লবসু ফজো হায়ব ঈয়া য়াদে। অদুমকপু, "শৈরেং লৈতেং" হায়ব লাইরিক অসিগী অহানব পন্দুপ অসিদদি লৈতেং ( অলঙ্কার ) গী মরমতদ ইগনি।

---

## ৱাহৈ-লৈতেং ( শব্দালঙ্কার )।

স্বরময়েক্কুনসু নত্রগা ব্যঞ্জন ময়েক স্বরগ লৈমিন্নবনসু ৱাহৈ ( শব্দ ) অম ওই। অদুনা, ৱাহৈ অমগী মশাদ লৈতেং হাপ্পদ "ময়েকী লৈতেং" ( বর্ণালঙ্কার ) হাপ্পনা অথোইব অমদি অহান্ব থবক্নি। ময়েকী লৈতেং ( বর্ণালঙ্কার ) অমদি ৱাহৈ-লৈতেং ( শব্দালঙ্কার ) হায়বসি স্বরময়েক্ ব্যঞ্জনময়েকশিংগী থাইদোক্-থাইজিন্নবনা, মথংমনাও নাইন লৈব-লৈতবনা, অদুগ খোঙ্থোক্ মশেল্ অমতগী ময়েকশিংনা মথংমথং লৈথনখিবনাচিংবন ওই। ৱাহৈলৈতেংগী মশক্ মমিং খুদম্ মথং মথং ইার।

### ১। "রস-কন্ন-তুংইনবী" লৈতেং।
### [ অনুপ্রাস ]

শৈরেং-ৱারেং অমগী মনুংদ য়াওরব ৱাহৈ ( শব্দ ) দ স্বর ময়েক মশা অমতগ তিম্নদুন ওইরবসু, তোঙাল তোঙান্ন স্বর ময়েক-শিংগ তিম্নদুনবু ওইরবসু, খোঙ্থোক্ মশা অমতগী ব্যঞ্জন ময়েক্শিংন অনীরক্-অহুম্নক্ হন্ন হন্ন লাক্লুন ৱাহৈ অদুবু তাব মুংঙাইহল্লবদি লৈতেং অদু "রসকন্নতুংইন্বী" লৈতেং [ অনুপ্রাস ] হায়ন কৌই।

শৈরেং অমগী মহাউ (রস) থোক্‌হন্নবদ অমদি পীবদ চপ্‌চান, কম লেঙদন রস অহুগী মতুং ইল্লি হায়রুন লৈতেং অসিবু "রস-কন্নরুংইন্বী" (অনুপ্রাস) কৌবনি মাহুদি ঃ—

"থম্মোয়-থম্বাল্ থারিকথা"

× × × ×

"থবাক্-থাজ-থানিন্দা"।

× × × ×

মফম্ আসদ অহানব খুদম শৈরেং মতেক্ অসিদ অ-আগতিন্নব থ হায়ব ব্যঞ্জন ময়েক্ অসি ৱাহৈ খুদিংগী মকোক্ত অনীরক-অহুম্নক লাক্লুনা খোংহোক্ মশা অমতগুম্ শ্রুতি (ভাব) পীহুন শব্দগী লৈতেং ওইন লৈরি। অনীশুব খুদমদ থ-থা হায়বসিদন মথং শিংন অ-আ হায়ব স্বর ময়েক অনী অসিগ তিন্নন, থ অসিন খোংহোক্ মশা অমতগুম্ শ্রুতি পীহুনা শব্দগী লৈতেং ওইন লৈরি। স্বরন তোঙাল্ তোঙাল্লবসু "থ" হায়ব ব্যঞ্জন অসিদি মশা অমতনি। থ অসিন ৱাহৈ খুদিংগী মকোক্ত হেক্ হেক্ লাক্লুন মান্নব খোংহোক্নী ইপোম্ অমমম পীরি। অহুনা, মথক্কী শৈরেং ৱারেং পঙ্‌ক্তি অসিদ য়াওরিব লৈতেং অসি "রসকন্নরুংইন্‌বী" (অনুপ্রাস) হায়ব লৈতেং অহুনি। মান্নব ব্যঞ্জন ময়েংশিংন তগুপ্ তরেংন ফজব পীব অসিগুম্ন স্বরময়েক্‌শিংন পীব ঙম্দে। অহুন, স্বরময়েক্‌শিংতগী হন্ন হন্ন হায়ব-ইবনা থাস্নশেংব অনুপ্রাস হায়ব অলঙ্কার অহু ওইব য়াদে।

"রস-কন্ন রুংইন্‌বী" (অনুপ্রাস) লৈতেংগী মরমদা মুন্ন য়েংগদবা ঃ—

হন্না হন্না তাহনগদব ময়েক্ অতুগী ফম্ফম অতু ম্বাহৈ তোঙাল্ তোঙানবদ অমত্ত ওইন লৈগদবনি, হায়বদি ময়েক অতুন তোঙাল্ তোঙানব ম্বাহৈশিংগী অহানববু ওইরবস্ত, অনীশুববু ওইরবস্ত, অহুম শুব-মরিশুববু ওইরবস্ত, ফম্ফম অমত্তগী ওইন লৈগদবনি। অহানব অনাশুবনচিংবদ লৈ হায়বন অনুপ্রাস ওইবদ কায়ব লৈতে। মাতুদিঃ— "মচা চান চানবা মনা" হায়বদদ "চ" গ "ম" অনী অসি অনীরক্ অহুম্বক হন্নদি অতুন মরাকই। অতুবু, "চ" গ "ম" গ অনী অসি ম্বাহৈ খুদিংদদি লৈ হায়ববু ফম্ফম লেপ্পে। অতুনা, অনুপ্রাস (রসকন্ন তুংইনবী) লৈতেনি হায়তুন মথক্কী অহুন্না শৈরেংব য়াদে। অসিগুম্ন, নীংখম-খম্নীং, মৈকোক্-কোকমৈ, খাচলা-লাখাঙ, শিংলি-লিশিং, নিংখা-খানিং" অসিগুম্ব মচাক্ক অনুপ্রাস অলঙ্কার শেম্ব য়াদে।

"থম্মোয় থম্বাল্ থারিক্-থা"

"থবাক্ থাক থানিন্দা"

হায়বসিদদি "থ" হায়ব বাঞ্জন অসিনা ম্বাহৈ খুদিংগী অহানব (মকোক্ থংব) ওইনা লাকপসি ঈকায়-কায়দে। অতুনা, মথক্কী শৈরেং পংক্ত অনীসিদ য়াওরিব লৈতে' অসি "রস-কন্ন তুংইনবী" (অনুপ্রাস) হায়ব লৈতেং অতুনি। "থ" অসিদ তোঙাম্বোঙানব, স্বর ময়েক তিন্নবদি য়াই। মাতুদিঃ—"থ" অসিদ অমুক্ক "অ", অমুক্ক "আ" লাকই, মসিন অনুপ্রাস ওইবদ কায়ব লৈতে। মতাং অসদ জয়দেবগী "কোকিল কূজিত কুঞ্জকুটীরে" অসিনচিংব য়েংবন ফে। অহুন্না ঃ—

"কদাইদ করি কনা লৈ,
হায়ন কপ্লি কবিনা।"

"খঙ্‌ব-খঙ্‌দব খায়গনু,
খঙ্‌বদু খঙ্‌দবগ 'মন্তনি খঙ্ভু।"

অসিনচিংবদসু অনুপ্রাস হায়বা লৈতেং অমু লৈ। অদুনা, অনুপ্রাস অলঙ্কার হাপতুনা শৈরেংগে হায়রবাদ

"লখা লখা মখল্ মখল্
ফংখিনিদুম্ মখল্লু।"

× × ×

"মুজা কুজা কোৱীনা।"

অসুম্ন শেমগদবনি। মথক্কী খুদমশিং অসিদ "খ" হায়ব ব্যঞ্জন অসিন অমুক্ক অ, অমুক্ক আ, অমুক্ক ই গ লোয়ননা মহাক্ক লৈক-লৈকব ৱাহৈ খুদিংদ অনাশুবা ফম্ফমু ঈথা থাদোক্কে। অদুগ খুদম অমদন, "জ" অসিন "আ" গ লোয়নন, মহাক্ক য়াওব ৱাহৈ অনীমক্ত অনী-শুব ফম্ফমদু ঈথা থাদে। "ক" অসিসু অমুক্ক "উ" গ অমুক্ক "ঔ" গ লোয়নন, মহাক্ক য়াওব ৱাহৈ খুদংগী অহানব ফম্ফমদ হেক হেক লাকই। অদুন অর্থদ থোইন লৈতেংত্রবসু শব্দদ লৈতেং হাপ্লি। অদুনা অনুপ্রাস হায়বাস ৱাহৈ লৈতেং (শব্দালঙ্কার) নি, অর্থ-লৈতেং (অর্থালঙ্কার) নত্তে। "রস-কন্ন-তুংইনবী লৈতেং" অসিবু অলঙ্কার শাস্ত্রদ সংস্কৃতদ "ছেকানুপ্রাস" কৌই।

## "রস-কন্ন তুংইনবা" লৈতেংগী মখল

"রস কন্ন তুংইনবা" (অনুপ্রাস) হায়বসি অমুক মখল মঙা থোক্ক খায়রি। মাদুদি:—

১। হৈশিংবী—রস-কন্না-তুংইন্‌বী.........ছেক।
২। শৈরেং—খোঙ্‌চৎ-তুংইনবী............বৃত্তি।

৩। খোঙ্মোক্ 'মত তাহন্বী··· ··· ··· শ্রুতি
৪। অর্থ তোঙান্তাহন্বী ··· ··· ·· লাট
৫! মতোন্তাব নাম্নবী ··· ··· ··· ··· অন্ত্য

মখোয় মঙা আসনি।

মখোয়গী মঙং অমদি খুদম্ মখাদ মথংগীদা ইরি :—

## ১। হৈশিংবা-রস-কন্ন-তুংইনবী
### ( ছেকানুপ্রাস )

স্বর, ময়েক্ন তোঙাল তোঙান্ন তিন্নবসু, ময়েক মশা অমত্তন, নত্রগ অমদগী হেনব ময়েকশিংগী খোঙ্মোক্ অমত্তন পুন্নপ, অনীরক হন্ন লাকভূন শৈরেং পঙক্তি অমগী লৈতে ওইহল্লবদি, মাহু "হৈশিংবী রস কন্ন তুংইনবী" লৈতেং ( ছেকানুপ্রাস ) হায়ন কৌই। মাহুদি :—

"তান্নানা ঁতাংলৌ খেঙ্বদা
খোংলক্পা খোঞ্জেল্ তাবদা"
× × ×
× × × ॥

মফম্ অসিদ অহানমা পঙক্তিদ "ত" অসি তোঙাল তোঙানব রাহৈদ অনীরক্ লাক্লি। অনীশুবদন "খ" অসি তোঙন্তোঙানব রাহৈদ অনারক্ লাক্লি। অহুগ পঙক্তি অনীমক্ত বদা ( ব+অ +দ+আ ) হায়বা ময়েক অহুমগী খোঙ্মোক অসি খোঙ্মোক্ অমতদ তোঙাল তোঙানব রাহৈদ অনীরক লাক্লি। অহুগ মখোয় অসিন মান মান য়াওব রাহৈগী অহানব- অনীশুব-অহুমশুবনচিংব মফমদ

লৈবদু ঈকায় কায়দে। অদুনা, মাসি "হৈশিংবী রস-কয় তুংইনবী" (ছেকানুপ্র'স) হায়ব লৈতেং অদুনি। মাগী খুদম তক্লক্লং অমুক মথাদ ইরি ঃ—

(ক) কনান কৈদগী লাউরকপা ?

(খ) কম্‌বোং থৈবোং কনান হাউই ?

(গ) অহিং থেঙবদ, থম্বূ থেংনা
কেদুন চৎলিবী ! কনানো ?

(ঘ) লৈমকোন্দ শাৎপীরা, ব্বারক্‌পোন্দ য়োক্‌পীরা ?
শানৌ তনৌবী নহাক্‌পু ?

(ঙ) খরুং মপান্‌ খোশাব

মথক্কী শৈরেং মতেক্‌শং অসিদ, অনারক্‌ হুন্ন লাক্‌প ময়েক্‌ নত্রগ ময়েকশিংগী ফম্ফম্‌ অসি অমত্ত কায়নদে।

## ২। শৈরেং খোঙচৎ তুংইন্‌বী

### ( বৃত্যনুপ্রাস )

শৈরেং খোঙচৎকা মতুংইন্ন ময়েক্‌ মশা অমন নত্রগ অমদগী হেনব ময়েকশিংগী মশাগী খোন্থোক্ল অনারক্‌, অদুগ মদুদগী হেন্নসু লাকতুন শৈরেংগী লৈরেং ওইহল্লরবদি মাদু "শৈরেং খোঙচৎ তুংইনবী" (বৃত্তি অনুপ্রাস = বৃত্ত্যনুপ্রাস) হায়ব লৈতেং অদুনি। অলঙ্কার শাস্ত্রদসু বৃত্তি ( খোঙৎ ) গী মতুং ইন্ন হন্ন হন্ন লাকই হায়দুন বৃত্ত্য নুপ্রাস কৌবত্তনি। মাদুদি ঃ—

"তাংলৌ থেঙ্বদ তাম্নাগী, তাম্ খোঞ্জেল্ তাবদ
কায়নবী-থম্মোয়-চেল্লাগ্নু, তাম্না নাক্তা পাইখরে।"

মথক্কী শৈরেংদ অহানব পঙক্তি (পাদ অনী) দ লৈরিব লৈতেং অসি "শৈরেং খোঙচৎ তুংইনবী" (বৃত্ত্যনুপ্রাস) হায়ব লৈতেং অদুনি। "তা" (ত্+আ) হায়বসিন, মথং মথং ল্লাহৈ অমমমগী অহানব (মকোক্) ফম্ফমদ লৈদুনা চাং অমতদ খোম্লোক্ পীরক্লি। রস পুথোক্লবগীদমক য়েং য়েংদুনা ময়েকশিংগী মফম্ চান চান লৈবদু বৃত্তি কৌই। হায়রিব লৈতেং অসিমক, ময়েক্কী খোম্লোক মতুং ইন্না অহুম থোক্ল খায়রি :—

(ক) ট বর্গগী ময়েক্তি থাদনা, অতৈদি থোংন-নৌন মেঙন খোম্লোক্ পীব ময়েক শাব ল্লাহৈন, অদুগা হাইফেৎ ঙংব-খোংব খোম্লোক্ পীব ময়েক শাব ল্লাহৈন হন্না হন্না তুংইল্লবদি (অনুপ্রাস ওইরবদি), মাদুমা—

(খ) খ, ফ, ক্ষ, গঘ, চ্ছ, থ, শুম্ব অদুগ রেফ তপ্পা অকনব খোম্লোকপীব ময়েক শাব ল্লাহৈন হন্না হন্না তুংইনব (অনুপ্রাস) ওইব অম।

(গ) মরক্ত লৈব ময়েক্ য়, র, ল, র, শুম্ব অথোংপ খোম্লোক্কী ময়েক শাব ল্লাহৈন অনুপ্রাস ওইব অম। মখোয় অল্লম অসিনি।

(ক) গী খুদম :—

"ঙাং-ঙানবী নোংজাবীন, নোক্ল-নোক্ল চীঙ্য়াদ"
× × × × × × ×

মফম্ অসিদ য়াওরিব —ঙ, ন, জ, ব, য়, চ, দ অমদি ং (অনুস্বার) মখোয় আস অথোংপ অমদি খরন অঙংব ময়েকমক্তনি।

মফম অসিদ "নোংজাবীন" হায়বগী মহুত্ত "নোংজাবীশিংন" হায়হুন অকনব খোঙ্খোক পীব "শ" অসি য়াওহনপ্রবদি শৈরেং লৈতেং শেম্বদ দোষ লৈগনি।

(খ) গী খুদম:—

"থাঙ্গোল্ অদু ময়া থাংঙু থৌনা"
× × × × ×
× × × × ×
"ফব-ফত্তব খক্ খন্নু, থৌন নথৌ থবক্ তৌ"
× × × × × × × ×

শৈরেং পঙক্তিশিং অসিদ য়াওরিব, রসগী মতুংইন্ন হন্ন হন্ন লাক্লিব (অনুপ্রাস) ওইরিব ফ, খ, থ মখোয় অসি মহাপ্রাণ ওইব অকনব ময়েকমক্তনি। অদুন মসি অনুপ্রাসদি ওইরগ অকনব অনু-প্রাস হায়বনি।

(গ) গী খুদম:—

"য়ারিনি য়ারিরোই য়েংদনা,
হায়নিঙ্ হায়নিঙ্বদ হায়রুন্নু নংনা।"

মফম্ অসিদ অনুপ্রাসগী মচাক্ ওইরিব য়, র, ন, হ, দ ময়েক্শিং অসি মরক্ত লৈব (অন্তঃস্থবর্ণ) ময়েক অমদি অথোংপ ময়েক্নাম্ম। অদুন শৈরেং অসিদ য়াওরিব "রস কম্ন তুংইনবী" হায়রিব লৈতেং অসি "থোংন নৌন তুংইনবী" হায়ব লৈতেং অদুনি। মসি অনুপ্রাসগী মনুংদ, কোমলাবৃত্তি হায়ন অলঙ্কার শাস্ত্রদ খঙনৈ।

# ৩। খোল্লোক্‌ফম্‌ 'মত তাহন্‌বী

## ( শ্রুতি অনুপ্রাস )

অনুপ্রাস ওইহ্নন শৈরেংগী লৈতেং ওইরিব ৱাহৈ মশা অমগী মনুংদ, খোল্লোক্‌ফম্‌ তিন্নবময়েক্‌ অনীহুম্‌ য়াওরবদি শ্রুতিমধুর ওইবদগী হায়বদি তাব মুংঙাইবদগী লৈতেং অসিবু "খোল্লোক্‌ফম্‌ 'মত তাহনবী" ( শ্রুত্যনুপ্রাস ) হায়ন কৌই। মাহুদি ঃ—

"চঙ্‌জবশিংদ চঙ্‌জফম্‌ পীব,
তানীঙ্‌ব মীদ তাহন্‌বশিংন
অমন 'মবু পেল্‌হন্‌ব য়াই,
পীজব ঙাক্তন পেন্‌ব নত্তে।"

মথক্কী শৈরেংদ "চঙ্‌জবশিংদ" হায়ব ৱাহৈ অসিদ, অতৈদগী মশীঙ্‌ হেন্ন য়াওরিব চ-জ-শ-ই ময়েক্‌শিং অসিগী খোল্লোক্‌ফম্‌ অমতনি। মরিমক্‌ ঙৌদগী পোক্‌পমক্তনি। "চঙ্‌জফম্‌" দ চ-জ "তানীঙ্‌ব" দ ত্‌ ন-দ, "অমন 'মবু" দ ম-ব-উ মখোয় খোল্লোক ফম্‌ তিন্নব ঙাক্তনি। অহুন মথক্কী শৈরেংদ য়াওরিব অনুপ্রাস অসি "শ্রুত্যনুপ্রাস" হায়ব অলঙ্কার অহুনি।

# ৪। অর্থ তোঙান্তাহন্‌বী

## ( লাটানুপ্রাস )

শব্দ অমন মাগী অর্থগ কোন্নন অনীরক্‌ হন্না লাক্‌পদ, অহান্‌বদ নওং অমতদ চপ্‌ মান্নব লৈরবসু, মুন্না অমুক্‌ য়েংলুবদ, অহান্‌বগী

অর্থগ অকোন্‌বগী অর্থগ তোঙান-থেন্নন তাইন্নবদি মাহু "অর্থ তোঙান্‌-ভাবী" ( লাটানুপ্রাস ) হায়ন কৌই। মাহুদি :—

মীখা পোন্‌বগী নুংঙাইব, লৈতে স্বর্গ পাতান্দ,
মীখা পোন্‌বগী নুংঙাইব স্বর্প, লৈতে পাতান্দ।

অহানবগী পঙ্‌ক্তিগী অর্থ :—"মীখা পোন্‌মগী নুঙাইবদি স্বর্গ পাতাল অনামক্ত লৈতে। অনীশুবগী অর্থন—"মীখা পোন্‌বগী নুঙাইব স্বর্গ লৈতে, পাতালদদি লৈ" অসিমস্থ থোক্‌হনব য়াই। "স্বর্গ হায়বসি পাতালদ লৈতে" অসুম্‌ হায়ন অর্থ তাহন্দুন "পুনরুক্তি" কৌব দোষ লৈগদববু, লৈতনব ব্যাখ্যা তৌব য়াননব হায়
লৈতেং অসি "অর্থ থোঙাম্বাহন্‌বী" ( লাটাপ্রাস ) হায়বহুনি।

"নুপী অসি মখুৎ মশা শাঙিঙ, ৱাং চাউই কৈদৌনি,
নুপী অসি মখুৎ মশা শাঙিঙ, ৱাং চাউই কৈদৌনি।"

অহান্‌ব পঙ্‌ক্তিগী অর্থ :—"নুপী অসি ৱাং চাউই, মখুৎ মথোঙ্‌ চাউ শাঙিঙ, অহুনু করি কান্ননি, মগুণদি লৈতে।" অকোন্‌বগী অর্থন :—"নুপী অসি হুরালগল্লি, ৱাং চাউদন কৈদৌনি।" অসিনি। শব্দ অর্থ মশা অমতন অর্থ তোঙান্তোঙাল্‌ তাহল্লি। অসুম্ন ঙৈভেদসু খঙ্‌গদবনি।

## ৫। মতোন্তাব মান্নবী

### ( অন্ত্যানুপ্রাস )

শৈরেং মপূম অমগী শরুক্‌ মারিগী শরুক্‌ অমবু পাদ ( খোঙ্‌—foot ) অম কৌই। পাদ অমমম্‌গী মমৈ অহু অর্থ তোঙান্‌

তোঙাল্লবস্থ খোম্থোক্ মান্নন তারবদি লৈতেং অতু "মতোম্তাব মান্নবী" (অন্ত্যানুপ্রাস) হায়ন কৌই। মাতুদি :—

"চুম্বন মশীঙ্ য়ান্নক্তবদ, চুম্‌দবন মশীঙ্ য়ান্নক্লবদা,
চুম্বন ঙন্নব তৌরক্পদ, খঙ্‌গনি ঐবু হেক্ উবদা"

খোম্থোক্ মান্নব রাহৈন, পাদ খুদিংগী মমৈদ, অনুপ্রাস ওইন লাক্পন. মথক্কী শৈরেং অসি "মতোম্তাব মান্নবী" হায়ব শৈরেং অতুনি।

"পুগ্রী মপাল্ কবোক্লে, লাইশং ময়া সনারৈ"
× × × × × × × ×

মফম্ অসিদস্থ "র-ল" অমগ অমগ পোক্‌ফম্ মান্নবদগী সবর্ণ ওইবন অন্ত্যানুপ্রাস ওইবদ কায়ব লৈতে।

অসিগুম্ন :—

শোল্লু পূক্লীং! মপুগী কোল্লোই, ওইগনি নংগী
অফবা পোল্লোই।

তাইবং ঈপাক্ত কনাস্থ লৈরোই,
ওইগনি মান নংগী হীরোই।

অসিগুম্বসিস্থ অন্ত্যানুপ্রাস হায়ব লৈতেংতুনি হায়ন খঙ্গদবনি।

"থংন-থংন লাকপী" লৈতেং (যমকালঙ্কার) "অর্থ তোঙান্তা-হন্‌বী" (লাটানুপ্রাস) হায়ব লৈতেং অতুদ রাহৈ নত্রগ রারেং অম চপ্ চপ্ মান্নন অনীরক্ অহুম্নক্ লাক্ই। অতুগ মখোয়গী অর্থদ থোইন খেন্নব লৈতে। কৃপ্ন অন্বয়-ব্যাখ্যা তৌক্লরগদি অর্থদ

উরকপদনি। "থংন-থংন লাক্‌পী" (যমক) হায়ব লৈতেং অসিদসু রাহৈ নত্রগ রারেং অতু অনারক্‌ অহুম্নক্‌ লাক্‌ই। অতুবু, লৈতেং অসিদদি মাগী মাগী অথতু খেন্ন খেন্নন হান্নদগী অতুম্‌ মরাক্লে। অসিতনি লৈতেং অনীসিদ খেন্নরিবসি। "থংন-থংন লাক্‌পী" (যমক) হায়ব লৈতেং অসিদ হন্ন হন্ন লাক্‌প রাহৈশিংদি মপান্‌গী খোম্খোক্‌ বানান্নচিংবতদ মান্নজবতনি। অর্থদি হান্নদগী মশান অতুম্‌ খেন্ন-জরক্লবান। অসিগুম্ব লৈতেং অসি অলঙ্কার শাস্ত্রদ যমকালঙ্কার (থংন-থংন লাক্‌পী লৈতেং) হায়ন কৌই। রাহৈ মশা অমতন অনীরক্‌ অহুম্নক্‌ মরীরক্‌ লাক্লগ তাবদ নুংঙাইব অঙক্‌প পোক্‌-হল্লি। মাতুদি :—

কারুসি নোংমাইজিং, নোংমাইজিং মুমিত্তা,
নুমিত্তা লৈচিন্থাংলিঙৈ, থাংলিঙৈ অয়াংব পোৎ য়োম্‌সি

মফম অসিদ, "নোংমাইজিং" হায়ব রাহৈ অসি অর্থ খেন্ন-খেন্নন অনীরক্‌ থংন থংনন লাক্লি। মতৌসিগুম্ন "নুমিত্ত" হায়ব রাহৈ অসি অতুগ "থাংজ্রিইঙ" হায়ব রাহৈসিসু অর্থ খেন্নন থংন থংন লাক্লি। মখোয় অসি খোম্খোক বানান্নচিংবদসু চপ্‌ মমান্নে। খুদম ওইন হায়রবদ নুমিত্তা-নুমিত্তা হায়ন থংন-থংন লাক্লিবসি অমগী অর্থন নোংমাইজিং নিংথৌকাবনচিংব থঙ্‌নব "নুমিৎ" অতুনি। অমন অতিয়াদ থোক্‌প নুমিৎ (সূর্য্য) অতুনি। অতুন মথক্কী শৈরেং অসিগী লৈতেং অসি "থংন-থংন লাক্‌পী" (যমকালঙ্কার) হায়বতুনি।

মতৌসিগুম্ন :—

"হৌরক্লে লকানুংদ খাম্বী, খাম্বিনু ঈতা ঐহাক্পু।
কায়ন ঈরা-লাইজনুংদ, মুংদ পুন্‌বগুম্ লৈবিয়ু।
× × × × × × × ×
× × × × × × × ×
থম্মোয়গী নিংথৌ! নিংথৌও! [দময়ন্তীন নলবু
কৌড়ুন কপ্প—মণিপুরী মহাভারত]

অসিগুম্ন "থংন-থংন লাকপী" কৌব লৈতেং অসি, অমুক্ অনী থোক্ খায়রি—"মচেৎ তাদবী" (অভঙ্গ) হায়ব অম, "মচেৎ তাবী" (সভঙ্গ) হায়ব অম। "থংন থংন লাক্পী" গী অর্থদি রাইহ মপুম মপুম পুংবা কায়দন লাক্পা হায়বনি। অদুবু, করিগুম্ন মতমদ অমগী মচেৎ ময়েক্ অমনীম অমগী মরিবরোমদ মতুগ মকোক্ লোনদ চঙশিনহনখিতুন অর্থ অমরোমদ পুখিবদসু শৈরেংদ অর্থ তাব কায়ব লৈতব লৈতেং জাৎ অমসু লৈ। অদুম তৌন চঙশিন্নব য়াবতুন "মচেৎ তাবী থংন থংন লাক্পী" (সভঙ্গযমক) কৌই। অমগ অমগ ময়েক্ খাইদোক্ খাইজিন, চঙথোক্ চংশিন তৌহন্দুনা অর্থ পুংসনন য়াবদুন "মচেৎ তাদবী থংন থংন লাক্পী" (অভঙ্গ যমক) লৈতেং হায়ন কৌই। মাদুদি:—মথন্দী খুদমদ "মাক্সম নোংমাইজিং, নোংমাইজিং কুমিত্তা" হায়বসিদ নোংমাই জিংনেংমাই অমুম হায়ন খায়দোকতুন অর্থ তোঙাম্ভোঙান্নহনব য়াদে। অদুন মসি "মচেৎ তাদবী থংন থংন লৈবী" (অভঙ্গ যমক) হায়ব লৈতেং অদু ওইব ঙমে। অদুগ অর্থ চপ্ চপ্ চান অদুম্ লৈহন্দুন খাইদোক খাইজিন, তৌনব য়াব, থংন থংন লৈব শব্দ (রাইহ) গী

লৈতেং অমত্থু লৈরি। মাহুৎ "মচেৎ তাবী থংন থংন লাকপী" (সভঙ্গ যমকালঙ্কার) লৈতেং কৌই। মাহুদি :—

"হক্‌চাং শিংলি শিংলিশিংদা, ঈগী ঈচেল্ তত্তন চেল্লি
চেল্লগ চেল্লি ফল্লগ ফল্লি, পুন্সিগী ঈচেল্ ঈন শাই"

মথক্কী খুদম্ অসিদা, "হকচাং শিংলি শিংলিশিংদা" হায়ব পাদ অসিগী মপুংদ য়াওরিব ব্রাহ্মশিং অসিগী অমদ অমগী মচেৎ লৌশিন্নরগ অর্থ অহুম্ থোকহনব য়াই। মাহুদি :—

(ক) হক্‌চাংশিং লিশিং-লিশিংদা, ঈগী ঈচেল তত্তন চেল্লি
(খ) হক্‌চাং শিংলি শিংলিশিংদা, ,, ,, ,, ,,
(গ) হক্‌চাংশিং লিশিং লিশিংদা, ,, ,, ,, ,,
(ঘ) হক্‌চাং শিংলি শিংলি শিংদা ,, ,, ,, ,,

মথক্কী খাইদোক্ খাইজিল্ তৌবসিদা লাকপ-লাকপ বাক্যাংশ (Phrase) গী মওংশিংদ "ঈগী ঈচেল তত্তন চেল্লি" হায়ব প্রধান উপবাক্য (main clause) অসি অন্বয় তৌশিনব ইয়াময়াই মনুংগী ভাবত খর খেন্নব নত্তন অর্থদ থোইন কায়ব লৈতে অহুনা মথক্কী শৈরেং অসি শব্দালঙ্কারগী "সভঙ্গযমক" "মচেৎ তাবী মথং মথং লাকপী" লৈতেং হায়বসিনি। শৈরেং লেংবদ কবিত্ব শক্তি উংনবদ অসিগুম্ব লৈতেং অসি ভারতকী কবিশিংন হাপ্পে। অমুক্ত হাপ্পসি সংস্কৃত হিন্দী মীতৈরোল্ অসিতদ থোইন য়াগনি। শৈরেংদ লৈতেং জাৎ জাৎ হাপত্তুন অতাবগী থম্মোয়দা নাদব্রহ্মানন্দ পীননব হোৎনগদবনি।

**য়েংগদবা**ঃ—মথক্ত, অনুপ্রাস মখল মখলগী, যমক মখল-মখলগী মরমদ শম্পৎন খুদম-খুদমগ লোয়নন ইপ্লে। মখোয় অসি হাইফেৎ য়েংবদদি অঙ্কা ওইন তোই। মরম অদুনা, লায়ন তশেংন খঙ্নবগী দমক্ বা অছুম্ অসি কাউরোইদবনি। মাদুদি ঃ—

(১) ছেকানুপ্রসাদ হন্ন হন্ন লাকপসি ময়েক্তগীনি।

(২) লাটানুপ্রাসদ হন্ন হন্ন লাকপন বাহৈ-বারেংগীনি।

(৩) যমকালঙ্কারদ হন্ন হন্ন লাকপসু বাহৈ-বারেংগীনি ; অদুগা অর্থদি তোঙাল্ তোঙাল্হল্লি।

অদুগ মুন্ন য়েংলুরবদি যমক ( থংন-থংন লাকপী ) হায়বসিসু অহুমনি, মাদুদি ঃ— (১) থাইদোক্-থাইজিন্ য়াব ( সভঙ্গ ) (২) থাইদোক্-থাইজিন্ য়াদব ( অভঙ্গ ) অদুগা (৩) অনীমক ঈয়া-য়াবা ( থাইদোক্লবসু-থাইদোক্তবসু অর্থ ঈকায়-কায়দবা )—অসিনি

---

# “হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ হায়গুম্বী”

## [ পুনরুক্তবদাভাসালঙ্কার ]

“থংনথংনলাকপী” ( যমক ) কৌব লৈতেং অসিদা মওং অমতদ, হন্ন হন্ন লাকপ বাহৈ অমদি বারেং অসি তোঙাতোঙানব অর্থদ

লাকই। হায়রিবা লৈতেং অসিগী এন্না-তৈনবা ওইনা, অদুগুম্ব লৈতেং অদুগী মনুংদা, স্বর-ব্যঞ্জন ময়েক্কী তোঙাল্ তোঙানব, বানান খোম্থোক্ মওং মান্নব্রবস্থু হায়বদি শব্দগী মওং তোঙাল্-তোঙাল্লবস্থু, অর্থ মওং অমতদ লাকপ ওইন উহন্দুনা কান্নদবদ অর্থ মশা অমত পুবা, তোঙানব শব্দ অনীবু থংনথংন হায়দুনা কান্নদগুম্ উহনবা, অদুগা, মুন্ন কূপ্ন খিজিল্লুরবদি, তোঙল তোঙানব অর্থ অমমমদ লৈরম্বা অদুগুম্ব লৈতেং অদুবু "হঞ্জিন-হঞ্জিন্ হায়গুম্বী" লৈতেং হায়ন কৌই। মাসিবু অলঙ্কার শাস্ত্রদা "পুনরুক্তবদাভাস" (পুণঃ + উক্তবৎ + আভাস) হায়না খঙনৈ। মাদুদি :—

"লান্দব চুম্বন মমৈদা, জয়বু তৌই মহাক্লা
থোৎলব কন্দব মহাক্লা, কন্‌ববু ঙাম্মি মমৈদা।"

মথক্কী শৈরেং অসিদা, "লান্দবা" হায়ব ৱাহৈ অসিগ, চুম্ব হায়ব ৱাহৈ অসিগ, অনিসিগী অর্থ অসি অমত ওইন তারি। অদুনা, কান্নদবদ হঞ্জিন্ন হায়বনা শৈরেংদ দোষ লৈবগুম উই। অদুবু, কূপ্ন অর্থ তৌরগা অর্থ মান্নরমদে। মাদুদি :—"মতোন্দস্থু থক লালুদবা, মীনমদন অচুম্বত তৌবা মীনা" অস্মুন্না ব্যাখ্যা তৌ-রবদি "হঞ্জন্-হঞ্জিন হায়বগী দোষ" (পুনরুক্তি) হায়বদু লৈত্রে। হঞ্জিন্ন হায়বগুম উহন্দুনা, শৈরেংদ লৈতেং হাপ্পনি। খুদোন্ অমতদ খুদোপ্ অদুম মরি শিরবস্থু, মুন্ন য়েংশিল্লুরগা মওং মতৌ মচাক মান্নরমদব অদুগুম্বনি। লৈতেং হায়াসমক্তবু মীতোন্দা লেন্ন-নব-উহন্নবনি। অদুম গুব পাদদা, "থোৎলব কন্দব" হায়ব ৱাহৈ অনীসিস্থু অর্থ অমতদ হঞ্জন-হঞ্জিন্ হায়বোই ভাহল্লি। কূপ্ন অর্থ

তৌরগা—"পূকচেল্ থোৎপা" "থম্মোই বন্দবা" হিংসা তৌদবনা, মমৈথঙ্দা হিংসা তৌব অকনববু ঙম্মি" অসুম হায়ব অর্থ অসি লৈরম্মি। অদুনা হঞ্জিন্-হঞ্জিন্ হায়বগী দোষ অদু লৈত্রে।

মীতৈরোলগী শৈরেংদা "হঞ্জিন-হঞ্জিন্-হায়বগুম্বী" হায়ব লৈতেং অসি য়াম্না তোয়ন শাজিন্নরগ হাপ্লগ, শৈরেং অদু মশক ফজন উহনব য়াই। অদুগ তৌবদদি, অমনা অরিব লোলগী রাহৈ, অমন অনৌব-হৌজিমক চৎনরিব রাহৈ ওইন শীজিন্নৈ। অদুন অর্থদ চপ মান্নরবসু তোঙান্ন অদুম তাহনবন, শৈরেংগী হঞ্জিন্ন হায়বগী দোষ অদু থোইন য়েংদব য়াই। মাদুদি ঃ—

পামেল্ উগী মরুম্দা, পাম্ব কৈরেল্ অথৌবা,
লাইজ ঈথৌ লাংদুনা, কোয়েং য়েংদুন লৈরম্মী।

মফম অসিদা, "পামেল্" গ "উ" গ অর্থ অমতগী রাহৈ অনীনি। "পাম্ব" "কৈরেল্" "অথৌবা"—অহুম অসি অর্থ অমতগী রাহৈ ওাক্তনি। "লাইজ"—"ঈ" অনীসিসু অর্থ অমত পুব রাহৈ ওাক্ত ওইন তৌই। মরম অসিন, অর্থ মশা অমতগী ওইব রাহৈবু হঞ্জিন্ন হায়বগী দোষ লৈব ওইন উই। অদুবু অর্থ কূপ্ন তৌরগ দোষ অসিসু লৈহন্দব য়াই। "উ" ত মহায়্নরবাদ অচৌব উ পাম্বী ওইবসু য়াই, উ পাম্বী মচা ওইবসু য়াই। "পামেল্" হায়ব রাহৈ অম "উ" অসিগী মমাঙদ হাপ্লগ অচৌব উপাম্বীগী অর্থ অদু থোকহল্লি। মাদুদি—পা (পাদপ) গী অর্থ "উ" হায়বনি। মাদুদা "মেল্" হায়ব তদ্ধিতপ্রত্যয় অসি তৌরগ অথৌবা অচৌবা উপাম্বী খঙনহল্লে। অদুনা, পুনরুক্তি দোষ লৈতে। পাম্ব-কৈরেল

অথোব হায়বসিদস্থ শাহীওত থিহুন-পামহুন লৈব, থোইন পামগনব (লুব্ধ ওইব) কৈরেল হায়বদি কৈ অচৌব অথোইব অহুগ য়াম্নস্থ থৌব-মরিল লৈব.........অস্নুম্ন অর্থ তৌরবদি হঞ্জিন্ন হায়বগী দোষ কোকই। অসিগুম্ন, অহুমগুব পাদগী "লাইজ-ঈখৌ লাংব" অসিত হায়রবদি "ঈ-থক্লীংব" গী অর্থত থোকাখব য়াই। অহুন লাইজ হায়বসি হাপকৎপন খৌরাংলিবসি "ঈ" বু নত্তে ঈশিংবুনি হায়ব অর্থ অহু অনীরক হায়বসিন নাখৈ শেংন খঙহল্লি। অহুমকপু, মীতৈরোন্দদি, শৈরেংদ, করি করিগুম্বদ, অর্থ অমত্তগী ওইব অরিবগ অনৌবগ ন্নাহৈ অনা থংন থংনন হাপ্লসি "থংন থংন লাকপী" হায়ব লৈতেং অহুগী মতৌগুম্ন, অর্থ অমত ওইরবস্থ, কনশিন্ন হায়বগী অর্থদ তৌনৈ অহুগ তৌবস্থ য়াই, দোষ লৈতে। মাহুদি :—

"লাইজন্নুংগী লেম্লৈ ঙানা, তৌবগুম্ হায়দোক্প ঙম্দরে"

× × × × × × ×

× × × × × × ×

"শীঙেঙল্ লৈরাং নহাক্পু, লৈমকোন্দ শাৎপরা

× × × × ×

মথক্কী অসিদ য়াওরিব "লেম্লৈ ঙা" "শীঙেল লৈরাং" হায়ন থংন থংন লাক্লিব ন্নাহৈশিং অসি অর্থ অমত পুব শব্দমক্কনি। অহুবু "মুংঙাইন-থুম্ন তাননবা" (শ্রুতিমধুরতা) গীদমক্ক ওইবন হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রবস্থ দোষ লৈতে। "ফজব-নীঙথিব", "অন্ধব অহেনব" অসিনচিংব বাক্যাংশ (Phrase) অসি শৈরেংতদ নত্তন ঙাঙন শানষ মতমদস্থ অহুম মশীজিম্লৈ।

অতোপ্প দেশগী লোল ( বিদেশী ভাষা ) গী শব্দগসু হঞ্জিন্ন হায়বগী লৈতেং অসি শৈরেংতদ নত্তন ডা ন শানব মতমদসু মণিপুরী লোন্দ শীজিন্নৈ। মাসি, মীরোল-মীরোল অদুগী মতুং ইন্ন মীরৈবাক মচাশিংগ তিন্ন-খোংনবদগী থোকখিবনি। মাদুদি ঃ—"নংন লৈরিব যাবৎ অদুক্কী মখৈ" হায়বসিদ "যাবৎ" হায়বগী অর্থদি "অদুক্কী মখৈ" হায়বনি। করি করিগুম্বদ "পুত্র ইচান কপ্পনে, শগোল হন্নাই উতীন পাথবনে", "বৃক্ষলতা শকক্লেনবী" অসিনচিংব শৈরেং মচা মচাসি তাব ফংডি। "মালেম পৃথিবীথকসিদ" হায়বসিদসু "মালেম" গ "পৃথ্বী" গ অর্থ অমতনি। মাসিদা, পুনরুক্তি দোষ কোক্লব অসুম্ব অর্থ তৌব তাই—"মা" হায়বদি "ঈমা" বু হায়বনি। ঈমা হায়বসি মখল য়াম্মি। মাদুদি :—( ১ ) অপোকপী ঈমা, ( ২ ) গুরুগী লোয়নবী, ( ৩ ) ময়াম্ব অহনগী লোয়নবী, ( মতৈমা ) ( ৪ ) নিংথৌগী লোয়নবী ( ৫ ) পৃথ্বীমাতা ( ৬ ) ব্রাহ্মনী অসিনচিংবসিনি। মখোয়সিগী মনুংদ খ্বাইদ হেনবী, অখোইবী ঈমাদি পৃথ্বী ( জন্মভূমি ) নি। অথোইবগী অর্থদি "মা" হায়ব শব্দদ "লেম্" হায়ব অদ্ধিত প্রত্যয় অসি তৌবনি। অদুন "মালেম পৃথ্বী" হায়বদি ইমাশিং অসিগী মনুংদ খ্বাইদগী অখোৌব "ঈমা পৃথিবী" হায়বনি। অদুনা হঞ্জিন্ন হায়বগী দোষ অদু অদুক য়াম্ন কন্ন লৈতে। অসুম হায়ন অর্থ অমদি ব্যাখ্যা তৌবন ফৈ। অদুনা, হায়রিব শৈরেং মতেক অসিদ যাওরিব লৈতেং অসি "হঞ্জিন হঞ্জিন হায়গুম্বী" হায়বদুনি।



# হঞ্জিন্ন-হায়বী লৈতেং

## ( পুনরুক্তি প্রাকাশালঙ্কার )

কনশিন্ন অমদি ফজব হায়বগীদমক্ত, রাহৈ মশা অমত্তন হাঞ্জন্ন হায়ব শৈরেংদ হাপলকপ লৈতেং অদু "হাঞ্জিন্ন হায়বী লৈতেং ( পুনরুক্তি প্রকাশালঙ্কার ) কৌই। মাতুদি :—

"চাম-চাম-লিশিং-লিশিং পাইথোরক্‌পা অর্জ্জুনগী তেন্‌শিংনা।
লিশিং-লিশিং লখা লখা, তুহন্‌থি লৈনায়থক্তুদা ॥"
য়ুম্‌থোং য়ুন্‌থোং খুদিংদা, চাক্কিতুন চাররনি।
নহৈ-নহৈ অঙ্ভম্‌-অঙ্ভন্‌, তোনহৌরো হায়বনি।

মসক্কী শৈরেংদ মখা-মথাদ লৈথি চিংলিন, হঞ্জিন্ন হায়ব রাহৈশিং অমিন শৈরেংদ "হাঞ্জিন্ন হায়বা" হায়ব লৈতেং ( পুনরুক্তি প্রকাশালঙ্কার ) অদু পীরি।

# অন্না-মুংঙাই ফোংদোক্‌পী"

## বীপ্সা আলঙ্কার )

অন্না মুংঙাইত নত্তুন হরাউব, অকিব, অঙকপ, তুকচব, হঙ্গোইব, অসিনচিংব পুক্নিংগী খঙহৌদন পোক্লকপ ইথিং মথাম আস ফোংদোকপ খঙনব শৈরেংদ হাপ্প লৈতেং অদুবু "অন্না-মুংঙাই ফোংদোকপী লৈতেং" ( বীপ্সালঙ্কার ) হায়ন কৌই। অসিগুম্ব লৈতেংদ

ম্নাহৈ নম্রগ ম্নাহৈ পরেং অচু অনীরক অহুমলক শীজিন্নব য়াই।
মাহুদি ঃ—

ঈমা-ঈমা-ঈমা হায়না, ঈচানা তোয়ন কৌরম্বা!

অসিবু করম্ন 'সবু করম্না কাউসিগেনে কাউসিগে।

খোঙ্গেল মতৌ তম্বদস্তু বীপ্সালঙ্কার শীজিন্নব য়াই।
মাহুদি ঃ—

ক্রেক্-ক্রেক্-ক্রেক্ মোক্-মোক্, য়াঙ্গেল্ শাম্বা শ্বাই-শ্বাই।

তোক্পগ কাম্বগ কৈগ য়েন্গ, চাশিল্লো চাশিল্লো।

খোংলবস্তু কল্লবস্তু, তপ্লবস্তু থুরবস্তু হেনজনবগী অর্থদ "বীপ্সা" শীজিন্নবা য়াই। মাহুদি ঃ—

তপ্ন -তপ্ন কাইদ-কাইদ, লাক্লি পাম্মু লমদম তান্না

# নপ্তুন লৈবী লৈতেং

## ( শ্লেষ )

শৈরেং অমগী মনুংদ শব্দ অমন অমুক্তদি হায়দোকপ্রগ, অর্থ অনীহুম থোক্ন পুথোকপ য়ান, শৈরেংদ হাপ্ল লৈতেং অদু "নপতুন লৈবী" ( শ্লেষালঙ্কার ) লৈতেং হায়ন কৌই। শব্দ মশাহুমতনা অহুক য়াম্ব অর্থশিং অহুদ নপতুন লৈ হায়তুন নম্রগ, অর্থ অহুক য়াম্বন শব্দ মশাহুমতদ নপতুন মামতুন লৈ হায়তুন লৈতেং অসিবু

"নপতুন লৈবী" (শ্লেষ) কৌবনি। কাবশিংন. মহৌশানা শৈরেংব মতমদ মশাগী কবিত্বশক্তি উৎননবা হোৎননবদা তোয়ন অমদি পাম-জন লৈতেং অসিবু শীজিন্নগল্লি, অদুগ শীজিন্নবব হোৎনৈ।

"থংন-থংন লাকপী" (যমক) হায়ব লৈতেং অদুগ "নপতুন লৈবী" হায়ব লৈতেং অসিগ খেন্নবদি—"থংন থংন লাকপী" (যমক) হায়বসিদন ৱাহৈ (শব্দ) মশা অমতন পুংবা ওইন লাক্লবস্থ অর্থ তোঙাল তোঙান্ন পী। "নপতুন লৈবী (শ্লেষ) হায়বসিদন, শব্দ অমতদি ওইরগ অর্থ জাৎ-জাৎ য়ান্ন থোকহন্দুন শৈরেংদ লৈতেং হাপ্পি। অর্থশিং অদুন শব্দ অদুবু থক থাদোকপ লৈতে।

"নপতুন লৈবী" (শ্লেষ) হায়ব অলঙ্কার অসি মখল অনী থোক্ল খায়রি। (১) "ৱাহৈন নপতুন লৈবী" হায়ব অম, (২) "অর্থন নপতুন লৈবী" হায়ব অম। মখোয় অনীসিবু শাস্ত্রদ অমন "শব্দ শ্লেষ", অমন "অর্থ শ্লেষ" কৌই।

(ক) "ৱাহৈন নপতুন লৈবী"—হায়বসিদ অর্থ অমতন অর্থ ময়াম পুখোকপ য়াই।

(খ) "অর্থন নপতুন লৈবী"—হায়বসিদ শব্দ ময়ান্ন অর্থ অমতদ নপতুন লৈ। মত্রগ অর্থ অমতনা শব্দ ময়ামদ নপতুন লৈ। শব্দ অদুগী তোঙাল তোঙানব শব্দার্থ ময়াম (পর্য্যায়বাচক)

শীক্তিয়রবসু অর্থ অহুমতদ
নপতুন লৈ।

হায়রিব মখল অনীসিদ "নপতুন লৈবা" হায়বচুমদি ঈকায় কায়দনা লৈ।

"ৱাহৈন নপতুন লৈবী" হায়বসিগী খুদম ঃ—

পলগী অহোব য়েংদুন, ঈশিংগী ঈচেম্ম চেন্‌শিন্‌বগুম,
য়েক্লবশিংগাসু য়েংদুন, অশাউবগী ঈচেল চেন্‌শিন্‌হল্লু।

মাসিগী অর্থদি ঃ—

"থিংলিব পলগী অহোব (মখুল) অমতং হেক উবদ ঈশিংগী ঈচেম্ম নীংঙাইব লৈতন, চেনশিনখিবগুম নহাকসু য়েক্লবশিংগী অহোব (অকোম্ব ফীবমত) অমতং হেক উবদ নীংঙাইব লৈতন নংগী অশাউবগী ঈগী ঈচেল অদো, চেনশিনহনখো"। অসুম্ম হায়গনি।

মফম অসিদ 'অহোব' হায়ব শব্দসিমতদ "মখুল" "অকোম্ব" হায়ব অর্থ অনী অসি শৈরেং মনু'দ নপতুন লৈ। অর্থ অনীসিন শিন্ন-শিন্ন শব্দসিমতদে চঙলবসু শৈরেং অসিগী ভাবার্থ হুনবদ করিসু কায়ব চানদব লৈতে। মাদাদ ঃ--

থিংলিব পলগী মখুল... ... ...
,, ,, অকোম্ব... ... ...
য়েক্লবশিংগী পল্ (লাম্বল্) গী মখুল ...
,, ,, (অহোব) ... ...

"অকোম্ব" "মখুল" হায়ব অর্থ অনীসিদ "অহোব" হায়ব শব্দ অসিন নপতুন লৈরি। অদুনা শৈরেং অসিদ য়াওরিব শব্দালঙ্কার অসি শ্লেষ ( নপতুন লৈবা ) হায়ব লৈতেং অদুনি। শ্লেষালঙ্কার হায় শৈরেং লৈতেংগে হায়রবদি অমুম লেংগদবনি।

"পরিংদ শেম্বাং তোংবগুম্
মীয়াম ভূমিন্ পরিংদ ফম্খি।"

শেম্বাং ময়াম্ন পারিং ( থৌরি নত্রগ য়োংলী ) দ পরেং শান তোংবগুম মীয়াম অহু পারিং ( চাওখোক-চাওশিন হেন্দোক-কেঞ্জিন নাইদব অচুম্ব পরেং ) দ ফম্নখি" হায়বগী অর্থ অসি খোকপ শৈরেং মতেক অসিদগি মপাং ফাওনা শ্লেষ অলঙ্কার লৈত্রে। মরম'দ উচেক্ থৌবী য়োংলীদ তোংবদি য়াই, অদুগ মীনদি য়াদে। অদুন মফম অসিদদি "থৌরী" গ "পরেং চুম্ব" গ অর্থ অনা অসি নপতুন লৈরগ মফম অমদদি "পরে চুম্ব" অর্থসিত মরাকপ তারে। মফম খুদিংদ অর্থ অনাস য়াওন অম্বব তৌব য়াদে। অদুন শব্দশ্লেষগী অলঙ্কার নি হায়দুন অমুম শৈরেংলেবদি অলঙ্কারদ দোষ লৈ।

( খ ) অর্থন নপতুন লৈবা ( অর্থশ্লেষ ):—
অসি অর্থ মশা অমতন তোঙাল তোঙানব শব্দদ লেপতুন লৈব লৈতেংনি। মাদুদি ঃ—

"থোঙ্গান্দ লেপলিবী ঈবেম্মা !
করিবু হায়নীঙ্ব লৈবগে ?
লেপ্কনু লাউ ঈনাক্তা, ঙাদুনা লৈনু কোম্হোংদা।"

মক্কম অসিদ, মওং মান্নদব "থোঙ্গান্দ" "কোম্থোংদ" হায়ব শব্দ ( ৱাহৈ ) অনীসিদ অর্থ অমতন নপতুন লৈ। "থোঙ্গাল" গ "কোম্থোং" গ পোশক অমতনি। তোঙাল তোঙানব মওংদ শীজিন্নব তাবগী মরমদি আসনি কনাগুম্বা অমন কোম্থোং অন শারিঙৈদ অমন করি শারিবগে হায়ন হংবদ অথ অমত ওইরবস্তু "থোঙ্গাল" শারি হায়ন খুম্বগী মহুত্ত কোম্থোং শারি হায়ন খুম্মি। অদুগা কদাইদ ঙারি হায়ন হংবদ থোঙ্গান্দ ঙারি হায়ন খুম্বগী মহুত্ত কোম্থোংদ ঙারি হায়ন খুম্বন মীতৈরোন্দ অশেংব ওইগনি। মসিন অর্থ শ্লেষদ অকায়ব ওহদে। লেপ্পদুদি কোম্থোংদসু যাই থোঙ্গান্দসু যাই।

"শীঙেল্ শাৎকদব শাৎহৌরো,
লৈরাং নোকদব নোক্হৌরো,
× × × ×
× × × ×"

নংবু পোক্পা লৈরিব্রা, লমদম কৈদনু লৈবনো ?
পম্থোগী কোলোয় তানিংঙঙ, মকম কৈদ পোক্পগে ?

মথক্কী শৈরেং তোঙানব মতেকশিং অসিদ, মথাদ লৈয়ি চিংলিব ৱাহৈশিং আসদ অথ অমন্নমতন নপতুন লৈরি। খেন্নরবসু ভাবত থাজক্কং খেন্নগনি। অদুনা মথক্কী শৈরেং মতেক আসদ অথ শ্লেষা-লঙ্কার য়াওই। অদুগা রসগী উৎপত্তি ওইরিবসিসু ভাব খেন্নবদগীনি

**য়েংগদবা :**—"নপতুন লৈবী" ( শ্লেষ ) হায়ব লৈতেং আসন ওইগদবসি, শব্দ অমগী অথ অনীহুম লৈরবদ, শব্দ অদুন মখোয়

পূম্বদ, মতম অমতদ চপ মান্নব মীৎয়েংন য়েংব মতম অতুমক্তদনি। মথক্কী খুদম শৈরেংদ য়াওরিব "অহোব" হায়ব ৱাহৈ অসিন, মতম অমতদ চপ মান্ননব "অকোম্ব" গ "ঈতাউ তাউব" হায়ব অর্থ অসিগ "মখুল" হায়ব অর্থ অসিগ অনীমক্ত চপ মান্নব মীৎয়েংন য়েংতুন লৈ। অতুনা, মথক্কী শৈরেংদ য়াওরিব "অহোব" হায়ব শব্দ অসি অর্থদ শ্লেষ (নপশিনব) পীবন, নপশিন্নবুব ৱাহৈ (শ্লিষ্ট শব্দ) হায়বতু ওইরে। অতুগুমতুন কোম্লোং-থোঙ্গাল হায়ব শব্দ অনীসিনসু মতম অমতদ অর্থ অমতদ চপ মান্নন য়েংশিনমিন্নরি।

মথক্ত পীরিব খুদম অসিদ, অহোব হায়ব শব্দ অসিন পীরিব অর্থ অনীসিদ কদায়ন মরূ ওইন পীবগে হায়বতুদি শব্দ অসিগ মরী লৈনব "পল" হায়ব শব্দ (বিশেষ্য) অতুগ "য়েক্লব" হায়ব (বিশেষ্য —noun) অতুগ অনীসি তোখাইনঃতোঙান্ন পুথোক্লগ খঙব ঙম্মি। মাত্বাদ :—

(১) পল্‌গী অহোব (মখুল)

(২) য়েক্লবগী অহোব (অকোম্বা চ্যেক্‌শিন্দবা)।

অতুন শ্লেষ হায়ব অসিসু যমক (থংন থংন লাকপ) হায়ব লৈতেং অতুদ সভঙ্গ-অভঙ্গ হায়ন অনী থোক্ল খায়ব অতুগুম্ন সভঙ্গ শ্লেষ অভঙ্গ শ্লেষ (খাইদোকপ য়াব নপ্পব, খাইদোকপ য়াদব নপ্পব) অমুম হায়ন অনী থোকপ য়াই। অতুন অহোব হায়বসিদ য়াওরিব শ্লেষ (নপতুন লৈবী) হায়ব লৈতেং অসি "অর্থালঙ্কার" গী মতাংদ তশেংন কোংদোকনি। হৌজিক কাওব নৈনরিবসিদি শব্দালঙ্কারগী

মমুংদ ৱাক্তনি। যনক (থংন থংন লাকপী) গী মতৌঙুম্ন মুন্ন শ্বেং-শিল্লরবদি "নপতুন লৈবী" (শ্লেষ) হায়ব লৈতেং অসিস্থ মথল অহুম থোক্ক খায়দোকপ ঙ্গাই। মাহুদি:—

(১) খাইদোক্‌প য়ান বিশেষ্যগ অন্বয় তৌব য়াব অম
(২) খাইদোক্‌প য়াদন " " " " "
(৩) অনীমক্ ঈয়া য়ান " , " " "

---

# "খোয়না ঙাঙ্‌বী" লৈতেং

## (বক্রোক্তি)

—:( ০ ):—

শৈরেং ৱারেং ৱাঙাং অমগী মন্নুংদ, ঙাঙলিব অহুন মহাক্ক নীঙ-লিব অর্থ অহুবু চপ চান পীব ঙম্ব শব্দ অহুবুদি শীজিন্নদহুন, মাহুগী অর্থহুবুদি থোকহল্লবস্থ কোইন-খোয়ন ঙাঙহুন ফোঙদোক্লবদি শৈরেং অহুদ য়াঙরিব লৈতেং অহু "খোয়ন ঙাঙবী" (বক্রোক্তি) হায়ব-হুনি। কোইন-খোয়ন ঙাঙব শকপ হায়বসি:—

(১) ৱাহৈ (শব্দ) দ শ্লেষ পীহুন হায়বদি অর্থ অমচ নপশিন্নব সভঙ্গ-অভঙ্গ শ্লেষ (ৱাহৈ অমগী মন্নুংদ য়াঙরিব ময়েকশিং অহু অমগ 'মগ খাইদোক-খাইজিন তৌহুন, অমুক্ক তৌদহুন শেম্ব লৈতেং) ন শেম্মি অহুগ—

( ২ ) খোম্থোক্কী অথোং-অকন, অনেম-অরাংনম্ শেম্মি। অহানবগী মখম্ন শ্লেষ বক্রোক্তি, অনীশুবগী মখল অসিন কাকুবক্রোক্তি ( খোয়ন লঙনব-করেম্নব ) হায়ন খঙনৈ। মখোয় অসিগী খুদম মথং মথং ইথরক্লি।

নোংম, লক্ষ্মীন পার্ব্বতীদ লঙনহুন অস্মু হংঙি :—

লিল্‌গ ওম্হোইনহুন, লিল্‌গ য়াহীপ য়াতাবা
চাক্লিবহুবু লৈবরনে, হায়ুগব ঈবেম্মা!

মাসিদ পার্ব্বতীন থুম্মি :—

লিল্‌গ ওম্হোইনহুন লিল্‌দ য়াহীপ য়াতাব
চাক্লিবহুদ হংবিয়ু, মখোয় 'নী য়াম্ন চান্নজবনি।

মথক্কী শৈরেংশিং অসিদ লক্ষ্মীন হায়রিবন "নুমিৎচুপ্প লিলতগ ওম্হোইহুন, লিল খাওল ওন্দুন য়াহীপ্প, চাক্লহুন চাব ভিক্ষারী, নপুরোইব অহুবু লৈবরা" অস্মু হায়ন হংবনি।

মাসিদ পার্ব্বতীন খুম্লিবনা—

"নুমিৎ চুপ্প ( যুগ অম ফান ) লিলতগ ওম্হোইহুন লিল্দ ( অনন্ত শেষ নাগ লিলগী ফমুংদ ) য়াহীপ্প, চাক্লিব ( বলিদ ভিক্ষা নিক্লব চেং হন্নাই নিহুন চাব ) নপুরোইব অহুদহুম হংঙুচো"— অসিনি। অনীন হায়নরিবসিগী মমুংদ পুনরিব অর্থদি লক্ষ্মীন হায়রি— "ঐগী ইপুরোইব বিষ্ণুদি য়াম্ন লুই, তরু তক্কই, ফজে; অহুগ নংগীদি লিল খাওল ওনব, ভিক্ষা পাত্র কেগাম পায়হুন চাক্লিব লায়রবনি।" মাসিদ পার্ব্বতীন খুম্লিবন— "নংগী নপুরোইব বিষ্ণুসু

মুগ অম ফান লিলগী ফমুংথক্ত হীপথিবনি। অদুগা মতম অমদা ভিক্ষা পাত্র পায়দুনা বলি নিংথৌদা ভিক্ষা নিখিবনি" অদুনা মখোয় অনী থোইনা হেন্নদে-রাংনদে। স্বভাব মান্নবনা থোইনা চান্নজবনি। অদুনা "শিব" কদাইদা লৈবগে হায়বদু বিষ্ণু মাতন খঙগনি। ঐভোন্দা করিগী হংবগে?" অসিনি। মাসিদা, "চাক্রিব" হায়ব শব্দ সিগী লক্ষ্মীনা পুরিব অর্থনা মুমিং খুদিং চাক্রিব (ভিক্ষুক) অসুম হায়না পুরি। পার্ব্বতীনা পুরিবনা নোংমত নিরুরবসু "চাকনিব" হায়বদুনি। "অদুগ নংগী মপুরোয়বা বিষ্ণুদি নমথাক তৌদুনা মথীক নেম্বা (বামন) শাদুনা নিরুবনি। ঐগী ইপুরোয়ব মহেশ্বরদি নমথাক লোনম তৌদনা চুন্ন নিংনি অদুনা নপুরোইববুদি ইপুরোয়বনা হেল্লি।" অসুম হায়না "চাক্রিব" শব্দ অসিদ "লিন্দ য়াহীপ্প" হায়ব অসিদ অর্থ শ্লেষ তৌদুনা বক্রোক্তি ওইনা খোয়না ভাংলি। অদুনা মথক্কী শৈরেং মতেক অসিদ য়াওরিবসি অর্থ শ্লেষ-বক্রোক্তি (অর্থদ নপতুনা, থানদনা কোইনা-খোয়না ভাঙব) হায়ব লৈতেং অদুনি।

"হা চীঙ্জাও অথোইবা! নমোম্গুম্বনি ঐহাক্তি।"
(দময়ন্তীনা হিমালয়দ কৌদুনা নংগী মপাউ হংলকপা)
(—মণিপুরী মহাভারত)

শৈরেং মতেক অসিদ য়াওরিব "নমোম" হায়ব রাহৈ অসিন মাগী অর্থবু ঊলায় লায়না অমুক তাহল্লি। কোয়না, বক্রোক্তি ওইনা অমুক তাহন্দুনা মমুংদ অর্থ অমমুক লৈহল্লি। অহানব অর্থদ "ঐদি নংগী নচানুপীগুম্বনি। অদুনা নচানুপীনা কপতুনা লাউদুনা হায়জবদ মপান মাগী অপাম্ব পীদুনা থেমজিনব পেলহনব অদুগুম্ম, ঐবুসু

থেমজিনবিযু" অসিনি। কোয়ন-খোয়ন ভা'বগী অর্থন "চীঙ! নংগী নমোম পার্ব্বতীসু মতম অমদ মহাদেববু মপুরোয়ব ওইন ফংগে হায়দুন চীঙ নংগী নতস্বাক্ত কোয়চেল চেন্দুন কোন্দুন কপবিবনি। মাদুদা মহাক্, মচানুপী পার্ব্বতীবু মহাদেবগ উনংন্দুন নী'ব থু'হনখিব অদুগুম্ন ঐবুসু নমোমগুম খন্দুন নীঙব থুহল্লু অসিনি। অসুম্ন, য়াম্ন কোইব অমদি খোযব অর্থশিং অসিবু ফোংদোকতুন হায়ব ভাঙব বাঙাংবু বক্রোক্তি কৌই।

করেম্নব-লঙনব-নাক্কব য়্বাঙা দুসু বক্রোক্তিনি হায়ন খংগদবনি। "লঙনব নোক্কব" হায়বসি থাক্টশে বত্ত হায়দুন চান্নন লঙনদুন শাউহনব অম, নত্রগ প্রমাণ পাইদুন লঙনদুন শাউহনব অম অনী থোকই। অদুগ খোঙতেকপবু খোঙতেকপ হায়ন লঙনদুন শাউহল্লবদি মাদু নিন্দানি, চৈবনি, বক্রোক্তি (খোযন ভাঙব) নত্তে। মমীশাঙব মইহৈদি য়াম্ন হৈব মচা পোকপী মমা অমগী মফমদ, মমীত্তাঙদব মইহৈদি হৈতব মচা পোকপী নুপী অমন অসুম্ন হায়ঃ—

"চৈশুন লম্‌জিংব নচাগা, ঈচাগ করি পান্দম্নরি?"

মফম অসিদ "চৈশুন লমজিংবা" হায়ব য়াহৈ অসি "মীত্তাঙবা" হায়দবগী মহুত্ত কোয়ন খোয়ন হায়বনি। অদুনা মাসি, বক্রোক্তিনি। মাসি তাবদা মমা অমদুনসু অসুম্ন খুম্মি ঃ—

"জ্ঞাননা লম্‌জিংবিদববুদি, চৈশুন লম্‌জিংবিবন হেল্লি।"

মফম অসিদ, "জ্ঞাননা লমজিংবিদবা" হায়বসিন "অপাঙব মূর্খ" হায়গদবগী মহুত্ত কোইন-খোয়ন হায়বনি। অদুনা, মাসিসু বক্রোক্তিনি শৈরেংদ বক্রোক্তি অলঙ্কার হাপকে হায়রবদি অসুম্ন হাপকনি।

মফম অসিদ "চৈশুন লগজিংব" হায়বসি বিশেষ্য ( noun ), বিশেষণ ( adjective ) অমদি ক্রিয়াবাচক বিশেষ্য ( verbal noun ) অহুম অসিগী মনুংদ অম ওইন শীজিন্নহুন অর্থ হনব য়াগনি। মাহুদি :—

বিশেষ্য — — – চৈশুনচিংব ( মী )
বিশেষণ — — – চৈশুনচিংব মী।
ক্রিয়াবাচক বিশেষ্য – চৈশুনচিংব থবক্কা।

খোন্থোক্কী অনেম-অরাং ( অনুদাত্ত উদাত্ত ) নসু কাকু-ব্যঙ্গ ( নোকনিন্নব-লওনব-করেম্নব ) নচিংববু ফোংদোকপ য়াই। মাহুদি :—

"ঐবু কাউদন লৈখ্রবরা ? মহাক্কো হায়ুবা চান্নবী !"

অর্থ :—"চান্নবী মহাকতুবু ঐবু ঈকাউ কাউথোকখিহুন লৈগ্র-বরনে ?" মফম অসিন "কাউদন" হায়বসিদ যাওরিব "দ" দ লৈব "অ" গী খোন্থোক অসি অনুদাত্ত ( অনেম ) নি।

মাসিদা মাগী মতা অহুনা খুম্মিবনা :—

"চুম্মি কাউদন লৈরিদা, মহাক্কো ব্বারুম্নু চান্নবী।"

অর্থ :—"চান্নবী মহাক্কো নংবু কাউব লৈতন লৈরিদা, য়াগন্নু" অসিনি। মফম অসিদ "কাউদনা" হায়বসিদ য়াওরিব "দ" দ লৈব "অ" গী খোন্থোক অসিদা উদাত্ত ( অরাংব ) নি।

মরম অহুনা, মীতৈরোল শৈরেংগ সংস্কৃত লোলগী শৈরুংগ অনী সিত্তদ খোন্থোক্কী অনেম অরাংন বক্রোক্তি, কাকুক্তি, ব্যঙ্গোক্তি

( খোয়ন-কোইন ঙাঙব কোইন নোক্নব-লঙনব-করেম্নব ) গী লৈতেং পীব ওন্মি।

প্রমাণ-পান্থৈগী রাহৈ-রাঙাংন বক্রোক্তি ওইহনবগী খুদম থর :—

লক্ষ্মী—"নংগী চাম্ন-থোইরব হূ থক্‌পদুবু কৈদনো?"
পার্ব্বতী—"নংগী চাম্নথোইরব, পূতনা হাৎপদ হংঙুচো।"

মফম অসিদা "পূতনা" হায়ব শব্দসিন শ্লেষ ওৌহুন, অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌহুন, ঈহান হানবদ পূতনাগী খোম্নাং হূ থকপদি নংগী নপুরোম্নব কৃষ্ণ ( বিষ্ণু ) নহুম হান্নি। মখোয় হূ থকপ কাঙ-বুনি, অতুনা হূ থকপ মহাদেবগী লৈফমদি হূ থকপ বিষ্ণুগী মফমদ অহুম মহংঙ্‌। ঐঙোন্দা ফরিগী হঙঙরি?" মফম অসিদ হূ থকপ হায়ন থাঙ্গৈশেংন হায়দোকুহন মাসিগী অর্থ ফোংদোক্ন "পূতনা" হায়ব রাহৈ অসিন কোইন-খোয়ন করেম্নন লক্ষ্মীদ হায়বনি। অতুনা

"নংগী চাম্নথোইরবা হূ থক্‌পদুবু কৈদনো?
নংগী চাম্নথোইরব পূতনা হাৎপদ হঙঙুনা।"

শৈরেং অসিদ "হূ থকপ" দি বক্রোক্তি নত্তে। চপ চান শেংন হায়দোকপা ( স্বভাবোক্তি ) হায়বহুনি। অহুমশুব পাদদ য়াওরিব "পূতনা" হায়বসিদি "বক্রোক্তি" নি।

লক্ষ্মী—লিল্ থাউওন্ ওন্‌বগা, অমুক্ত উনগে লাক্‌পনি।
পার্ব্বতী—লিন্দ হীপতুন লৈহৌবনি, হম্ন হম্ন উনরু।

মফম অসিদ "লিলদ হীপতুনা" হায়বসিগী অর্থদি "অনন্ত শয্যাথক্ত হীপতুনা" অসিনি। মফম অসিদ "হীপতুন লৈহৌবনি"

হায়বসি খমথোংব শৃঙ্গারগী রাহে রারেংন লঙনদুন কন্নকপোগ্ন হায় দোকপ শৈরেং অমনি। "উনরু" হায়বগী অর্থদি "নখোয় অনী লিলগী কম্যুংদ মুংঙাইমিন্নরু" হায়বনি। হায়রিবসি ভাব তাশিন্নদুন অমুক হায়থরকই—

"শস্তোংব মংদ লৈবা, লৈবরনে মহাকতুবু।"

রা অসি তাবদ বিষ্ণুবু কৃষ্ণগী ভাবত পুদুন কবিন পার্ব্বতীগী শৈরেং পাউথুম ওইন ইরি:—

"শঙ্খেনব উমংদ লৈব, মহাকতুদ হংবিরু।"

লক্ষ্মী—চৌঙ্দ লৈব শন্দোংব, মাবু লৈবর হায়বনি?

পার্ব্বতী—চৌঙ্বু পুব শঙ্খেনবা, মঙোন্দ হংঙু হায়র্বনি।

বন চৎলমদাইদ সীতাদ রামন হায়ব:—

"বন চৎপদ ইনগন্নু, কোন্নুংদ অসুম লৈহৌকো"

সীতান—

"বনদ লৈজহৌরোইয়ে, কোন্নুংদবু লৈজরুগে।"

শৈরেং অসিদ য়াওরিব অহানবগী "বন-কোন্নুং" অনীসিদি বক্রোক্তি নত্তে। চান্নব বন নি, চান্নব কোন্নুংনি। অকোনবগী সীতান খুম্ব অসিদ য়াওরিব বন-কোন্নুং হায়ব শব্দ অনীসিদি কোইন অর্থ অমদ পুরি। "রাম লৈতব কোন্নুংদি বননি। অদুন কোন্নুংগী মশক লৌদুন কোন্নুং শাজিন্নদুন লৈব বন অসিদ লৈজহৌরোই-চৎচরোই তাকপিব য়াথং ইনজগনি।" অসুম হায়ন সীতান খুম্বনি।

অমুকস্থ হায়রি :—চান্নব বন নত্রবস্থ, রাম লৈত্রব কোম্নুংসে বননি। বনবু ওইরবস্থ রাম লৈব মফমদো ঐঙোন্দদি কোম্নুংনি। অত্থুন কোম্নুংত্থদ লৈজরুগে।" অসিগুম্ব বক্রোক্তিন সীতান রামদ খুম্বনি।

রাধা নাক্ত কৃষ্ণ লাকপদ রাধান শাউত্থুন ওইনত্থুন হংবা অত্থুগ কৃষ্ণ খুম্বা :—

রাধা—কনানো লাকপিরিবসিবু, কনাগী য়ুম্বু থিবিবনো ?
কৃষ্ণ—মায়থোং থানিন থাজবু, থিজরকইয়ে নোঙিম্ন।
রাধা—থাজদি চন্দ্রানি চন্দ্রা কুঞ্জদা পাইখরো নোঙিনও !

মাসি পূম্নমক "খোয়ন ডাওবী" (বক্রোক্তি) হান্নব লৈতেং অত্থুমক্তনি।

---

# শৈরেং লৈতেং

## ( অনীশুব পন্দুপ )

## অর্থ গী লৈতেং

### ( অর্থালঙ্কার )

--:(০):—

ময়েক্ক, ময়েক্কী খোম্থোক্ক, শব্দন, শব্দগী মপৈন, রারেং মপৈ অমদ লৈতেং ওইন লাকপগী অদুগ হাপ্পগী খুদম অমদি নিয়ম মথক্ত অহানব পন্দুপ্ত হায়খ্রে। মখোয় অদু রাহৈদ হাপ্প লৈতেং ( শব্দালঙ্কার ) মক্ত ওইবন শব্দালঙ্কারগী খুদম ঙাক্ত ওইন তৌই। লৈতেং হায়বসি মথল অনীনি, মপানগী শব্দদ হাপ্প অম, মনুংগী অর্থদ হাপ্প অম হায়বসিনু মথক্ত হায়খ্রে। অদুনা অনীশুব পন্দুপ অসিদ "অর্থগী লৈতেং" ( অর্থালঙ্কার ) গী রা ইথরক্লি।

কনা কনাগুম্ব খরনা, মপানগী শব্দদ-ময়েক্ক কেছুন, লৈতেং হাপতুন, মশাগী অর্থ অম লৈজরিব শব্দগী মহুত্ত, মাগ অর্থ মান্নব শব্দগী মওং অমমুক থিদুন হাপচন্দুন লৈতেংবগী থোইন কান্নব লৈতে। শব্দগী শক্তি ( অর্থ ) বু অপমান তৌব চোপহনব নত্তন কব্রিসু নত্তে। অসুম হায়। মখোয়ন অমুকসু হায়রি:—শব্দগী লৈতেং হাপতুন

শৈরেং-য়ারেংগী লৈতেং ওইগনি হায়বসিতদ আশা তৌদনা, অর্থদ লৈতেং হাপ্পতনা, থোইদোক্ল, শেরেং-য়ারেংগী লৈতেং চপ চান ওইগনি। মাসি কালিদাসনচিংব কবিশিং খরগী মতনি।

তাইবংগী বুদ্ধিদা, জ্ঞানদা, থম্মোয়দা অমদি নীওশিংবগী শক্তিদা প্রভাব ( Influence ) য়াম্না তাহনবসি শব্দালঙ্কারনা য়াম হেল্লি। মপানগী থোদোক অহুবু উরগ, মাহুগ মান্নব থোকখিব নত্রগ মহৌশান ওইব থোদোক অমগী মওং নীওশিঙডকতুন য়াওাংগী লৈতেং অম ওইন হায়দোকপ অমদি হায়দোকে থনবাস মীওইবগী হে.নশানি। মাহুনি, লম্বীদ মকম ময়াং থঙদনা কোয়চৎ চৎতুন ময়াই কাহুনা, কিব লৈতন অমদ অমুক চঙঙ, অমদ অমুক য়েংঙ, তৌহুনা মীন ফু-চৈ হায়বগীসু করিমত্তা থোশাদব মী অমবু উরগ মী অমন "মহাক্ক তৌরিবসিদি কৈথেল শলহু মঙায়রেনা" অসুম্ন থোদোক অহুবু চপ চান হায়দোকতুন প্রমাণ ওইন চাংদম্নব ওইন অহুগ ঙাঙ থোকপ য়াঙাংগী লৈতেং অম ওইন হায়দোকাখ। অহুন ওন্নতৈনব থোদোক্ত ওন্নব য়াঙাং লৈতেংন্ অহুম শীজিন্নৈ। ওন্নতৈনব থোদোক্তসু ওন্নতৈনব ( বিরোধ ) ওইব য়াঙাংন লৈতেং ওইন শীজিন্নৈ। অকনব মপাগী মচান অকনব থবক অম তৌরবদ "মপাগী মচানি" "কৈন তোকপ পোকপ হৌনবরা" অসিনচিংব মপানগী প্রকৃতিগী নিয়ম অমন প্রমাণ তৌহুন পান্দম্নহুন, য়াঙাংগী লৈতেং ওইন শীজিন্নৈ। ওন্নতৈনবদনা :—ফয়ব, ঈনাক কৈরাক থুনবা, মহৈ মশিং হৈব ঈমুং অমদ, য়ুম অহুবু লৈখা তাহন্নবগী মশক ওইরব ফত্রব মচা অম য়াওরক্লবদি মপা অহুন "নংদি শাগৈগী মৈতাল অশিবনি" "উরোক মরক্তা কাকুহনি" অসিনচিংব ওন্নতৈনব ( বিরোধ ওইব ) য়াঙাংন

চৈরবস্থ রাঙাং রারেংতুগী লৈতেং ওইন মচাবু নিন্দা ভৌই-চৈ। অতুনা রারেং রাঙাংগী লৈতেং হায়রবাস, মায়বদস্থ, মায়দবদস্থ, থাগৎ পদস্থ চৈবদস্থ, হয়াউ মুংঙাইতবদস্থ শীজিরৈ।

প্রকৃতি ( Nature ) দ লৈতব পোশক-থৌদোক অমবুস্থ প্রমাণচান শেম্নগ, থাঙ্গেশেংন থোকপ থৌদোক অমদি লৈব পোশক অমবু লৈতেং ওইন হায়দোক্লে। মাতুদি:—কনাগুম্ব কনাগুম্বী অমগী মায়থোং ফজববু উরগ "সনাগী থম্বাল লৈরাংগুন ফজব মাগী মায়থাংনি" অসিগুম্ব শৈরেংন অমদি লৈতেংন মাগী ফজবতুবু কোঙদোক্লে। অতুগা প্রকৃতিদা থাঙ্গেশেংব সনাগী থম্বালদি লৈতে। অতুনা, অম-রোমদ হায়রগ, রাহৈগী রাঙাংগী অথ দ লৈতেং হাপ্পসি থাঙ্গেশেংব পোশক-থৌদোক্ক হাপ্প অম, অতুগ জগত্ত লৈত্রবস্থ প্রমাণ চান শেম শাতুন হাপ্প অম, অস্থম অনী শুই। মরম অতুনা মপানগী ইন্দ্রিয়-শিংগ থেংন-উনরুবদগীস্থ, মমুংগী ইন্দ্রিয় হায়বদি পূক্লিংগ থেংনরুবদগীস্থ থেংন উনরুবতুনা ঐখোয় ভাইবং মীগী থম্মোয়দ বিচার মখল মখলবু পোকহল্লি। বিচারশিং অতুনা রাঙাং রারেংগী লৈতেং শেম-শাবদা য়াম্ম মতেং পাংবত নত্তন মচাকস্থ শই।

মমাংঙৈদগী ওসি ফাওবদ লৈরিব শৈরেং রারেং লৈতেংগী সাহিত্য গ্রন্থশিংদ য়াওরিব মশক, মমিং, মশীঙ ককপ্রব নিয়মশিং অসিগী মপান্থোক্ক, রাঙাং রারেংগী লৈতেংব হায়বসি হাপনীঙিঙ হায়তুন হাপ্প-শেম্ব থক য়াত্রে হায়ব অসিস্থ নত্তে। মীরোল থুদিংগী জ্ঞান বিজ্ঞান্দ চাওথৎলকপ, বুদ্ধিন পাকথোক-চাউরকপতুগী মতুংইর, অতুগ অনৌ-অনৌব পোৎচৈশিং, মখোয়তুগী কোংদোক্কব রাহৈ রাঙাং রারেংশিং

অতুগ লৈতেং শেন্বগী মচাকশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইম, অলঙ্কার শাস্ত্রদ মমাংডৈদগী কবিশিংন থোন্নরক্লব অলঙ্কারশিংগী মমিং সংজ্ঞাশিং ( definition ) অসিগী পরিকরতদ লৈব চন্দত্থুন অনৌব লৈতেং প্রমাণ পাম্থে কয়া কয়া থোরক্লি, অতুগ থোকস্থ থোরকখিনি। মরম অসিমক্তন, হৌজিক্কী কবি-লেখকশিংম মনোবিজ্ঞানগী অচুম্বগী মথক্ত নন্দুন, অনৌ অনৌব মশক, মমিং, সংজ্ঞা, পরিভাষা ( Phraseo- logy ) কয়া কয়া পুথোক্কদবগী হোৎনরি অতুগ পুম্ন পুথোক্লি অত্থবু পুথোক্লরক্লিবাশিংসি অয়াম্বন, মহৌশাগী চৎনরক্লিব অলঙ্কার শাস্ত্রগী লৈরিব সংজ্ঞা-পরিভাষাশিং অসিদগী ঈহেন হেন্দোক্লবা, অতুগ মন্থুং হেক হেক চন্নবগুম তৌই।

অলঙ্কার হায়বসি "মান্নব মরু" দ লৌত্থুন লৈতেংব অম "মান্নদব ওন্নব মরু" দ লৌত্থুন লৈতেংব অম অনী ওই। "মান্নব মরু" গী মওং অসি (ক) মশক মওংদ মান্নব অম, (খ) ধর্ম্ম অমদি গুণদ মান্নব অম অসিনি। অয়াম্ব লৈতেং ( অলঙ্কার ) গী মথলশিং অসি (খ) দ হায়রিবসিগী মন্থুং চন্নি। মাত্থুদি মখাদ মথং মথং ইথরক্লি।

## ১। মান্নব উৎপন মরু ওইব।

(ক) ধর্ম্ম অমদি গুণদ খেন্নব লৈতব মওংন মরু ওইন থমত্থুন পোশক থৌদোক অনীগী মরক্ত, খেন্নব লৈতন মান্নব উৎপ্ মাসিগী মন্থুংদম্থ মখল মখল য়াম্ন লৈরি। মথং মথং ইরক্কনি।

(খ) ধর্ম্ম অমদি গুণদ খেন্নব মওংন মরু ওইন থমত্থুন মান্নব উৎপ অম। অসিগী মন্থুংদ লৈতেং মখল মখল কয়া লৈ। মাত্থু মখাদ ইরক্কনি।

( গ ) খেন্নব-খেন্নদব অনীন মক ওইন, পোশক থৌদোক অনীগী মরক্ত চপ চান মান্নব উৎলফাওবদ মখোয়নীত্থ অমন অমদগী খেন্নন অত্থম মরৈব অম। হায়রিব বিভাগ ( Catergory ) অসিগী মন্নুংদ "উপমা" ( পান্দম্নব লৈতেং ) কৌবনচিংব লৈতেং কয়া কয়া লাকখিগনি। মাত্থ মতুংদ অমমমত ওইন ইরক্কনি।

( ঘ ) পূক্লীংদ লৈবা :—মাসি আন্নুমান ( ভাব ) ন পুক্লীংতদ লৈহনব, থাঙ্গেৎশংব পোশক ওইনদি লৈতব করিগুম্ব অমগ মান্নব উৎপ-লৈতেং অমনি। হায়রিব লৈতেং অসিগী মন্নুংদ "কাহেন্ন হায়ব" ( অতিশয়োক্তি ) লৈতেংনচিংব লৈতেং মচা মচা থর লাক-খিগনি। মতুংদ অমমমত ওইন ইরক্কনি।

( ঙ ) থোকহন-ওইহনগদৌরিবন মরু ওইবা :—মাসিদা মান্নব উৎপ হায়বসি ব্রাহ্মণগী খোম্থোক্কী পাম্বৈন, "নোক্কব করেন্নব" নচিংব উৎপ অসিনি। ব্যাজস্তুতি-ব্যাজনিন্দা ( হুভাইনব থাগৎশিন্নব নিন্দা তৌব ) কৌব লৈতেংশিং অত্থ হায়রিব লৈতেং অসিগী মন্নুংদনি।

( চ ) অর্থ-ভাবত অঙকপ উৎপ :—মসিদা, মান্নব উৎপ হায়বসি, শব্দগী অমদি বাক্যগী অর্থদ অঙকপ ফংন হৈশিংন মান্নব উৎপ অত্থন মরু ওইহনবনি। মথক্ত হায়খ্রব লেপবনচিংব লৈতেংশিং অত্থ মাসিগী মন্নুং চনবনি।

## ২। মান্নদব ওন্নবন মরু ওইব।

হায়রিব লৈতেং অসিগী মন্নুংদ পোশক নত্রগ থৌদোক অনীগী মরী অত্থ তৎনথ্রব তুংদ, মখোয় অনী অত্থ অমনা অমগী বিরুদ্ধ

উৎলি। মাসিগী মন্নুংদ লৈতেং মচা মচা থর লৈ; মাদু মতুংদ ইরকনি।

## ৩। মথং মনাও কায়দন লাকপন মরু ওইব

হায়রিব অর্থালঙ্কার অসিদ ৱাহৈ কয়ান মথং মনাও কায়দন লাকই। অমন অমবু তৎনব য়াদর মরী অমন ফাজিল্লি। মাসিগী মন্নুংদ "একাবলী" নচিংব লৈতেং অদু লাকই। মতুংদ মথং মথং ইরকনি।

## ৪। মরৈন-যুক্তিন তাহনবন মরু ওইব।

হায়রিব অর্থালঙ্কার অসিদ লোকত চৎনব প্রমাণ যুক্তিন, তর্কন খুদমন "মান্নব" উৎলি। হায়রিরসি অমুক অহুম থোক্ল খায়রি। মাদুদি:—

(ক) ন্যায় তর্কন মরু ওইন প্রমাণ তৌদুন মান্নব উৎপা,
(খ) লোকত সমাজদ চৎনবন „ „ „ „
(গ) ৱারেংগী মথং মনাউ নাইন থম্বন মান্নব ফজব উৎপা।

## ৫। মন্নুংগী অথুপ্প অর্থ উৎপন মরু ওইব।

লৈতেং অসিগী নন্নুংদ. প্রমাণ পাম্বৈন অথুপ্প মন্নুংগী ৱাবু লোৎতুন থম্নব ওয়-তৈনব ৱাহৈ ৱারেংন লৈতেং শেম্মি। মাদু মথং মথং ইরকে।

মথক্ত, "মান্নব উৎপন মরু ওইব লৈতেং" অসিনচিংব মথক্ত মচা হায়ৱে। মথোরগী মন্নুং চনব মশাশিং কয়া কয়া লৈরি হায়বদুদু

হায়খরে। মখোয়ত্তুগী পরিভাষা অমদি খুদমবু মথং মনাউ নাইনা ছায়থরকপগী মহুত্ত, মরু মরু ওইব লৈতেংশিংগী রা হায় ইরগা মতুংদ লেমহৌবশিংগী মওং অমদি খুদম ইগনি।

**মান্নব উৎপন মরু ওইব লৈতেং**—হায়বসিগী মতুংদ য়াংরিব লৈতেং মখলশিংগী মতুংদ "নক্লন থমত্নুন চাংদম-পান্দম্নব" (উপমা) হায়ব লৈতেং অসিন খ্বাইদগী মরু ওই। "উপমা" গী অর্থসু (উপ —মনাক্ত নক্লনা. মা—চাংদম্নবা) "মনাক্ত নক্লন থমত্নুন চাংদম্নব" হায়বনি। মশক মচু-মগুণ অহুমসিবু মরু ওইন থমত্নুন চাংদম্নৈ। চাংদম পান্দম্নব মতমদ মচাক পোশক মরি শুদব য়াদে। মাত্নুদি ঃ—

১। "মহাক্ৰীদমক্ত চাংদম পান্দম্নবিগদৌরিব" (উপমেয়) হায়ব অম। মাসিদি হায় শেম শাত্নুন লৈরব পোশক অম ওইন লৈবন "প্রস্তুত" হায়নসু খঙনৈ।

২। মঙোন্দ চঙত্নুন. মঙোন্দগী গুণ লৌথোকত্নুন চাংদম্নরুগ- দৌরিব (উপমান) হায়ব অম। মাসিদি, হায় শেমশাত্নুন লৈব পোশক ওইদবন "অপ্রস্তুত" হায়নসু খঙনৈ।

৩। উপমান-উপমেয় অনীসিগী মরক্ত অমদসু অমদসু সাধারণ ওইন লৈব য়াব, চাংদম্নবব মচাক ওইব, মশক, মচু, মহাউ মনম্ন- চিংব গুণ। মখোয় অসি পুন্নপ্ন লাকপসু য়াই, মখোয়সিগী মতুংদ অমনীদ লৌথৎপসু য়াই।

৪। "মান্নব" অসিবু চপ চান ফোঙদোকপ য়াব শব্দ (বাচক) হায়ব অম। মরি অসিনি।

"উপমান বাচক" অসি শেম্বদি—"মানব শুম্ব" নচিংব ৱাহৈ ৱাহৈমতক অবায়নচিংবগ উপমান ( মঙোন্দ চঙহুন চাংদম্নগদৌৱিব ) ওইব ৱাহৈ অহুগ সমাস তৌহুন শেমগনি।

"কোকিল্ মানব খোঞ্জেম্, নৌন হায়রকই সীতান"

মফম অসিদ "খোঞ্জেল" হায়বাস "উপমেয়" ( মহাক্কীদমক্ত চাংদম্নবিগদৌৱিব ) হায়ব অহুনি। উপমান ( মঙোন্দ চঙহুন চাং-দম্নগদৌৱিব ) ওইব ৱাহৈন "কোকিল" হায়ব শাসনি। মফম অসিদা "কোকিল" হয়ের্বসিন "কোকিল খোঞ্জেল" বু খঙহল্লি। ময়েক্কীদি "কোকিল খোঞ্জেল মানব খোঞ্জেম্" অম্বু হায়গদবনি। অহুবু অনীরক হঞ্জিন্ন হায়বগী, তাব মুংঙাইতবগী দোষ অহু লৈতনব "খোঞ্জেল" হায়বসি য়াওদব "কোকিল" হায়বসিত "মানব" হায়ব ৱাহৈসিগ সমাস তৌখিবনি। মরম অহুনা উপমানগী বাচক ওইব ৱাহৈন "কোকিল মানব" হায়বসিন ওইরে। উপমানগ উপমেয়গ অনীগী মরক্ত লৈব সাধারণ ধর্ম্ম হায়বহুন "কুহু" হায়ব খোম্লোক মপুম অসিগী নৌন হুইথরকপ-লোইথরকপ মতাঙব খোম্লাং "প" ( স-ঋ-গ-ম-প ) হায়ব খোম্লাংহুন খোকহনব পঞ্চম স্বর হায়বহুন ওইরি। মাসি উপমান-উপমেয় অনীমক্ত লৈ। অহুনা সাধারণ ( Common ) ধর্ম্ম হায়বহু ওইরিবনি।

মথক্ত হায়খ্রিব, উপমেয়, উপমান, সাধারণ ধর্ম্ম, উপমান-বাচক হায়ব মচাক মরি অসি শুন ৱাতন্ন য়াওবদি উপমা অহু "পূর্ণোপমা" হায়বদি "মপুং ফান চাংদম্নব লৈতেং" হায়ন কৌই।

মথক্কী শৈরেং মতেক অসিদ মচাক মরিমক গুন য়াওরি। অদুন মসি "পূর্ণোপমা" নি। মাদুদি :—

উপমেয়না "খোঙ্জেল" নি।

উপমান না "কোকিল" „।

সাধারণ ধর্ম্মনা "নৌবা" (নৌনা) নি।

বাচক (মান্নব উৎপ রাহৈ) কোকিলমানবা।

হায়রিব মরি অসিদগী অমনাদং লুপ্ত ওহখিবদ হায়র্মদি লুপ তুন কে'ডদোক্তুন লৈখিবদ উপমা কোব শৈরেং লৈতেং অসি মপুং ফারোই। মাদুদি :—

"কোকিল্ মানবী সীতান অসুম্নবু হায়রকই"

অসুন্নত হায়রবাদ "মশক্ মচু" অদুতদ চাংদম্নখিদুন কোকিল-গুম 'মুবী সীতা অসুম হায়ন শেরান্নন, অর্থ অম থোকখিব য়াই। অসিগুম্ব মচাক রাৎতুন অমদি লুপতুন লৈখিব "উপমা" অসিবু "লুপ্তোমা" (মচাক শুদবী চাংদম লৈতেং) হায়ন অলঙ্কার শাস্ত্রদ খঙনে। অদুনা, লুপ্তোপমা অলঙ্কার য়াওব শৈরেংগী অর্থ হনব, ব্যাখ্যা তৌবদা, চিংনকম খর খরদি লৈগনি। অদুনা, চিংনকম পীদন লুপ্তোপমা-অলঙ্কার হাপকে হায়রবদি "কোকিল মান্ন হায়রকই" অসুম্ন হায়গান। অসুম্ন হায়রবতদ, লোৎতুন-লুপতুন লৈব সাধারণ ধর্ম্ম ওইব "নৌরব" হায়বাসগ লোৎতুন লুপতুন লৈব, উপমেয় ওইব "খোঙ্জেল" হায়বসিগ অনীমক্কী অর্থ অদুম কায়দন ফংগনি। মফম অসিদ হায়রিব মচাক অনীমক্সিগী লুপ্নকম ওইব রাহৈদ "ক্রিয়া বিশেষণ" (adverb) ন অমন ওইরি।

## উপমালঙ্কার ( চাংদম পান্দমৱ লৈতেং ) শেম্ফা ম্বেংশিনগদৱ মফম অক্রম।

( ক ) চাংদম্নিন্নগদৌরিব পোশক নত্রগ থৌদোক অনী অহু তোঙাল তোঙানব পোশক থৌদোক ওইদব ঊয়া য়াদে। মাহুদি "সীতাদ সীতাগুম ফজে" হায়রবদি উপমানগ উপমেয়গ অনীমক পোশক অমত ওইন পুনগ্রে। অহুনা, হায়রিব শৈরেং মতেক অসিদ মচাক গুদবন উপমালঙ্কার ( পূর্ণোপমা-লুপ্তোপমা ) অমত লৈব য়াদ্রে। অতৈ অতোপ্প অমগ চাংদম্নিভাই লৈত্রবদ "অতুল-নীয়ত্ব" ( চাংদম্নিভাই লৈতব মওং ) অহুবু ফোঙদোকতুন কনা কনাগুম্ব কবিনা—

"অতিয়াদি 'তিয়াগুম পাকইদো !"

"রাম রাবণগী লান্দি, রাম রাবণগী লালগুম্মি।"

অস্নুম্ন শৈরেংবম্ব তাব ফংঙি। অসিগুম্ব মফমদ উপমাগা উপমেয়গ মফম অমতদ পুনগ্রে।

( খ ) চাংদম-পান্দমনব হায়বসি মশক-মচু-মগুণ অহুম অসিদগী হেনখিব, খ্বাইন খঙনব প্রসিদ্ধ ওইব উপমানদ লৈব শক গুণ অহুম-সিগী অমদ চঙহুন চাংদম্নরুগদৌরিবনি। চাংদম্নৈ পান্দৈম্নৈ হায়হুনম্ব "শামু খোঙদা ভাবী রাধা" হায়বহুদি উপমাদি লৈ, অহুবু অলঙ্কার (ফজব লৈতেং) হায়বহুদি লৈত্রে। "শামু শাজং মানবী রাধা" হায়রবদি শামুগী লেম্বা, নোম্ব, ভপ্প চৎপ, হাদব শাজং অহুদি খ্বাইদ প্রসিদ্ধ ওইবনিন কারব লৈতে।

( গ ) মায়িবমথৈ ফজব-নীংথীব বিষয়দ "চাংদম-পান্দমব" ( উপমালঙ্কার ) হায়ব লৈতেং অসি হাপ্পনব হোৎনগদবনি। মাহুদি :—

"তাইবং-পুন্সি-ঈগী মরীক, য়ানব কালগী ভৈরবীনা
পায়ব ঈন পূমতৈ তৈব, লংলব ঙাঙলব পুখমগুম্না
থোরক্লে কোয়ৌহনবসে, নোংপোক্থংব 'তিয়াদা।"

শৈরেং অসিদ হায়বগুম্ন নোংপোকথংব অতিয়াদ ঙাংঙ্রাংনরব মশেক্ক লোয়নন, হাইদোরকপ অনৌব মুমিৎকী মঙানবু ঈ গ চাংদম্নহুন অহুগ কোয়ৌহনববু কাল ভৈরবীন মরৈ হা-হা তমহুন পাইব, ঈন পুমতৈ তৈরব, ঈয়াহুন থক্লব পুখমগ চাংদম্নহুন, ভয়ানকরসদা উপমালঙ্কার শেম্বসি চুমদে। অকিব-হঙ্গোইব পোক্লফম বীভৎস রসনচিংববু উপমালঙ্কারদ থোকহনবসি কবিতা ( শৈরেং ) দ দোষ লৈ।

"অনৌব নোংগী কুচুগুম্বা, শ্যামগী শংলব থবাক্তা
মল্লিকা পরেংন হাইবদি, পাক্লব শংলব চৌঙমায়দা
উরোক্ পরেংন পাইগুম্মি, ফজব মপা লৈতন ফজ্রে।"

মফম অসিদ উপমেয়ন "থবাক" নি। উপমান না "চৌঙমায়" নি। সাধারণ গুণ না "শংলবা" হায়বসিনি। "মল্লিকা পরেং" না উপমেয়নি। "উরোক পরেং" না উপমান নি। লুপ্ত ( লূপ-ভুন লৈব ) ওইরিব "অঙৌব" হায়বহুন সাধারণ ( অমদস্মু অমদস্মু লৈব ) গুণ নি। "কুচুগুম্ব" পাইবগুম্ব হায়ব ৱাহৈ অনীসিন "উপমানবাচক" হায়বহু ওইন লৈরি।

উপমালঙ্কার কৌব লৈতেং অমগী মচাক মরি অসিন হায়রবদি উপমান-উপমেয়-সাধারণ গুণ উপমান বাচক মরি অসিন শুন য়াওরব উপমা অহু "মপুং ফাব চাংদম পান্দম্ব লৈতেং" ( পুর্ণোপমা ) কৌই। মরি অসি শুন য়াওদ্রবদি, খরন লুপতুন ফোঙদোক্তনা লৈরবদি উপমা অহু "লুপতুন লৈব চাংদম পান্দম্নব লৈতেং" ( লুপ্তোপ-মালঙ্কার ) কৌই। মাহুদি :—

"য়্বারকৃতয়ালগুম্নবা, চীনবান্থকখা 'নীমক্তা,
কুন্দো লৈরাং মাল্লব য়াতোম্নীন থিন্দোক্লি।"

মফম অসিদ—উপমেয়না — — চীনবান-য়াতোন
উপমানন৷ — — তয়াল-কুন্দো ( কুন্দ )
বাচকন — — গুম্নবা-মাল্লব
মখোয় অসিনি।

মফম অসিদ উপমান-উপমেয় অনীমক্ত সাধারণ শুণ ওইন লৈগদব "ভৌব-ভাওবা" হায়বহুদি লোৎতুন লৈ। মরম অহুন শৈরেং অসিদ য়াওরিব লৈতেং অসি "মান্নব শুণ য়াৎপ চাংদম পান্দম্বা" ( সাধারণ ধর্ম্ম লুপ্তোপমা ) হায়বহুনি।

"থম্বাল্‌গুম্ন থোংলব, থাংলক্লি কুপ্লগী লম্বীদা
থৌরব তুম্বৌশিংহুনা থোঙথাং খুদিংদ য়ুরক্লি।"

মফম অসিদা উপমানন৷ — — থম্বালনি।
উপমানবাচকনা — "গুম্ন" নি।
সাধারণ ধর্ম্মনা — "থোংলব" নি।

অদুগ উপমেয় ওইগদবা "খোঙ" হায়ব শব্দ অদুদি মফম অসিদ য়াওদে লোৎতুনা লৈ। অদুনা শৈরেং মতেক অসিদা য়াওরিবা লৈতেং অসি "উপমেয় লুপ্তোপমা" হায়বা অদুনি।

ঙাঙলব খুয়ানা থম্বদা, লাইজগুম্ শংলব কুঞ্জগী লম্বীদা
লৈরাংলক্ত পাইরম্বা, খোইমু পরেং পরেংনা
ঈয়ায়দ শাৎপ লৈরাংদ, পাইশিন্‌বগুম্ পাইশিন্‌খি।

মফম অসিদা উপমেয়না — "খুয়া — ঈয়ায় অনীসিনি।
সাধারণ গুণনা—"ঙাঙলব"—শংলব ,,
উপমান বাচকনা—"গুম্ব" অসিনি।

উপমা ওইগদবা, অদুগা "ঈয়ায়" হায়ব য়াহৈংনা শোয়দনা কংব "থম্বাল-থরো" নচিংব য়াহৈ অদুদি মফম অসিদা য়াৎতুনা লোৎতুন লৈ। অদুনা লৈতেং অসি উপমালুপ্ত ওইব "লুপ্তোপমা-লঙ্কার" হায়বদুনি।

"মুনিগী থম্মোয় লকাদি, গঙ্গা-লাইজগুম্বনি।"
× × × × × ×
"থম্মোয় 'তিয়াদ পাইব নোংদি, শরৎ 'তিয়া নোংগুম্নি"

মফম অসিদা অহানব শৈরেং—পঙক্তিদ লৈরিব উপমা-উপমেয় অনীমকসিদ য়াওগদবা "লুরব" হায়ব থম্মোর অমদি ঈশিংগী অমত্ত ওইব গুণ (ধর্ম্ম) অদু পল্দে, লুপতুনা লৈ। অনীশুব শৈরেং পঙক্তিগী "অঙোব" "মঙব" হায়ব "থম্মোয় 'তিয়া" অদুগ "শরৎ

"তিয়া।" অনীদ অমত্ত ওইন লৈব গুণ ধর্ম্ম' অদু পন্দে, লুপ্ত ওইন লৈ। অদুনা লৈতেং অসি ধর্ম্ম লুপ্তোপমা হায়বনি।

গুম, গুম্ন, গুম্ব, মতৌগুম অসিনচিংব চাংদম্নবগী বাচক ওইব হায়বদি কোংদোকপ য়াহৈ ওইবশিং অসি লুপ্ত ওইদুনা লৈরবদি অদুগুম লুপ্তোপমা অদু বাচক লুপ্তোপমা" হায়বদি "কোংদোকপা য়াহৈ লুপত্তুন লৈবী-চাংদম পান্দম্নবী" লৈতেং হায়ন কৌই।

মাদুদি :—

> "থরক্ত মীৎলু লাইজ ঈচেল্, তত্তন শিম্বরকৃপাদি
> য়াংলবা চীওজাও 'নীরক্তা, চেম্বব গঙ্গা ঈচেম্নি"

মফম অসিদ গুম-গুম্ব-মতৌগুম্ব-গুম্ন অসিনচিংব উপমাগী বাচক ওইব শব্দ অমত্ত য়াওদে লুপ্ত ওইদুনা লৈ। অদুনা শৈরেং অসিদ য়াওরিব অলঙ্কার অসি "কোংদোকপ য়াহৈ লুপ্ত ওইবী চাংদম-পান্দম্নবী" ( বাচক লুপ্তোপমা ) হায়বনি।

---

# চাংদম-পান্দম-পরেং লৈতেং

## মালোপমা—( মালা—উপমা )

অমত্ত ওইব উপমেয় অমগী উপমানগী পরেং ( মালা ) অমম্ম মথং মথং লাক্লবদি উপমা অদু চাংদম-পান্দম-পরেং লৈতেং ( মালোপমালঙ্কার ) হায়ন কৌই। মাদুদি :—

"মুজা মাগী মীম্নাদি, লৈরাং থম্বাল লৈনাগুম্মি।
তথকপী শজি অমোমগী, য়ুংগানবী মীৎকুম্মি।
থম্নাথক্ত তথকপী, খম্প্রাংচাক মশা 'নীগুম্মি!
খোইমু 'নীন নোম্ন তোংব, মল্লিকা লৈকা 'নীগুম্মি।"

মফম অসিদা "মীৎ" উপমেয় অসিমতগী থম্বাল লৈনা, শজী মমীৎ, খম্প্রাংচাক মশা, মল্লিকা লৈকা হায়ব উপমা (উপমান) মরি অসিন মথং মথং লাক্লি। অদুনা শৈরেং অ'সদা য়াওরিব অলঙ্কার অসি "চাংদম-পান্দম-পরেং" (মালোপমা) হায়বনি। খুদম অম ওইন অমুক হায়রবদা—

থরাই য়াওদ্রব হকচাংগুম, থাবল খোকত্রবী অহিংগুম,
মুমিৎ মশক উদ্রব, অহিং মুংখিল মতোগুম,
রাম য়াওদ্রব অযোধ্যা, ফজব কোব লৈখিদ্রে।

মফম অসিদা "অযোধ্যা" হায়ব উপমেয় অসিমতগী (১) থরাই য়াওদ্রব হকচাং, (২) থাবল খোকত্রবী অহিং, (৩) মুমিৎ মশক উদব অহি-মুখিল উপমা অহুম অসিনি। অদুনা শৈরেং অসিদবু মালোপমা হায়ব লৈতেং অমু য়াওরি।

## "চাংদম-পান্দম-ওইথনখিবা"

### (রসনোপমা)

মথক মথক থংব উপমেয়ন মথা মথাদ লাকপ উপমেয়গী উপমান ওইন লাক্লরবদি অদুগুম্ব "মালোপমা" অমু রসনোপমা হায়বদি "চাংদম-পান্দম ওইথনখিবী" লৈতেং হায়ন কৌই। মাদুদি:—

"হায়দোকপন মশামক্কুম ফজেদো,
মশামক্কুম মীনোক্ক থোইন ফজে।
মীনোক্কুম য়েংথোরকপন ফজে,
য়েংথোরকপগুম শাথেক্ক ফজে।!"

মফম অসিদা, মমাও মমাওথংব উপমেয়না, মতুং মতুংদ লাকপ অতোপ-অতোপ্প উপমেয়গী উপমান ওইন শৈরেং অসিগী লৈতেং ওইরি অহুনা মাসি "চাংদম পান্দম-ওইথনথিবা" (রসনোপমা) হায়ব লৈতেং অহুনি।

## "চাংদম-পান্দম 'মুমুক ওইনবা"
### (উপমেয়োপমা)

উপমান ন উপমেয় অহুগ উপমেয় ন উপমান অমুমুক ওইনব লৈতেং অহুবু "চাংদম-পান্দম্মুমুক ওইনব" (উপমেয়োপমা) লৈতেং হায়ন কৌই। মাহ্হাদ :—

"নোংমদোনগুম পাকই ঈপাক্ক, ঈপাক্কুম পাকই নোংমদোম"
× × × × × × × ×
"মচাগুম ফজে মপাসু, মচাসু ফজে মপাগুম।"
× × × × × ×

মফম অসিদা "মপা-মচা" হায়ব রাহৈ অনীসি শৈরেং অসিগী মহুদ উপমান অমুমুক ওইনৈ।

# "মশান চাংদম-পান্দম ওইব লৈতেং"

## (অনন্বয়োপমা)

উপমাগ উপমেয়গ অনীসিন তোঙান তোঙান লৈরিব অহুকী মথৌ, চাংদমনবদ উপমাগী মরমদ ঙাঙব শকপ থরদি মরৈরগনি। অদুগ উপমেয় ওইরিবদুগ মান্নন। করিগুম্ব উপমান অম পীনিঙাই লৈত্রবদি অদুগুম্ব লৈতেং অদুবু "মশান চাংদম পান্দম ওইব লৈতেং" (অনন্বয়োপমা) কৌই। মাদুদি :—

অশোকন হৌজিকফাও লৈরম্লবদি
নিংথৌ মহাক্ক ওইব তাই।

× × × ×

অতিয়াদি 'তিয়াগুম পাকইদো!
রাম রাবণগী লাঙ্গাওদি, রাম রাবণগী লাঙ্গাওনি।

মথক্ত হায়রিব নিয়ম অসিগী মতুংইন্না লৈতেং অসি "অনন্বয়োপমা" হায়বনি।

---

# পান্দম ৱাহৈ ওন্নব লৈতেং
## ( প্রতীপালঙ্কার )

উপমেয় ওইগদব ৱাহৈন উপমা, ( পান্দমফম ) ওইগদব ৱাহৈনা উপমেয় ( চাংদম পান্দমনবিগদৌরিবা ) ওইন শীজিন্নখরবদি, মাদু শৈরেংগী মহুংদ "পান্দম ৱাহৈ ওন্নব লৈতেং" ( প্রতীপালঙ্কার ) হায়ন কৌই। মাদুদি ঃ—

রাধাগী মায়থোং থাজমানবা, শরৎ থাজ মকোয়না,
রাধাগী শংলব ফীজোল মানবা, শংলবতিয়াদ থোকপদ,
রাধাগী শ্তৌরব য়াতোলমানবা, মালিকা লৈরাংন শাৎপদ
রাধাগী কুঞ্জতন্নবু কৃষ্ণ, লাক্লে রাধাবু কৌরুগে হায়না।

মফম অসিদ উপমেয় ওইগদব রাধাগী "মায়থোং" ন "শরৎ "থাজ" গী উপমান ওইথোকখ্রে। উপমেয় ওইগদব "ফিজোল" ন অতিয়াগী উপমানত্থম ওইথোকখরে। উপমেয় ওইদব "য়াতোল" ন "মালকা" গী উপমান ওইখরে। অদুনা মথক্কী শৈরেং অসিদা ৱাওরিব লৈতেং অসি "পান্দম ৱাহৈ ওন্নবা" হায়রবনি। মাসিবু অলঙ্কার শাস্ত্রদ প্রতীপ ( ওন্নতৈনব ) অলঙ্কার ( লৈতেং ) কৌই। অন্নুম্ন উপমানগ উপমেয়গ ওন্নদুন লৈতেং শেম্ব অসিদ উপমেয়গী গুণন করিগুম্ব মতমদ ৱাখব-হন্থব য়াওই। মাদুদি ঃ—

নরলগী নাপল তৌগম্মু, কুবের লৈরি কাউগম্মু।
চাউই হায়বগী নাপল্ তৌগম্মু, রাবণগী নাপল কৈদনো

মফম অসিদা কুবেরগা চাংদম-পান্দমক্তন লল য়াম্ন লৈবছ্দি উৎলি হায়ববু উপমা ওইরিব কুবেরদগীদি হন্নরে। অতুগুম্না চাউবদ "রাবণ" গ পান্দম্নবিরবস্নু উপমা ওইরিবা রাবণগীদি হন্নরে হায়বসি লৈতেং অসিনা উৎলি।

সীতাগী সখীশিংন রামদা নোকতুন হায়রকই :—

"ফজ্রে হায়তুন নাপল হাক্ন তৌবিগন্নুদা ঈবুঙো!
ফজে-ফজদে য়েংবিরু, সীতাগা মমিনি নশক্তো!"

মফম অসিদা রামগী শকনা উপমেয়নি। সীতাগী "মি" না উপমান নি। "ম" গ পান্দম্নবন মুই-শ'ঙঙ হায়বহু উৎলি। "নহাক ফজগে হায়ন ফজরবদ সীতাগী মমিমক্ত য়োরে। অতগা সীতামক কুম্ন ফজবদি য়োত্রি।" অস্নুম হায়ন উপমেয়দ অরাৎপ-হস্নব উৎপ লাঙনবগী শৈরেং লৈতেংনি।

মাগী ঙাঙলব চীন্বা'ম্নীরক্তা ঙৌরব য়াতোম্ন লৈবদি
থম্বাল্লেকা'নীরক্তা লৈচন কুন্দোন কৈদৌনি।

মফম অসিদা. উপমেয় ওইব "য়াতোল" ন উপমা ওইব "কুন্দো" দগী ফজব হেনখরে। অতুনা মফম অসিদা উপমেয়ন উপমানদগী হেনখরে। উপমানন রাখ-হস্নখরে।

করিগুম্ব মওমদা, উপমেয়ন উপমাদগী হেনবত নত্তন, উপমান ওইরিব পোশক অহু ফাওবা তিরস্কার-নিন্দা ফাওবা তৌনৈ। যাহ্দি :—

শূরব মল্লব কুণ্ডদা, ভামুন পোকপী রাধাগী
মায়থোং থাজ থোরক্লে, ঈকায়দবী থাজও।
লোচ্চখ্রোনে লৈচৌল্লক্তা, নংগী নহুৎ শিনবিনিঙাই
থোরক্লে ঈকায় খঙদরা? ঈকায়-মাইহিং কারেদো॥

মফম অসিদা, "মায়থোং" গ "থা" অনীগী উপমেয় সম্বন্ধদি লৈ হায়রবু, উপমান ওইরিব "থা" অসি ফাওববু নিন্দা তৌরি। মথক্তা হায়খ্রিব মওং মতা অসি "পান্দম ৱাহৈ ওন্নব লৈতেং" হায়বসিগী মহুং চনবনি। মথোবস্তু প্রতীপালঙ্কারগী খুদমমক্তনি॥

---

# মান্নদবন পান্দম্ব লৈতেং

## (ব্যতিরেকালঙ্কার)

পান্দম্নরব ফাওবদ, হেন্নহনগদব উপমানবু অমুক ৱাখইন্দুনা লোব শৈরেংগী লৈতেং অহু "মান্নদবন পান্দম্ব লৈতেং" (ব্যতিরেকালঙ্কার) হায়ন কৌই। অসিগুম্ব শৈরেংদা অহানবদদি "মান্নব" (সমানতা) উৎলগ, "মান্নদব (অসমানতা) অমুক উৎনৈ।

মাহুদি:—

ৱাগী ৱায়থোংদি থাজগুম্মি, হায়নীঙিঙ ঈতা অহুবু
থাজ ৱাদি অথোই-অহেন নাইদো পক্ষ অনীদা।

থোকপদ অহিং সুংথিল থায়, পামু চেংলো থাজ মাদি
হন্থ-ব্রাথব নাইদেদো, অহিং সুংথিল থায়দেদো।

মফম অসিদা অহানবদদি "থাজ" ন উপমান ওইহুন "মায়-থোং" গী ফজববু উৎলম্মি। অদুদগী অমুক "থা" দগীসু উপমেয় ওইব মায়থোংনা হেনবগী লৈতেং অদু শৈরেং অসিদ পীরি। অদুনা মাসি "মান্নদবন পান্দম" হায়ব লৈতেং অদুনি। অসিগুম্বা:—

মহাকী হকচাংগী মচুদি, সনা অহিংব মাল্লিদো।
অদুবু সনাদি কল্লিদো, মনমসু লৈতে সনাগী।"

× × × × × ×
× × × × × ×

অসিগুম্বসিসু ব্যতিরেকালঙ্কারনি।

---

# পান্দমগ মশাগ অমত্ত ওইনব

## ( রূপকালঙ্কার )

উপমানগ উপমেয়গ হায়বদি পান্দমফমগ পান্দম্বিগদোরিবগা অনীগী মায়ব অসি কন য়াম্ন কন্ন মায়হুনসু পোশক অনী অদু ভোজাল ভোঙাম অদুম মরৈ। উপমালঙ্কারগী মথল মওং পূবদা অসি ওাক্তনি। অদুবু, অসিগুম্ব পান্দম্বগী মওং থর লৈরি, মথোক্ত অদুদি উপমাগ উপমেয়গ অনী অসি পোশক অমত ওইন লৈবত্তৰ

তৌই। অদুনা লৈতেংশিং অদুগী মন্নুংদা গুম্ব, গুম্মি, মানব, মান্নি অসিনচিংব বাচকশিং অসি য়াওজে। অদুগা য়াওদে হায়রদুদগী "বাচক লুপ্তোপমা" নি হায়বসু য়াদে। মরমদি "বাচক লুপ্তোপমা" হায়রিব লৈতেং অসিদসু উপমানগ উপমেয়গ অনীসি তোঙাল তোঙান অদুম মরৈ। অসিগুম্ব, উপমানগ উপমেয়গ অমত্ত ওইন লৈমিন্নখিব লৈতেং অসি শৈরেংগী মন্নুংদ "পান্দমফমগ মত ওইনবা" (রূপ-কালঙ্কার) লৈতেং হায়ন কৌই। অসিগুম্ব লৈতেং হাপ্পদ সমাস তৌদব য়াদবগুম লৈ। সমাস অদু করি করিগুম্ব ব্যাকরণদ রূপক-সমাস হায়নসু খঙনৈ। রূপকসমাসগী অকুপ্প মরোল "মণিপুরী ব্যাকরণ কৌমুদী" দ য়েংবন ফে।

মায়থোং থাজ মান্‌বদা, অৱাব মায়হিং কাবদি
শরৎ থাজ মকোয়দ মায়হিং ময়ি চৎকুম্মি।

শৈরেং অসিদা উপমান অমদি উপমেয়গী ভাবরসদা থোইদোক্ন কায়নব-চুনবদি উদ্রি। অদুগা—

থম্বাল্ মান্ন মায়থোংদা, খোইমু পরেং পাইরক্লি।

অসুম হায়রবদি, মায়থোংবু থম্বাল মানবদুদা থম্বাল ওইরবোই খন্দুন, খোইমুশিংন পাইরকপনি হায়ন অর্থ দৌরবাদ অর্থ থোইন কায়দে। তৌবদদি ভ্রান্তিমান অলঙ্কাররোমদ চংখিগদৌরে।

অদুগা :—

"থাজ মায়থোংদা অৱাব লৈচিম কুপখ্রে।"

হায়রবদি মায়থোংবু লৈচীয় কুপ্পদি য়াদবনিন ভাবরসদা অকায়ব অমঙ ওই। অছুনা, রূপকসমাস তৌছুন "মায়থোং থাজবু" হায়রবদি থাজবু লৈচিয় কুপ্পদি স্বাভাবিকনিন। থোইনা কায়বা লৈতে। অছুনা থাজ মানব মায়থোং—থাজমায়থোং অসিনা চুয়গী উপমালঙ্কারনি। মায়থোং অছুমক থাজ অমনি, পোশক অমতনি হায়রগ "মায়থোংজ" অসুম রূপকসমাস তৌছুনা রূপকালঙ্কার শেমগদবনি। মফম অসিদা উপমানগ উপমেয়গ খেন্নদন পোশক অমত ওইন লৈখিবনা "অভেদ-রূপক" (খেন্নব লৈতব রূপক) হায়বছুনি।

অর্জ্জুননা কাপখিব তেল অদো,
মহু পুব লিলমক্লি।

মাসিদদি রূপক হায়ব লৈতেংছুনিদি হায়ববু পোশক অনী অসি তোঙাম লৈবগী অর্থদ লিপগী মতৌগুম্ব হায়ব অর্থ অম লৈবন "মশক মানব রূপক" (তদ্রূপরূপক) অসুম হায়ন কাব্য শাস্ত্রদা থঙনৈ।

---

# "রূপক" কী মশা থরা

"অভেদ রূপক" হায়বদি "খেন্নব লৈতবন মশক অমত ওই-নিরখিবা" হায়ব লৈতেং অসিগী অমুক মশা (Branch) অহুম থোক্ল থাররি। মাছুদি:—(১) চপ মান্নব, (২) থর হেনব, (৩) থুর হুব-রাখবা অহুম অসিনি। থুদম মথং মথং পীরি।

চপ মান্নবা ঃ—“মায়থোং মাগী নীঙথিবা, থাজমরি থাজোও”
খর হেনব ঃ—মাগী মায়থোং থম্বান্দি লৈমন চন্দব থম্বালনি।
(থম্বান্দগী হেনখে)

মফম অসিদা থম্বান্দি লৈমন চনব নাইবনিন চুম্নগী থম্বালদগী “মায়থোং থম্বাল” ন শুগদা হেনখ্রে।

খর হুম্থ-য়াথবা ঃ—উপমানদগী উপমেয়দগী খর হুম্থবগী অর্থ লৈরবদি লৈতেং অসু “খর হুম্থ-য়াথব অভেদ রূপক” হায়বনি। মাসুদি ঃ—“মাগী মায়থোং থাজদি, ঈমুংসু পুমঙাল ঙালহল্লি।” মফম অসিদা “থা” ন উপমাননি, “মায়থোং” ন উপমেয়নি। উপমা ওইরিব “থা” দি পৃথিবীগী মফম পুম্বা ঙালহল্লি। অসুগা উপমেয় ওইব “মায়থোং-থা” দি ইমুং অসুবুত ঙালহল্লি। অসুন উপমাদগী উপমেয়না খর হুম্থরে।

---

# অভেদ রূপককী মথল অহুম

খেন্নব লৈতন মান্নব লৈতেংগী মফুংদা অমুক মশা (Branch) অহুম থোক্ন থাররি। মাসুদি ঃ—

(ক) তোঙাল তোঙানব অঙ্গ য়াওবা (সাঙ্গ),

(খ) তোঙাল তোঙানব অঙ্গ লৈতবা (নিরঙ্গ)

(গ) মথং মথং লাক্নবা (পরম্পরিত) হায়বসিনি।

## তোঙাল তোঙালব অঙ্গ শুন য়াওবগী খুদম :—

"মীওইবগী" আশাদি তুরেলমক্কি মীওইবা !
"নীঙজব" ন লাইজনি, অরাম খোৱাংবন ঈথক্কি ।
"অশাউব" ন লাইজনুংদ তত্তন চেল্লিব কুম্ভীরনি ।
"তৌসিরা-তৌনুসিরা" ৱাখল্লা, কাতূ-কারল পাইরিবা
শেম্বাং চরোইনচিংবনি ; তোর্ব্বান্দা চেৎনা হৌরিবা ।
"তপথবা" কৌব পামেলবু, থৃদেকপ ঙম্বা ঈচেম্নি মাগী ।
"চিন্তা" ন মাগী ৱাংলবা, লৈঙোইগী ঙম্নব লৈরাইনি ।
"শুদ্ধাৎপ ঙাওবা" ন তোর্ব্বান্দা, হামজিনব শূক্লব সুরুংনি
"আশা" কৌবী তুরেলসিবু, লায়ন লালথ্রব মীদুনা
মপোক খুদিংদ নুংঙাইবা, অরেপ্প মাবু ফংঙিদো ।"

মকম অসিদা, "আশা" গী অঙ্গ পুম্নমকনা তুরেল অমগী অবয়ব পূম্ব কায়দন ওইরি । মাদুদি :—

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| আশা … … … | তুরেল |
| নীঙজবা … … … | লাইজ |
| অরাম খোৱাংবা … | ঈথক |
| অশাউবা … … … | কুম্ভীর |
| তৌসিরা তৌনুসিরা … | তুরেল মথক্ত পাইবা শেম্বাং চরোইনচিংব |

| উপমেয় | উপমান |
| --- | --- |
| তপথবা ... ... ... | তোর্ব্বান্দ হৌব উজাও |
| চিন্তা ... ... ... | লৈরাই |
| শুন্মৎপ-ভাওবা··· ... | লৈরাইদা হামজিনবা মুরুং। |

মরম অচুনা মথক্কী শৈরেংগী লৈতেং অসি "সাঙ্গ রূপক" হায়বচুনি।

( খ ) নিরঙ্গ রূপক ( অবয়ব য়াওদবা ) :—

উপমান উপমেয় অনীগী পান্দম্নবদা অঙ্গ তোঙাল তোঙান্ন উৎচুনা, মপূং অম ওইন অমুক্ত উৎলগ তোক্লবদি মাচু নিরঙ্গরূপক নি, হায়বদি মশা য়াওদবা রূপক হায়ব অলঙ্কার অচুনি।

মাচুদি :—

নিংথৌ-সভা ময়ায়দা, দুর্য্যোধনগী য়াঙাং তাবদা
কৃষ্ণগী হৌরব মীনোক্লা, নোংলক্ত নোংথাং কূপকুপ্মি।

মকম অসিদা উপমেয় "মীনোক" কা উপমান "নোংথাং" গা অনীগী পান্দম্নবদা নোংদি কনান ওইরি, নোংথাংদি কনান ওইরি, সভাদ কপ্লিব মীয়ামচুনা করিনা ওইরি, হায়ফেৎ ভানবচুনা করিগ প্রমাণ তৌরি? অসিনচিংব অঙ্গ খুদিংগী, থোইদোকপ মচা থান্নন উৎপ লৈতে। অচুনা অসিগুম্ব লৈতেং অসি "নিরঙ্গ রূপক" হায়ব অলঙ্কার অচুনি।

(গ) অমগ 'মগ মরব রূপক (পরম্পরিত রূপক) :—

"হরিনাম হিথক্তা, কলি তাইবং ঈপাকপু

×  ×  ×  ×  ×

×  ×  ×  ×  ×

×  ×  ×  ×  ×

মফম অসিদা "হরিনাম" গ "হি" গ অনীগী মরক্তা লৈরিবা লৈতেং অসি রূপকনি। হায়রিবা রূপক অসি করম মতম্দা মপুং-ফাবা ওইবা য়াগদগে হায়রবু কলি তাইবংগী ঈপাককা অনী অসিনা রূপক ওইনা লৈমিন্নরবা মতম অদুদনি। "হরিনাম হিথক্তা কলি তাইবংবু লানগনি" হায়রবদি ঈপাক হায়বা বাহৈ অসি পন্দবনা হরিনামবু "হি" গ পান্দমনরবগী কারণ লৈতে। মরম অদুনা 'মথক্কী শৈরেং মতেক অসিদা রূপক ওইনরিবা মতেক অনী অসি অমন অমগী মথক্তা পরম্পরিত ওইনা মথং মথং মমরি। অদুনা মাসি "অমগমগ মরব রূপক" (পরম্পরিত) হায়বা লৈতেং অদুনি।

————

# নম্মতন ওইব পান্দম্বা।

## ( উৎপ্রেক্ষা )

পান্দম্নবগী অতৈ অতৈ লৈতেংদ উপমানগ উপমেয়গ য়ান্নিব মথৈ হীরমশু পূম্বদা চপ মান্নব মক্ৎগা মশা অমত ওইমিন্নবগী মওং অমদি অর্থ লৈবমক্তনি। উৎপ্রেক্ষা হায়বসিদদি অমু নত্তে। "ওইব-য়াই" হায়বগী অর্থ লৈ, হায়বতনি। মরম অমুনা হায়ন্নিব লৈতেং অসিগী মমুংদ উপমানন খর হেন্না প্রধান ওই। মাদুদি:—

মাগী পিশুম তাবদি কামগী লীরু সি মণ্ডায়দো।

× × × × × ×

× × × × × ×

মফম অসিদ পীশুমগ কামগী লীরুংগ পান্দম্নদি হায়ববু উপমা-ওইন্নিব কামগী লীরুং অসিনদি খর হেন্না হায়ব উৎলি। অমুবু নমহৎতুনা কামগী লীরুংগ পান্দম্নরি। অমুনা অসিগুম্ব শৈরেংসি "উৎপ্রেক্ষা" অলঙ্কার হায়বমুনি।

হায়ন্নিব লৈতেং অসিগী পান্দমদা—মণ্ডায়, মক্তি, প্রমাণ অমদি, খঙঙু, মণ্ডাগুম, মতৌনি অসিনচিংব য়াহৈ মতেকশিং অসি মচাক ওইন চত্তিঙ।

"উৎপ্রেক্ষা" ( নমমুন পান্দম্বা ) হায়বসি "অকোঙবা" হায়ব অম, "মশান তৌব" হায়ব অম অনীখোক্ত থায়রি। মথক্ত হায়-খ্রিবা য়াহৈ মতেকশিং অসি কোন্‌ন শীজিন্নরগ অকোংবা ( বাচ্য ),

শীখিনরগ "মশান ভাব (প্রতীয়মান) উৎপ্রেক্ষা" হায়ন কৌই। হায়রিব মথল অনীসিদী মথাদা উৎপ্রেক্ষা হায়বসিগী মওং অহুম থোক লৈ। মাহুদি:—অমমমদ পোশক (বস্তু), মরম (হেতু), মহৈ (ফল) অসিনি। মরম অহুনা শীন হায়রবদা (১) বস্তূৎপ্রেক্ষা হায়বঅম, (২) হেতূৎপ্রেক্ষা হায়ব অম অহুগা (৩) ফলোৎপ্রেক্ষা হায়ব অম অসিনি। খুদম মথং মথং ইথয়ি।

(১) পোৎক পোৎক নমহুন পান্দমরবদি বস্তূৎপ্রেক্ষা হায়ব অহুনি। মাহুদি:—

শংবাম্বব কৃষ্ণগী খৃাঙদা, লৈতেং ওইরিব ফিগেদ্রি
শংলব চীঙয়ায়দ তারিবা, তারমদাই সুমিৎকী মশেকমক্নি

মফম অসিদা "ফীগে" হায়ব বস্তুগ "সুমিৎকী মশেক" হায়ব বস্তুগ অনীসিদা "ফাগে" ন মশেকমক নত্রবস্থ নমহুনা পান্দমন্নি। অহুগা অনীমক বস্তু (পোৎ) মক্তনি। অহুনা মাসি বস্তূৎ-প্রেক্ষা হায়ব লৈতেং অহুনি। অহুগা "মক্নি" হায়বসি কোৎন য়াওবনা, "অফোঙব বস্তূৎপ্রেক্ষা" হায়ব লৈতেং অহুনি।

(২) হেতূৎপ্রেক্ষা:—মথক্তা হায়রিবসিগুন্না, কন্নিগুব মরম খঙনব রাহৈন নত্রগ রাহৈপরেংন অতোপ্প থবক অমগী নমহুনা মরম (হেতু) ওইহন্নমদি "নমহুন মরম ওইহনব লৈতেং" (হেতূৎপ্রেক্ষা) হায়ন কৌই। মাহুদি:—

শিবগী লীরুংন ভেকপদি
মশাগী পাপ কোক্নক্না,

"মামগী খুৎকী মপক ওইনা
তাৰ্থদা মপাদু তুমহল্লবা"।

মফম অসিদা, লাক্লংন তেকপগী হেতুদি মপাংগী পাপ কোক্লবনি হায়ৰি। থাক্লেশংগী হেতু ঙনং নত্ৰবস্থ তেকপগী হেতু অসি "পাপ কোক্লনবা" হায়বসিবু নমছুনা ওইহল্লি। অছুনা মসিগুম্বা ঙাওয়িব লৈতেং অসি হেতুৎপ্ৰেক্ষা হায়বছুনি।

(৬) "নমছুনা মহৈ ওইহনবা লৈতেং" (ফলোৎপ্ৰেক্ষা):— মহৈ ঙনং নত্তব অমবু করিগুম্ব থবক অমগী মহৈ নমছুনা ওইহন্নুনা শৈৱেংলবদি মাছুবু ফলোৎপ্ৰেক্ষা হায়না কৌই। মাছুদি:—

মমায়দ নায়হিং কাবদু কোকথিননব হায়ছুনা
খঙদনা ঙপাক্ত লুপছুনা, হৌজিক্তি নংগী মায়থোংগ
মায়জয়েদো শকহেনবী!"

× × × ×
× × × ×

মফম অসিদা থা ন ঙপাক্ত লুপগী মহৈ (ফল) দি "নংগী মায়থোংগ মানজবা" হায়বসিনা মহৈ ঙনং নত্ৰবস্থ নমছুনা শৈৱেং লৈতেং অসিনা ওইহল্লি। অছুনা লৈতেং অসি ফলোৎপ্ৰেক্ষা অলঙ্কার হায়বছুনি। মফম অসিদা থা ন ঙপাক্ত [illegible] মরম (হেতু) দু মায়থোংগ মায়নবগীদমক্ত ওইহল্লি। অছুনা মরমগা মহৈগা থেংনবা উৎপসি অলঙ্কার শাস্ত্ৰদা [illegible] লুন লৈ। অছুবু মতাং অাগদা ইলায় লায়না থৱবা [illegible] মাছুদি:—থৌদাংব কোক্লবা ঙশিং

[illegible]" হায়ব, [illegible] [illegible] "খৌরাক [illegible]" [illegible] "[illegible] [illegible]
[illegible] হৈতু ওইরে। "[illegible]শিং থকপনা খৌরাম্বা কোনুই" [illegible] [illegible]
"খৌরাংব কোকপ" না মষ্টহ্ ( [illegible] ) ওইরে। [illegible] [illegible] [illegible]
বিচার তৌরগ, শৈরেংগী মনুংদা "ফল্লোৎপ্রেক্ষা" হায়বহু লেপকদবনি।

---

## কাব্যলিঙ্গ

করিগুম্ব ৱারেং নত্রগা ৱাহৈ অমগী অর্থবু হায়বদি "ফজব" নচিংববু মরম ( কারন ) ওইন উৎলবদি শৈরেং অছুদা য়াওরিবা অলঙ্কার অদু "কাব্যলিঙ্গালঙ্কার" কৌই। মাহুদি :—

সীতাগী মীত্তা তাবীও !
শজি নংদি করিগী চেল্লি ?
তাম্বররোই লাওনে চেনখিম্মু
শাদানবা নত্তে ঐ রামনিনে ॥১॥
সীতাগী খোঙথাং মানবীও !
শাম্মু নংবু কৈদনো লাউ।
লাইজনুংদা করিগী লুপখ্রি ?
কন্না কুইনরু লুপকগে ? ॥২॥

[illegible] শৈরেং অসিদা, সীতাগী মীৎকী "ফজবা" অদু [illegible]
মীৎনা শিজ ( খুদম-মরম ) ওইনা বর্ণনা তৌরি। সীতা খোঙথাংগী

কনবছু তাহুনী খোঙথালো লিজ ওইনা বর্ণনা তৌরিগা তাহুনা কুইনা ঈশিংদা নুম্‌ গুমদে হায়না উংনা উংনা সীভাগা কুইনা কায়নরোইদৌবা কায়ননীঙদবা অচন্থু উংলি।

---

## "নীঙশিংহনবা লৈতেং"

### ( স্মরণালঙ্কার )

করিগুম্ব পোশক অচুমবু উরগ, তাবগ, নম্বগ, শোঙ্গগ, চারগা মমাঙৈদা অমুক উখিব, আখিব, নমখিব, চাখিব পোশকপু নীঙ- শিংহনবদি শৈরেংগী মচুংদা লৈতেং অচু "স্মরণালঙ্কার" হায়বদি "নীঙশিংহনবা লৈতেং" হায়না কৌই। মাচুদি :—

মুরব তমাল পামেম্না, মথেক অচুম পেক্কুনা
থাবম ঈপোম হৌবদা, যমুনা মপান্দ লেপ্পবু
উরগ ঈতা থম্মোয় কুপ্পদা লেপ্পরেদো মহাকন্থু।

মকম অসিদা, অতৈ অতৈ, উপমালঙ্কারনাচৎব লৈতেং অতৈদি য়াওই হায়ববু নীঙশিংবগী শরুক্কা মন্ন ওইনা য়াওই। অসিগুম্না—

অমুব কাজল থাবীমথৈ, লাকহনগন্থু ঈনাক্ত
অমুব মাগী কায়ন মৈচাক, হেলহনগন্থুকো ঈতাশা।

× × × × × × ×

তাম্বোকপো পামেল থকগী খোংলিব কোকিল অসিবু
গী কুচুনি, মথোয় বাণী খোয়েরি।

অসিগুম্বা শৈরেং অতৈশু থক্সবনি।

---

## "অরোৎপা লৈতেং"

## (অপহ্নুতি)

করিগুম্ব পোৎ নত্ত্রগা থৌদোক অমবু লোৎতুনা থম্লগা অমদ প্রমাণ তৌহুন-শাহুনা, পোৎ নত্ত্রগ থৌদোক অহুগী মহুত্ত শীজিন্নরবদি, মাহু "অরোৎপা লৈতেং" (অপহ্নুতি) হায়ন কৌই। অসিগুম্বা লৈতেংদা উপমেয়বু লোৎতুনা থম্লগা মাগী মহুত্তা উপমানবু য়াম্ন শীজিন্নগনি। মাহুদি :—

মাদি ঐগী মরুপ নত্তে, লৈখোক্ত য়েৎপ লিলখান্নি

× × × × × × ×

মফম অসিদা, মরুপপু মরুপ নত্তে হায়না লোৎলগা, উপমেয় মাবুদি হুন্দোক্লম্লগা লিলখাক হায়ব উপমাননা মহুৎ শিন্ন লৈরি। অহুগা মরুপ অহুদি থাঙ্কেংশেংবদি মীনি লিলখাক নত্তে। অসিগুম্ব শৈরেং লৈতেংসি কাব্য শাস্ত্রদা "অরোৎপ লৈতেং" (অপহ্নুতি) হায়ন কৌই।

অপহ্নুতি হায়রিব লৈতেং অসি মতং খেয়বদগী অমুক ওরক লোক-খায়দি। মখোয়গী পরিভাষা (phraseology) দা ফুনমগ মমাং মমং মখং ইরি।

১। তশেংনা অরোৎপা লৈতেং (শুদ্ধাপহ্নুতি):—

উপমেয় (পান্দমবিগদৌরিব) বু থাঙ্গেশেংন তশেংন থিংহুন লোৎহুন থম্মগ, মাগ ধর্ম্ম মাম্বা উপমান (পান্দমকম) বু পুথোক হুনা থম্বদি লৈতেং অছু "তশেং তশেংন অরোৎপ লৈতেং" (শুদ্ধাপহ্নুতি) হায়ন কৌই। মাহুদি:—

কৃষ্ণন ফীগে শেৎপ নত্তে, নোংলক্ক নোংথাং কুপ্পনি
× × × × × × ×

মকম অসিদ "ফীগে" ন উপমেয়নি। "নোংথাং" না উপমাননি। অছুবু উপমেয় অসিবু নত্তে হায়হুনা, থিংহুনা থম্মগা, নোংথাং হায়বা উপমান অছুবুন অচুম ওইনা পুথোকহুন শৈরেংলি। অছুনা মাসি "তশেংনা অরোৎপ লৈতেং হায়বছনি। মতৌ অম্মা:—

শ্যামগী বাঁশী খোঙ্গেল নত্তে, কায়ন থম্মোয়গী মখোম্মি।
শ্যামগী শুকশমগী মালা নত্তে, চাঁওয়াদ উরোক পাইবনি।

অসিগুম্ব ভাবকী শৈরেংদা য়াওবা লৈতেং মখে "শুদ্ধাপহ্নুতি" (তশেংন অরোৎপ) হায়বছনি।

মরম লোৎপ লৈতেং (হেত্বপহ্নুতি):—

উপমেয়বু থিংহুনা থম্মগা উপমানতবু মরম ওইন পুথোকপা-অসিদা করিগুম্ব মরম (হেতু) অমন থিবে ওইনা উৎহুন শৈরেং

অমাদি, মাহুবু "মরম লোৎপ লৈতেং" হায়না খঙবে। মাহুদি :—

মীৎচি নত্তে তেন্থিল্লি, পীগুম নত্তে লীরুংনি।
ঐগী শক্তি থম্মোয়বু, মিপাইহনগে চাওবনি।

প্রথম অদিদা কর্মিগীদমক চাওবনো হায়বহুগী হেতু "মিপাইহনবা" হায়বসি হায়রমদনা "মীৎচি নত্তে তেন্থিল্লি, পীগুম নত্তে লীরুংনি" হায়রগ তোক্লরবদি "অশেংবা অরোৎপ লৈতেং" হায়বহু ওইরমগনি। মরম (হেতু) অম পীরম্মবনিনা, পীরম্মিবা হেতু-শিনরবহু বাস্তবিক হেতু (অচুম থাজেশেংবা মরম) মকহু নত্তবনা লৈতেং অসি কাব্য শাস্ত্রদা হেত্বপহ্নুতি (মরম লোৎপা) হায়না লৈতেং অহনি।

---

# ওয়োক্লব অরোৎপ লৈতেং

## (পর্য্যস্তাপহ্নুতি)

উপমানগী গুণবু পূমখিং খিংলগা, উপমান অদুগী গুণ পূরকপ উপমেয়দা থোমজিনরবদি মাহুবু "ওয়োক্লব অরোৎপ" লৈতেং হায়না কৌই। মাহুদি :—

অমৃতদি অমৃতকুম নত্রিরে
অমৃত থাজেশেংবদি ঐবু হায়জো হায়রদি
অকরদা সক তোকপনি।

মফম্ অসিদা "অমৃত" ম উপমাননি। "অফব সঙ্গ তৌব" না উপমেয়নি। অদুবু, অমৃতগী অথুম্বা-নীওথীব গুণ পুন্নমক লৌ-খোক্লগা, উপমেয় ওইব্রিব "অফব সঙ্গ তৌব" হায়ব ৱাহৈ অসিদ হাপচিন্দুনা শৈরেংলি। থাক্লেংনেন "অমৃত" ওইজব কাওব তোক-হন্দুনা থাক্লেংবা অমৃতদি "অফব সঙ্গ" হায়ব অসিনি হায়না উথলি।

য়েংগদবা:—ওম্ফোক্লব অরোৎপা লৈতেং" হায়বসিদা উপমা (পান্দমকম) ওইব ৱাহৈ অদু হয় হয় লাকহল্লি। মাদুদি, মথক্তা খুদমদা "অমৃত" হায়ব পদ অসি অনীরক অদুম্নদ লাক্লি। অসি-গুম্বা অতৈদসু খণ্ডগদবনি।

---

# শেরান্ন লোব অরোৎপ লৈতেং

## (ভ্রান্তাপহ্নুতি)

নত্তে, বৃহন্নলা! নত্তে খণ্ডু, কৌরব লাম্মী মপৈ নত্তে।
পারুব ঈপাকনাক্তবু নংন ঐবু পুশিল্লি।
শায় নত্তে কুম্ভীরনি ফিরাল নত্তে ঈথক্লি।
লাম্মী তেঙ্গোল খোল্লাও নত্তে, ঈপাক ঈরাওখোম্নিদো।

মথক্তা শৈরেং অসি উত্তরনা অর্জুনদা বিরাট পর্ব্বদ হায়বনি মফম অসিদা, উপমা জৌব ঈনং নত্তন, থাক্লেংনেন ওইম শেরান্ন

লোৌবগী শৈরেং ওইন ইরি। অছুনা মাসি "শেরাম্নন্‌লোৌব লৈতেং" (ভ্রান্তাপহ্নুতি) হায়ব অছুনি।

---

# হৈশিংন পান্দমলোৎপী লৈতেং
## (ছেকাপহ্নুতি)

মথক্ত হায়খিব শেরাম্নন লোৌব অরোৎপ লৈতেং হায়বসিদা রাওরিব শেরাম্নন লোৌবসিদি অচুম্বহু উৎলগা চুমথোকপ য়াই। অছুবু লৈতেং জাৎ অমা লৈরি; মাছুদি য়াম্ন হৈশিংন হায়বনা চুমথোকত্রবহু লোৎন লোৎন পান্দমকম অছুম মপীরে। অসিগুম্ব লৈতেংবু কাব্যদা "হৈশিংনা পান্দমকম লোৎপী লৈতেং (ছেকাপহ্নুতি)" হায়না কৌই। মাছুদি :—

"ঐবু মাগী চেংলোৌহু, উননবহুম ছোৎনোৌরা?"
"ছোৎনরুম্নুদা ঈতা নং, থাজ মকোয়হুম মরেংগু।"

মকম অসিদা মাগী মায়থোংদি থাজ মকোয়মুক ফজে হায়বা উপমান অসি য়াম্ন হৈশিংনা গুপ্তলি। অসিগুম্ব লৈতেংদা খিংব থগুনবা য়াহৈসি য়াম্ন শীজিন্নপল্লি। মাছুদি—রেংগুম্নু, হায়রুমু, পীরুমু অসিনচিংবা।

---

# নমথাক্ল লোৎপ লৈতেং

## ( কৈতবাপহ্নুতি )

মথক্ত হায়ব্রিবা ছেকাপহ্নুতি হায়বসিদা য়াওব থিংব খণ্ডনব য়াহৈ অহু, য়াওবদুদা চুমদবী নমথাক্ল ( ছল ) চাখিহনা উপমাবু লোৎপ লৈতেং অহু "নমথাক্ল লোৎপ লৈতেং" ( কৈতবাপহ্নুতি ) হায়ন কৌই। লৈতেং অসিগী মনুংদা, শুম, মক, ওইন, ওই অসিনাচিংবা য়াহৈনা থাঙ্গৎশেংন লৈজরিব উপমেয় অহুবুদি লোৎহুনা থাক্লগ চুমদব পান্দমফম ( উপমা ) বুনা মন্ন ওইন থম্মি। মাহুদি :—

কায়নবী কনাগী থম্মোয়বু, থুহনগে হায়দুন থাজনা,
চীক্লব লৈকোল্ল ম্নংদুদা, থাবল মাংওই লাংথাক্লি ?

মফম অসিদা থিংব খণ্ডনব য়াহৈ থোইদোক্ল শীজিন্নদে। থাবল নত্তে, লাংনি,- হায়বদুনদি "ওই" ( ওইনা ) হায়ব য়াহৈ অসিনা থিংবগী অর্থদি অহুম মথীরি। মন্ন ওইবা "থাবল" বদি মন্ন ওইনন থক্লগা উপমান ওইব "লাং" অসিবুদি মন্ন ওইন থম্মি। লাংগুব থাবল্লি হায়ব পান্দম্ন অহুমনু লোৎহুন থম্মি। অসিগুম্বা লৈতেং অসি "নমথাক্ল লোৎপ লৈতেং" ( কৈতবাপহ্নুতি ) হায়ন কৌই। মতৌ অসিগুম্বা :—

"পামেল পরেং পরেংনা, অহিং লীক্লা লাইজনা
শ্রীংলু লাইজ মরীক ওই, পোথী চেক্লা থোক্লেনা

মপু লাইশোল শৈশক ওই, নোংঙাল্লমদাই মতমদা
মপুগী কোজলয় শৗরুক্লি, ফজিন্নংবু লোয় তারি।"

× × × × × × ×

ভারত কোৱী ঈমানা, ভুরেল লাইজন থোয়াং ওই
মচাশিংবু পীথক্লি, থোয়াং লমন শিংলসি।

অসিনচিংবশিং অসিস্থ অস্থয়া খণ্ডপদবলি ॥

---

# শোরান্নম লোব লৈতেং

## (ভ্রান্তিমান্)

করিগুম্ব পোশক অমবু, অতোপ্পা অম ওইরবোই থক্লুনা তৌরব থবকপু কোঙদোকপ শৈরেং লৈতেংদা ভ্রান্তিমান হায়বা অলঙ্কার অহুনি। মাহুনি:—

শামুগী নাতোল মথুলবু পথুলমক্লি কাঁদুলে
লিলন চঙশিল্লুবনা, হুশাং ওইরমোই-থক্লুনা
থুনা শামুনা কোৎখত্লুনা, মথুয়াক্লবু লংশিনশি।

মফম অসিদা লিলম্থ শামুগ্ধ অনীমক শোরানুনা লোনশি। অহুনা লৈতেং অসি "শোরান্ন লোবা লৈতেং" (ভ্রান্তিমান্) হায়বা অহুনি।

# চিংনব লোব লৈতেং

## ( সন্দেহালঙ্কার )

অসিবু ওইরিগদ্রা অসিবু ওইরিগদ্রা হায়না উপমান-উপমেয় অনীদা চিংনবা ফোঙদোকপনা পান্দম ওইহনা লোবা শৈরেং অদুগী লৈতেং অদু কাব্য শাস্ত্রদা সন্দেহালঙ্কার হায়না কৌই। চিংনবা হায়মসি মখল মরি থোক্ন থায়রি। মাদুদি :— (১) পোৎ অমবু অতোপ্প পোৎ অমরা হায়ন চিংনবা, (২) মশক অমদি গুণদা চিংনবা, (৩) পোৎ অমবু পোশক অম ওইব য়ান লৈবগী চিংনবা, অদুগা (৪) করিনো হায়বা শূকথঙ্ক থঙনমা চিংনবা মখোয় অসিনি। খুদম মখাদা মথং মথং ইরি :—

(১) অহান্বগী খুদম :—

শংবান্নব চীঙয়ায়দা পাইব উরোক পরেংলা ?
শ্যামগী থবাক্ত হাইহন্দ, ঙৌরেখ্য কুন্দো পরেংলা ?
নোংলক্ত ভানখ নোংপাংলা, সনা কীগে কুপ্তারা ?
মংলব উয়রুকী মাহোংলা, মাহোং মচুগী চূড়ারা ?

(২) অনীত্তবগী খুদম :—

পলেম্-'পোকপীনা লুখরা, মালেম্-ঈমানা লুখরা ?

× × × × × × ×

(৩) অহুমশুবগী খুদম :—

অহিং তাংলৌ থেঙবদা তারিবা খোঙ্গেলসিনদি
কোকিলগী খোঙ্গেল ওইব তাই, অদুবু বাঁশীগী মখোল্লা

(৪) মরিশুবগী খুদম :—

মঙলা হারা থগুদরে, থম্বাল ! ঈমা চমম্লরে।

× × × × × × ×

---

# তোঙাল তোঙাল উহনবা লৈতেং

## ( উল্লেখালঙ্কার )

করিশুম্ব পোশক অমত্তগী মওংনা মীপুম খুদিংদা তোঙাল তোঙাল উহল্লবদি, লৈতেং অদু কাব্য শাস্ত্রদা "তোঙান তোঙান উহনব" (উল্লেখ) লৈতেং হায়ন কৌই। উল্লেখ হায়বগী অর্থদি চোং চোংহনা বর্ণন তৌবা হায়বনি। তোঙাল তোঙাল বর্ণন তৌবা হায়বসিমকম্থ মখল অনীনি মাচুদি :— (১) পোশক অমতবু মী মরাম মাগী মাগী রাখল অমদি মীথরেংগী মতুং ইন বর্ণন তৌবা অম। অদুগা, (২) পোশক অমতবু মী অমতনা, বিষয় তোঙাল তোঙালবদগী তোঙান তোঙানব মওংদা বর্ণন তৌবা অম অসিনি। মাচুদি :—

(১) মধুপুর লমজাও সড়কতা, নন্দগী মচা কৃষ্ণদো
কালগী মমীত-যমরাজ, যদুশিংগী অমীত মরূপ ওই
মথোক্কাবীশিং মমীত্ত, কামদেবমক ওইহুনা
জ্ঞানীশিংগী মমীত্তা, জ্ঞানগী মূর্ত্তি ওইহুনা
বসুদেব-দেবকী'নীগী, মচা ওইনা লাক্লিব্রো।

মফম অসিদা অউব দর্শকশিংদা, তোঙাল তোঙালব মওংদা, মীশক অমত ওইব কৃষ্ণনা ওইরি।

(২) য়ুমদা মরূপনি সুপীনা, লংফৈ চৎপদ খোঙলোয়নি
নারবকান্দ মাইবনি, বাতানবদা মন্ত্রীনি।

মফম অসিদা মীশক অমত ওইবী সুপীনা বিষয়ভেদগী মরূপ অমুক ওই, খোঙলোয় অমুক ওই, মাইব অমুক ওই, মন্ত্রী অমুক ওই।

মতৌ অসিগুম্না :—

জ্ঞানন থম্মোয়গী থাউমৈনি
তাইবং ঈপাককী হিজাউনি।
নাল্লবা লম্বীগী চৈশুনি।
অন্নাব খোংগী পাক্লেনি।

# ৱারেংন পান্দম্ব লৈতেং।

## ( প্রতিবস্তু পমালঙ্কার )

মথক্ত হায়রিবা পান্দম্ব-চাংদম্ব খণ্ডনব লৈতেং পুম্নমক্তা পান্দম্নগদৌরিব ( উপমা ), পান্দম্নাবীগদৌরিবা ( উপমেয় ) অনীমক ৱাহৈ ( পদ ) নডাক্ত ওই। অদুগা হৌজিক হাইরিবা "ৱারেং পান্দম্ব লৈতেং" হায়বাসীদদি তৌডাল তোঙানব ৱারেং অমময় উপমান-উপমেয় ওই। লৈতেং অনীগী শোয়ব য়াক্রবা মচাক লৈতেং অদুনি :—

( ১ ) উপমান উপমেয় ওইগদব ৱারেং তোঙানবা অনীনি।

( ২ ) ৱারেং অনীমক্ত পুব ভাব ধর্ম্ম মশা অমতনি।

( ৩ ) মায়ব ধর্ম্ম অদুদি তোঙান তোঙানব শব্দনা ফোঙদোক্লদৌবনি। মাদুদি :—

অম্বাবন নম্র নল্লগা, থাওহৈবগা মগুণ চাওথংপ লেল্লি।
চন্দনন কম তরু তরুগা, মনম সুংশিব সুম সুম হেমগংলি।

মফম অজিবা, চাংদম্নরিবসি "থাওহৈবা" গ "চন্দন" গ অনীর্নানি। অদুগা চাংদমে হায়ব খণ্ডহন্দন তোঙাল তোঙানব বাক্যন মায়ব ভাব ধর্ম্ম অদুদি অতম মফোংদোকই। অদুনা মথকী শৈরেং অসি কাব্য শাস্ত্রদা প্রতিবস্তু পমালঙ্কার হায়ব অদুনি। মতৌ অসিগুম

"ফতুব মীগী মফমদা, পাউত্তাক ফত্তুব হেনহল্লি
লিলদ শঙ্গোম পীথক্লগা, হুপী শক্লক মহেল্লি।"

"পীথোক পীথোক্লগা হেনগৎলি জ্ঞান।
পূথোক পূথোক্লগা চাউথৎলি লল।
অসিগুম্ন অতৈস্থ খঙগদবনি।

---

## "খুদম্ন মমি তাবগুম্ব লৈতেং"

### ( দৃষ্টান্ত-অলঙ্কার )

মথক্ত হায়খ্রিবা প্রতিবস্তূপমা লৈতেংগী মমুংদা য়াওরিবা "উপমা উপমেয়গী সম্বন্ধদ লৈরিব ৱারেং ( বাক্য ) অনীহুগী মরক্ত অমন অমগী খুদম ওইনা তাহনা লৈরবদি মাহ্ দৃষ্টান্তালঙ্কার হায়ব লৈতেং অহুনি। মাসিগা "প্রতিবস্তূপমা" হায়বহুগ খেন্নবদি প্রতি-বস্তূপমাদনা চপ মান্নব ধর্ম্ম অমত মরৈ। মসিদনা তোঙাল তোঙান লৈ। অনীগী মমুংদা মান্নব খঙনহনবা ৱাহৈস্থ য়াওদে। মাহুদি :—

শ্যামগী মায়থোং থাজগী মঙাল, থক্লূব মুমিৎতুদগী হৌনা
অতৈ অমবু থক্লীঙব লৈত্রে, ঐগী মীৎ নোংঙিমীনা।
গঙ্গাগী লাইজ থক্লব মীবু অচম্ব তুরেল লাইজনা।
করম্ন পেলহনব গুমগনি, অৱাম্ব করম কোকনি।

মথকী দৃষ্টান্তালঙ্কারগী খুদম অসিদগী করি খঙবগে হায়ববু লৈতেং অসিগী মমুংদা মচাক খরি য়াওদব য়াদে।

মাদুদি ঃ—

(১) অহানব শৈরেং ম্বারেংদ করিগুম্ব রাকম অম হৌদোকপ 'তাই
(২) অনীগুবদ মাদুগ ভাবার্থ তিম্নব রাকম অম হায়ব তাই।
(৩) অনীগুবদ হায়রিকপু অহানবদুগী খুদম ওইহনব' তাই।
(৪) "প্রতিবস্তূপমা" দ ধর্ম্ম অমত ওইবদুগুম্নদি ধর্ম্ম ভিন্ন-হন্নোইদবনি। মাদুদি গঙ্গাগী ঈশিংগী মহাওনা ধর্ম্ম অমনি। থাগী মঙালগী মুঙাইবন অতোপ্প ধর্ম্ম অমনি।

---

# খুদম-লৈতেং।

## ( উদাহরণালঙ্কার )

দৃষ্টান্ত কৌবা লৈতেংগী মনুংদ, খুদব লৈতেং হাপ্লিদি হায়বদু, খুদম অদুবু খঙহনব অমদি তাকপ "মাদুদি", "গুম", "গুম্ন" "অদু-গুম্ন" অসিনচিংব দৃষ্টান্তবাচক ওইব শব্দ থোইদোকপ য়াওরু উদে তাদে। অদুগা হৌজিক হায়রিব "খুদম লৈতেং" ( উদাহরণালঙ্কার ) হায়বসিদদি মথোয় অশেংব য়াওদব য়াদে। মাসিতনি "দৃষ্টান্ত" গ উদাহরণগ খেন্নবা হায়বনু। মাদুদি ঃ—

চাউরব শামু লমশানা, থম্বালগী বন লৈবগুম।
নৈয়ক্তে অকনব ভীমসেন, কৌরব লাম্মী মপৈবু।

মকম অসিদা ভীমসেনন কৌরব লানমীশিংবু নৈবগী খুদম পীবদা "গুম" হায়ব উদাহরণবাচক অব্যয় অসি "নৈব" গ অব্যয়ীভাবসমাস ওইনা, শোরুপা নৈবগুম্ হায়রা হইক্নে অসি য়াওনা, শৈরেংশিবসিদ উদাহরণালঙ্কর্ হায়ব লৈতেং অমগী খুদনি। মাসিবু দৃষ্টান্ত কৌবা লৈতেং ওইহনগে হায়রবদি অস্রুম শৈরেংব তাই :—

"কৌরব লাশ্মা মপৈবু, অকনব ভীমন্ নৈবদি
চাউরব শামু লমশানা, থম্বালগী বনবু নৈবনি।

মকম অসিদা খুদম ওইনদি লৈরগা গুম-গুম-মাহুদি অসিনচিংব করিগুম অমত য়াওদে। খুদম অনীসি উরগা লৈতে অনীসিগী খোয়ব হেক্ক উব ফংগনি।



## মান্নন উহনব লৈতেং।

### (নিদর্শনালঙ্কার)

উপমান ওইব বারেংগা উপমেয় ওইব বায়েংগা অনীগী অর্থন খোয়বন্দা মনুংদগি মান্নন উহনব লৈতেং অহুব্ কাব্য শাস্ত্রদা "মান্নন উহনব লৈতেং" (নিদর্শনালঙ্কার) হায়নকৌই। হায়রিব লৈতেং অসিদা উপমান উপমেয় অনীগী সম্বন্ধ অসি ওইথোক্তবা ওইনা লৈ। অদুব মায়ব অমদি নহুদা য়ায় নুনা ফুমন লৈ। মাহুদি :—

অদুক্কী মতীক কৃষ্ণবু, হাৎকে নীওবদি কংসনা
অদুক্কী মতীক হন্ন-হন্না, হুবু চারগ হিংগে নীওবনি।

মকম অসিদা উপমেয় ওইরিব "কৃষ্ণবু হাৎকে নীওবা" অসিগা উপমান ওইরিব "হু চারগ হিংগে নীওবা" হায়বা অসিগা অর্থদা অমদি থর্মদা য়ায় খেন্নে। অদুবু মনুংদা "ওইথোক্কবা" হায়বা মায়বা অর্থ অমদি য়ায়া লুনা ফুমহনা লৈ। হু চারগা হিংবদা ওইথোক্কব অদুগুম্না কংসনা কৃষ্ণবু হাৎপদা ওইথোক্কব অদু লৈতেং অসিনা উহল্লি। অদুনা লৈতে অসি "মায়ন উহনবা" (নিদর্শনালঙ্কার) হায়রবহনি।



# কাহেন্ন হায়ব লৈতেং।

## অতিশয়োক্তি (Hyperbole)

করিগুম্ব পোৎশক অমবু উপমানচিংবা লৈতেং-হাপত্তুনা কাহেন্ন চাংদম-পান্দমনহনা শৈরেংলরদি, মাহুন্না য়াওরিব লৈতেং অদু "কাহেন্ন হায়ব লৈতেং" (অতিশয়োক্তি) হায়রি। লৈতেং অসিগী মথক্লশিং অদুগা মখিংশিং অদু খুদমগা লোয়ননা য়ুথাদা ইরি :—

১। কাহেন্ন হায়মনবিহনা, উপমানগা উপমেয়গা অমত্ত ওইনিনবিহনা-মর্য় অদুন লৈবগদবা উপমেয় কাওবা মুথাবিহনা শৈরেংবদি

অচুগুম্ব "অতিশয়োক্তি" অদু রূপকাতিশয়োক্তি" হায়বদি "মশক কাহেন্ন হায়বা" হায়বা লৈতেং অসিগী অহানব মশানি।

"য়েংঙু সনাগী উরীথক্কা, থোররক্লে থাজ মকোয়সে।
তেঙ্গা থোংব লীরুং 'নীগী থাজ মকোয়দ ময়ি চৎলি

মকম অসিদ কাহেন্ন উপমা পীমনখিবদগী উপমেয়গী শরুক শুকয়াও য়াওখিদ্রে। সনাগী উরী হায়বসি মুপী অমগী মশাগী উপমানি। "তেঙ্গা থোংব লীরুং অনী" হায়বাসিনা মুপীচুগী মীচি অনীনা শম্নরবা পীশুম অনীচুগী উপমনি। মকম অসিদা মুপী অচুগী উপমেয় ওইরিব কায়াৎশিং অচুদি মকম অসিদা ইপন পল্লে। লুপতুনা লৈগ্রে। অদুনা মথক্কী শৈরেং অসি রূপকাতিশয়োক্তি হায়ব লৈতেং অচুনি। কুঞ্জ বন্দ অভিসার তৌরিবী য়াধাগী মূর্তিবু অওকপা কুঞ্জ বন অমগুম্না রূপকাতিশয়োক্তি তৌরি।

কুঞ্জবনগা মন্নুংদা, থম্বাল 'নীগী মথক্কা
শামুনা শামরি মুঙ্গাইনা, শামুথক্ক নোংশানা তোংলি।
নোংশাগী মথক্ক, লুরব কোম অমসু লৈ।
কোমচুগী -মথক্কা, সনাগী চীওচুম অনী লৈ।
চীওচুম 'নীগী মথক্কা, থম্বাল অনী পোমশাৎনৈ।
থম্বালগী মথক্কা, মোইবুং অমসু খিল্লিদো।
মোইবুংচুগা মথক্কা, নৌরবা লৈনা'নী নিওখিরি।
লৈনানীগী মথক্কা, তেনবা অমসু তোংলিদো।
তেনবাচুগী নাকয়ীদা, থাপ্রাংচাক অনি তোংলিয়ে।

অচুগী মথক্তত মৃগনাভি শজি অম লৈরিদো।
শজিচুগী মথক্তা, মুরব লিন্ন লাইহুন্নি।

মফম অসিদা থম্বাল অনী হায়রবসিনা খোঙ (খুয়া) অনাবুনি।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ,, | শামু | ,, | ফৈগল | ,, |
| ,, | ,, | নোংশা | ,, | চেংলব খ্বাঙ অচুবুনি। | |
| ,, | ,, | কোম | ,, | লুয়ব খোয় | ,, |
| ,, | ,, | চাঁওহুম ,, | ,, | খোম | অনীহুবুনি। |
| ,, | ,, | থম্বাল ,, | ,, | খোমজিন | ,, |
| ,, | ,, | মোইবুং ,, | ,, | খোয়ী | অচুবুনি। |
| ,, | ,, | নোরব লৈনা | ,, | চীনবান থক খা | ,, |
| ,, | ,, | ভেনরা | ,, | নাতোনবুনি। | |
| ,, | ,, | খাংপ্রাকচাক | ,, | ভথক ভথকপা মীত্তানি। | |
| ,, | ,, | মৃগনাভি শজি | ,, | কস্তুরী চন্দয়চিংবা | |
| ,, | ,, | মুরব লিল | ,, | বেণী (শমজি) | |

২। উপমাগ উপমেয়গ, থাঙ্গেশেংনা খেন্দি খেন্নত্রপা খেন্নবগী মওংদ কাহেন্ন শৈরেংলবদি মচুবু "খেন্নবা মওংদা কাহেন্না হায়বা" (ভেদকাতিশয়োক্তি) হায়না কৌই। অসিগুম্ব শৈরেং লৈরেংগী মচুদা "অতোপ্পা", "অনীশুবা", "মক্ত্রি" সিনাচিংবা খেন্নব থঙনব্ববহে (ভেদবাচক) শিং অনী হায়ে। মাহুদি:—

মহাক কনবদি করি হায়নি, অনীশুব হনুমাননি।

× × × × × ×

শৈরেং লেংবদা মহাক্তি, অমীশুব কালিদাসনি।

× × × × ×

অতোপ্প পূর্ণিমা থাজনা, লৈমায়থক্ত থোক্লিদো।

× × × × ×

শকৃত মোইরাং থোইবীমক্কি, সাবিত্রীমাক্কি লমচৎতা।

মথক্কী খুদমশিং অসিদ উপমান ওইরিব ম্রাহৈশিংগা থেম্নব লৈত্রব থেম্নবগুম্ন শৈরেংলি। মাহুদি শকত মোইরাং থোইবীমক থেম্নব লৈতন কজরবস্থ মম্নুংদা থেম্ননা উহল্লি। মাসি, ভেদবাচক শব্দ "মক্কি" য়্যাসকম্লিনা থগুহল্লি।

৩। "মরি লৈনহন্ন কাহেন্ন হায়বা" (সম্বন্ধাতিশয়োক্তি) উপমাগ উপমেয়গা থোইন মরী লৈনত্রবস্থ মরী লৈনবগুম উৎলিবা শৈরেং অহুবু "মরী লৈহন্ন কাহেন্ন হায়বা" (সম্বন্ধাতিশয়োক্তি) হায়ন কৌই। মাহুদি ঃ—

কুম্ভকর্ণনা চৎপদা, মশন্ন খেৎলি থর্রামমিচাক্।

× × × × ×

মকম অসিদা কুম্ভকর্ণগী "রাংখ" গা "শন্ন ঈশ্বাম্নিচাক থেৎপ" গী থোইন মরী (সম্বন্ধ) লৈত্রবস্থ, মরী অহু উৎতুনা কুম্ভকর্ণগী থরেংপকী কাহেন্ন চাংদম্নহনা শৈরেংলি। অসিগুম্ব লৈতোংদা কাব্য শাস্ত্রদা "সম্বন্ধাতিশয়োক্তি" হায়বা অলংকার অহনি।

৪। "অদুম [illegible] লাল [illegible] কাহেন্ন হায়বা" [illegible] ([illegible])

লৈনরবস্থ লৈনদবগুম্না কাহেন্ন ম্যুংদম্নহনা শৈরেংবগী লৈতেং অহুবু

মরম লৈমদব মালহৈর কাহেন্ন হায়ব" ("অসম্বন্ধাতিশয়োক্তি") হায়ন কৌই। অসিগুম্বা লৈতেংদা উপমাননা মতীক চান লৈরবশু মতীক চাদবগুম লৈ। মাহুদি :—

সরস্বতীমক্ক মাগী মগুণ, শকপ ঙমদে লোইনবু
× × × × × ×
ব্রহ্মামক্ক ফংঙমদবা, তাইবং মীগী মপোক্লি।

মফম অসিদা হেন্দোক্ক মতীক চারবী উপমান ওইবী সরস্বতীবু মতীক চাদবগুম কাহেন্ন শৈরেংহুনা উংলি। অহুগা, তাইবং মীগী মপোকপু, ফংবদা মতীক চাত্রবগুম ব্রহ্মাবু উংলি। অসিগুম্বা লৈতেং অসি "অসম্বন্ধাতিশয়োক্তি" হায়ব লৈতেং অহুনি।

৫। মথক্কী থবক্কী মরমগা অনী অসিগী মরক্তা লৈরিব মতম অসি থর খেন্নকম থোকই। অহুবু অনী অসি মতম অমতদা থোকখিবগুম কাহেন্ন হায়হুনা শৈরেংলবদি, ক্রম কায়খিবা মরম্না অসিগুম্বা শৈরেং অসি "মথং মনাউ কায়না কাহেন্ন হায়বা" (অক্রমাতিশয়োক্তি) হায়ব লৈতেং অহুনি। মাহুদি :—

কৃষ্ণম মীং হেক খংপগা, অর্জুননা তেন হেক কাপ্পগা,
তেন্ন পাইশিনখিবগা, জয়দ্রথগী মশাদা পানবগা,
জয়দ্রথনা লৈমায়দা ভুবগা, পাণ্ডবশিংনা জয় লাউবগা,
মাকুপ মতম অমগী খুংদা, থোকখি মীয়াম শুক্লখি।

মফম অসিদা, থবকশিং অমুদি থবক্কী মরমশিং অসিগী মরক্ত, মতম থর [illegible] লৈনর থোকই। [illegible]

বর্ণন তৌবদা কাহেন্ন হায়খিবদগী, ক্রম কায়খিবনা লৈতেং অসি "মথং মনাক্ত কায়না কাহেন্ন হায়বা" ( অক্রমাতিশয়োক্তি ) হায়বছনি।

৬। থবকী মরম ওইরিবছনা থোকলম-থোককাক্রিবৈনা থবক অছুন। হান্ন থোকখিবগুম্ন কাহেন্ন শৈরেংলবদি, য়াম্না থক্ক থুনা হায়-মনখিবনা, অছুগুম্ব লৈতেং অছু "থক্ক থুনা কাহেন্ন হায়বা" ( চপলা-তিশয়োক্তি ) লৈতেং অছুনি। মাছুদি :—

"থাংখুমদগী থাং শৎপতদা, য়েক্কব মপৈ মপৈ ভুখি"

মকম অসিদা, "য়েক্কব ভুবা" হায়ব থবক অসিবু থোকহন-গদৌবা কারণ ( করণ ) দি "থাঙন য়ানব" হায়বছনি। অছুবু য়াক্রিবৈনা য়ানগে হায়ন থাঙখুমদগী থাঙবু শৎপতদা, য়েক্কব মপৈ ভুরম্বন হাল্লে হায়না কাহেন্ন থুনা হায়খিবনা শৈরেং লৈতেং অসি "থক্ক থুনা কাহেন্ন হায়বা" চপলাতিশয়োক্তি ) হায়বছনি।

৭। য়াম্ন হকচিন্ন কাহেন্ন হায়খ্রবদি অছু "হকচিন্ন কাহেন্ন হায়বা" লৈতেং ( অত্যাতিশয়োক্তি ) অছুনি। মাছুদি :—

"হনুমানগী মৈদ মৈবু চুক্রি, লঙ্কা ভুম্ব চাকপন হানখ্রে"

চাকপগী কারণ মৈমক লৈক্রিবৈন চাকপ হায়ব থবক অসি থোকহৎ. য়াম্ন হকচিন্ন কাহেন্ন শৈরেংনি।

মথক্ত হায়খ্রিব লৈতেংশিং অসিগী থেরব মওংশিং অছু থঙন-নহন্নীদমক, উপমান-উপমেয়দি হোৎলনা মথাগী শৈরেং মতেকশিং অসি তোঙান তোঙান উৎনি।

১। উপমালঙ্কার—মাগী মায়থোংদি থাজগুম্নি।

২। অনন্বয়ালঙ্কার—মাগী মায়থোংদ থাজগ মাদৈ।

৩। প্রতীপালঙ্কার—থাজনা মাগী মায়থোং মাল্লি।

৪। স্মরণালঙ্কার—থাজবু উবদ ঐহাক্লা, মাগী মায়থোং নীঙশিংজি ৷

৫। রূপকালঙ্কার—মায়থোং মাগী মায়থোং নত্তে থাজমক্লি হায়নিঙ্ঙিঙ।

৬। সন্দেহালঙ্কার—লৈকোন্দ থোক্লিবা অসিবু থাক্লা মায়থোংলা খঙজ্রেকো !

৭। ভ্রান্ত্যলঙ্কার —নোংঙিম্না মাগী মায়থোংদা অমৃত থক্কদবগী তোংজরি।

৮। অপহ্নুতি—থা নত্তে মায়থোংনি।

৯। উৎপ্রেক্ষা—থামক্লি মায়থোংসে।

১০। ব্যতিরেক—মায়থোংনা ময়হিং কাদবনা, থামক্তগী হেনথরে

১১। অতিশয়োক্তি—মীহুথোংদা থা থোরক্লে।

---

# "হেন্ন শাহুন হায়জিনব লৈতেং"

## (অত্যুক্তি)

মথক্ত অতিশয়োক্তি (কাহন্নহায়বা) হায়ব লৈতেংগী রাং থর ইগ্রে। লৈতেং অসিগী মহুৎদ অমুক, ফজহন্নিংবদগী শাহুনা হেজিন্ন পঙহায় হায়জিনবা লৈতেং অময়ূক লৈরি। লৈতেং অসিবু অলঙ্কার শাস্ত্রদা "অত্যুক্তি" হায়ন কৌই। অহুনা, মাসি অতিশয়োক্তি কৌবা

লৈতেংগী মঙ্গুং চংলইনবন চুপ্নি। অনীসিগী খেন্নব হায়রববু "অতি-শয়োক্তি" দনা য়াম্ন কাহেন্ন মাত্রা হেন্ন হায়রবনি "অত্যুক্তি" দন শাহুন, শেমজিন্দুনা, মীনমহুনকাও হায়জিন্নি। মাহুদি :—কুচু মুব নিংথৌ অমদা চীয়োল হৈব কবি অমনা :—

সনা হকচাং উবদা, সনাগী থম্বাম ঈকায়জে।
অঙ্গ গন্ধ তাবদা, চন্দননা মলয়দ লোংথরে।
খোয়রী চরম উবদা, মোইবুংন ঈম্নুং য়োথরে।
মহারাজগী মগুণদি, ঈপাক ঈয়ীকৃতগীসু হেনথরে।

অসুম হায়। মাসি অত্যুক্তিনি।

---

## গুণ চপ মান্নন পান্দম্বা

### ( তুল্যযোগিতালঙ্কার )

তোঙাল তোঙানবা উপমাশিংনা চপ মান্নন ধর্ম্ম অমতবু পুন্-বদি শৈরেং লৈতেংবু "গুণ চপ মান্নন পান্দম্বা" ( তুল্যযোগিতা-লঙ্কার ) হায়ন কৌই। মাহুদি :—

নংগী অঙাংব নতৌদি, তুরিন লেপ্প চীংজাওনি।
ঈথক হৌদব ঈপাকুতা, মীচিক হুনপ্রবা অহিংবা
অম্বাগী তাম্ব গোঙ্গেন্দা, খোরী থম্বোল লকীদা
চৈমীরচুপা অঙানি, অথোয়বা খায়োম সুবেনিপ্প

মকম অসিদা, উপমা ওইরিবা চীঙজাও, ঈপাক, অহিং, খোঙেল থম্মোয় হায়ব তোঙাল তোঙানব মখোয় অসিনা চপ মান্নবা "অগুণ" হায়ব গুণ অসিবু অমত্তা ওইন পুরি। উপমান ওইরিব মখোয় মশেল্দি অমনা অমদগী থক হেন্নবা হাংনদে। মরম অসুনা মথক্কী অসিগুম্বা শৈরেংদ য়াওরিব লৈতেং অসি "গুণ চপ মান্নব পান্দম্ব লৈতেং" ( তুল্যযোগিতালঙ্কার ) নি।

---

# "গুণ ময়াম ফোঙদোকপী"
## ( দীপকালঙ্কার )

মথক্ত হায়খিবা "তুল্যযোগিতালঙ্কার" হায়বসিদদি উপমানশিং অসুনা তোঙাল তোঙানব মওংদা কুনা য়ামত্তুনস্থ ধর্ম্ম ( গুণ ) অমদগী হেন্ন থক পুদে। অসুগা, অসুগুম্বা লৈতেংগী মসুংদা উপমা উপমেয় ওইরিব অনীসুগী মশীঙনা লাকওমদব ওইন লৈরবস্থ উপমেয় ওইরিবসুগী গুণ অসু অমুক্তং হায়র উৎলগা তোকখ্রবদি অমুক্ত হায় হায়সুনস্থ মশীঙ লাঙমদব গুণশিংবু অসুম ফোঙদোক্লবদি দীপক কুমা হায়বদি থাউমৈগুম্বা, গুণ ময়ামস্থ ঙালহনবনা অসুগুম্বা লৈতেংবু "গুণ ময়াম ফোঙদোকপা" ( দীপকালঙ্কার ) হায়না কৌই। ম্যাস অলঙ্কার শাস্ত্রদা য়াম প্রসিদ্ধ ওইবা শৈরেং লৈতেং অমনি ; মাসুদি :—

পোকচৌবনী শিশুপালগা, থানব লৈতন্না লোয়নরকপা
পূকচেল অমুক্ত তুংইনবি, খাম্বা লৈতবা লোয়নবী।
সতীন মগুম্বোয়বাগা, অমোম্বরদস্ত লোয়নখিগনি॥

মক্কম অসিদা, শিশুপালগী পুমচেল ( লমচৎ ব্যবহার ) না উপমেয়নি। সতীনা উপমাননি। শিরফাওবদা মপুরোয়বগী সংস্কারগী সতীনা চোং-ঙশিন্দুনা শিখিশুম শিশুপালগী পুকচেল ( কত্রবা শাজৎ ) অছুম্ব শিশু-পালগা লোয়ন্না শিখ্রে হায়বসি লৈতেং অসিনা ফোঙদোক্লি। লৈতেং অসিগী মহুংদা, উপমেয়গী মশীঙ লাকওমত্রবা গুণ কয়া পুথোক ফোঙ-দোকপা য়াই। অছুবু, "সতীগুম" হায়না অমত্তং হায়রগা কুমহুন লৈতেং অসিনা উংলি। অছুনা শৈরেং অসিদা য়াওরিবা লৈতেং অসি "গুণময়াম ফোঙদোকপী" ( দীপকালঙ্কার ) হায়বছুনি।

---

## "অতোপ্প অর্থদ চংখিবী"

### ( অর্থান্তরন্যাস )

বিশেষ ওইব থৌদোক অমগী মরমদা উপমান ওইন হায়রক হায়রকপছুন অর্থ অমরোমদ চংখিছুনা ময়াম খুাইগী ওইনা হায়রা-বদি শৈরেং অছুগী লৈতেং অছু "অতোপ্প অর্থদ চংখিবী" ( অর্থান্তর-ন্যাস ) হায়বছুনি। মাছ্বাদ :—

গোপগী বংশদ পোক্লবা, অঙাং নায়া কৃষ্ণনা
তরেৎনি চুপ্প গোবর্দ্ধন থাঙৎতুনা ব্রজবু কনখিরো।
লৈপাকীদমকৃত চোংথোকপা, মতীক মঙল লৈবদা
শাগৈ জাৎনা কৈদৌনি, চহী মতাংন কৈদৌনি ?

মকম অসিদা "কৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা" হায়বা অসি বিশেষ ওইবা থৌদোক অমনি। লৈতেং অসিনা থৌদোক তসিবুদি থোইন মরু ওইন থম্মুদনা "লৈপাক্কীদমক্ত চো থোকপা………………" অসিনিংব খরাইগী ওইনা হায়বা অর্থ অসিবু মরু ওইনা থম্লি। অদুনা লৈতেং অসি "অতোপ্প অর্থদ চৎথিবী" (অর্থান্তরন্যাসালঙ্কার) নি। অসিগুম্না :—

বসন্তগী মগুণদি কোকিস্তন থঙিঙদো।
গুণ লৈবনা গুণবু থিঙিঙ, উচিনা শামুগী মগুণ খঙদে।
× × × × × × × ×
লৈহৌ লৈত্রেবা লৈরাংদা, থোইমুহু অমুক পাইরক্রে
মন্মুং মতম লেল্লগা, তৌবিমল খঙদব ঙাকৃতনি।

অসিনচিংবম্নু খঙ্গদবনি।

— - — —

# ফোঙদববু থাগৎপা লৈতেং

## (অপ্রস্তুতপ্রশংসা)

মাগীদমক্তা চাংদম্নবিগদৌরিব হায়বদি উপমেয় অদুবু শৈরেংব মতমদা উপমান ওইরিবদুগী জ্ঞান অদু থুনক্ত হেক পোকপা অদুগুম লৈতেং অদুবু "ফোঙদববু থাগৎপা লৈতেং" (অপ্রস্তুত প্রশংসা) কৌই। মাসিগী ভাবতি করিগুম বিষয় অমগী মরমদা ভাও-শকপ মতমদা থাঙ্খেংবা নাখৈংবা য়াহৈনা কোঙলোকচুনা, ভাবদা মরুদী

অদুগুম্বা অর্থ অদু পেংনা খঙবা য়াবা অদুগুম্বা শৈরেং হায়বনি। মাদুদি লাম্মী অমনা মাংগী য়েক্লবদা ল্যাংকমদা অসুম হায়রকই :—

য়েংজরো হৌজিকৃতি অকমবা ! নংনা শোনগদবা শোলহৌরো
নংনা চানৌগবা চাহৌরো, × × ×
× × × × × ×

মাসিগী অর্থবু কম্রিনো হায়রবদা। "ঐ কম্রাগী মতীক কনবগে হায়রবু ঐগী ঈখুগী অকনব নং শিব শোয়রক্রবনি" অসিনি। কোং-দোকত্রিবা (অপ্রস্তুত) শক্তিবু অকোইব রাঙাংন প্রশংসা তৌরি। অদুম্না লৈতেং অসি "কোঙদোকতববু থাগৎপা" হায়রবছুনি।

অদুম্ন কোঙদোকবসিগী মওং কয়া থোক থাররি। মাদুদি :— (১) "মরম" ওইন কোঙদোকবা, (২) "থবক" ওইনা কোঙ-দোকবা, (৩) ময়ামগী ওইন কোঙদোকবা, (৪) অমতগী ওইন কোঙদোকবা, (৫) মান্নব ওইন কোঙদোকবা অসিনচিংব অসিনি।

(১) তাও সীতা ! উমং হায়বদো, শা কৈনা থনখ্রবনি।
লখী থোংসু লৈব নত্তে, তীংথংতম থনবনি।
কল্লব নিপা ফাওবনা, পাক চৎপা গুম্নদে।

মকম অসিদা সীতাবু চৎনরেগ্নবগী মরম অসি কোঙদোকবা মওংদা হায়বদি "চৎকনু" হায়ন শেংন হায়দনা শৈরেং লৈতেং মরোংদা পাইরেনা উংদি। মরম অদুনা শৈরেং অসিগী লৈতেং অসি "মরম ওইন কোঙদোকপা লৈতেং" হায়বছুনি।

(২) থবক ওইন কোঙদোক্তবা :—

তিলোত্তমা শারুবগী, হকচাংগী মচু শঙলুবগী
ব্রহ্মানা মখুৎ হাম্বদা, খুত্তগী চোংখিব মচুনা
থাগী মায়থোংদ পানবদা, থাজ মাগী কুচু ওইখি।

মফম অসিদা বিধাতানা তিলোত্তমাবু শাব অমদি মচু শঙবগী থবক অসি "থাগী মচু মান্ন শাই" অমুম্ন শেংন কোংদাক্তন য়াম্ন কোইন শৈরেং লৈতেংন তিলোত্তমাগী কুচুগী প্রশংসা তৌরি। অদুনা লৈতেং অসি "থবক ওইন কোংদোক্তবা" হায়বদুনি।

(৩) "ময়ামগী ওইন কোঙদোক্তবা"—থরাই ময়ামগী ওইনদি হায়রগ কোঙদোক্তন হায়ব লৈতেং অদু "ময়ামগী ওইন কোংদোক্তব" লৈতেং হায়ন খঙনৈ। মাদুদি :—

"মাবু ঙম্বদ য়েক্লব্রগা, মীৎশিং নাশিংন লৈতব মীদু
ময়ুমদা মৈ চুরম্নগা, নাঙঙাইদনা ঈমুংদা তুম্নিবনি।

মাসি থরাইগী ওইনা হায়বনি, অদুবু কোঙদোক্ল হায়দে অদুগা থৌদোক (থবক) অনীমক্ত উপমা-উপমেয় ওইবগী অদুম মরৈ।

(৪) অমতগী ওইন হায়রগা ময়াম খ্বাইগী ওইন খঙহনবা :—

"উশাব নিপা অদুনা, অচুম্ব উপাম্বীবুত ময়াম্নি।
উ পাম্বী ফাওব অথোয়ববু, কনানসু থোইন পাম্নদে।"

মফম অসিদা উশাব অমনা উয়ানব হারবসি বিশেষ ওইব থৌদোক 'অমদি অদুবু লৈতেং অসিন 'সংসারদ' অচুম্ব মীতনা

অন্নাব অত্যাচার লংভি। মবুকচেল খোয়বদদি মনাক কাওবদ কনা অমতন চণ্ডবিরক্তে” অসুম্ন থন্নাহ ময়ামগী ওইন অর্থ অম খণ্ডহল্লি।

(৫) “মান্নব ওইন কোওদোকপা” তশেং তশেংন কোওদোক্কনা মান্নব মওংদা ওইনা কোওদোকপা শৈরেংগী শক্তি অস্তুবু “মান্নব ওইন কোওদোকপ লৈতেং” হায়ন কৌই। মসি অলঙ্কার শাস্ত্রদদি “অন্যোক্তি” (অতোপ্প অম ওইন হায়ব লৈতেং) হায়ন খঙৈ।

মাহুদি :—

ঈশ্বৌ লাংবন কংহুন শিরে, কৈদৌনি ’হুন হেন্ন কৈ
কাংওন ফন ঈশ্বৌ লাংহুনা, খোংবানগী ঈশিং থক্কেদো।

মফম অসিদা “থন্নাই থাগদস লৈবফাওবদা মশাগী নিয়ম ঙাকপ মীশিংনা মশান পামদব ফণ্ডব থবক অহু থক তৌরমদে তৌনদে” হায়বসি তশেংন কোওদোক্কনা কাংওগা মান্নব মওংদা কোংদোকহুদা হায়রি। মরন অহুন লৈতেং অসি “মান্নব ওইন কোওদোকপা লৈতেং” হায়বহুনি।

---

## শম্ন পূল্লপ্ন হায়জিনব লৈতেং

### (সমাসোক্তি)

উপমান—উপমেয় অনীগী অর্থবু পূল্লপন শম্ন (সমাস ওইনা) অর্থ অশা অমত্তন কোওদোক্লবদি লৈতেং অহুবু “শম্ন পূল্লপ্ন হায়জিনব” হায়ন কৌই। মাহুদি :—

থান থোরকপ উবদা, লৈয়াং থারোসে শাংলরে
× × × × × ×
বারক্ত কুন্দোন শাংপদা, পাইরক্লেদো থোইমুসে।
× × × × ×

মকম অসিদা, লৈতেং অসিন কনাগুম্বী থরোঞ্জম নীঙথিজবী (উপমান) মুপী (উপমেয়) অমনা থাগুম কজব মাদী মুংশিনবহু লাকপ উবদ হরাউদ্রবা মায়থোং মকা লাংজবগী অর্থ অসি মতম অমতদ শ্বায় শব্দ (সমাস ত্তোন) কোঙদোক্লি। থাগুম-থরোঞ্জম কজে হায়-বহু উংলি। মুংশিনবহু লাকপদ হরাউবে নোকচে হায়বহুস্থ উংলি। অসিগী মথক্ত থা থোরকপদ থরোন শাংপগা' মুংশি মাদী মায়থোংন মকা লাংবগ অঙ্গানি হায়বসিমস্থ মতম অমতদ উংলি। মরম অহুনা লৈতেং অসি "শব্দ পুন্নপন হায়জিনব" (সমাসোক্তি) হায়বহুনি। মথাগী শৈরেং পঙক্তিহুমগী লৈতেংস্থ অম্নুম নৈনগদবনি।

---

# লোয়নন হায়ব লৈতেং।

## (সহোক্তি)

"লোযনন" "তিন্নন" অসিনচিংব রাহৈ অহুগা মথোয়সিগী অর্থ লৈব রাহৈশিংগী পাম্বৈদগী ক্রিয়া (verb) ওইব শব্দ অমতন অর্থ অনী খণ্ডহল্লবদি, শৈরেংগী লৈতেং অহু "লোয়নন হায়ব" (সহোক্তি) হায়বহুনি। অর্থ অনীহুগী মমুল্লা অমনা মরু ওইগনি

"মুংশি মান্না চৎখিবগী লোয়ননা
থব্রাই মাম্ন পামজরে"। নত্রগা
"মুংশি মাগা লোয়ননা
থব্রাই মাম্ন চৎখিদোরে"।

মসিদা "লোয়ননা" হায়ব শব্দ অসিগী পান্নেনা "পাম-জরে" হায়ব ক্রিয়া শব্দ অসিমতনা "চৎনীগুলে" হকচাং অসি "থাজোকনীগুলে" হায়ব অর্থ অনী অসি পুরি। অনীগুবা মৈরেং মতেক অসিদনা "চৎখিদোরে" হায়বা ক্রিয়া শব্দসিমতনা মুংশি মাগী "মুংইনখিগদোরে" হকচাং অসি থাজোকখিদোরে" হায়বা অর্থ অনী অসি পুরি। অসিগুম্না :—

"লীরুং অতুপা লোয়ননা,
নিংথৌশিংগী নাপল তেক্লখি"

মকম অসিদা "তেক্লখি" হায়ব ক্রিয়া শব্দ অসিমতনা লীরুংমু "তেকখি" নিংথৌশিংগী নাপলমু "কায়খি" হায়বা অর্থ অনী অসি পুরি। (রামনা শিবগী লীরুং থুদেকপগী মতাংনি) অসিগুম মৈরেংশিংগী মৈতেংবু মশক থঙগদবনি, অতুপা মশক থঙন মৈতেং হাপতুনা মৈরেংগদবনি।

---

# নত্তব য়াওদব হায়বগী লৈতেং

## (বিনোক্তি)

য়াওদন, লৈতন, নত্তন অসিনচিংব য়াহৈগী শক্তিনা পোশক অনীগী ফজমিন্নব-ফজমিন্নদব, কমিন্নব-কমিন্নদবা কোক্তোক্লবদি লৈতেং অদু "য়াওদব হায়ব" (বিনোক্তি) হায়বনি। মাদুদি :-

"থবাই য়াওদব হকচাংদি, ঈশিং য়াওদবী ভুরেঙ্গি"
রাম য়াওদব অযোধ্যা, থাবল য়াওদব অহিংনি"

× × × × × ×

× × × × × ×

মকম অসিদা, "য়াওদব" হায়ব শব্দ অসিনা হকচাং-ভুরেঙ্গ, অনীগী অদুগা "অযোধ্যা" "অহিং" অনীগী ফজমিন্নদব অদু ঐখোইদি। অসিগুম্না :—

"নহাক য়াওদন ননাইদি করম লৈহৌনি ঈবুঙ্গো?
লাইজ নত্তন লেমলৈনা, করম কৈদ লৈহৌনি?

অসিনচিংবুত্তব অতেম্বু খঙগদবনি।

---

## মরোৌ লৈন হায়ব লৈতেং।

### ( পরিকরালঙ্কার )

মতুংদ মরোৌ লৈনা, মরম লৈনা থাগৎপ য়াহৈ ( বিশেষণ )ন লৈতেংহন্ লেহ্। লৈরেং অমুগী লৈতেং অমুবু "মরোৌ লৈন থাগৎপা" নত্রগ "মরোৌ-মরম লৈন হায়বা" ( পরিকরালঙ্কার ) হায়না কৌই। মাতুদি ঃ—( কৈকয়ীন দশরথদা হায়বা )

য়াশক চেৎপ নিংথৌরেল ! তুমিম করি লৈবগে ?
হায়খিববু হোংগন্দবা ! হোংঙগে হায়ন থনবরা ?

মফম অসিদা "য়াশক চেৎপা" "য়াহোংগন্দবা" হায়বা গুণ থঙনবা বিশেষণ অনী য়াওনা দশরথবু কৈকয়ীনা থাগৎহুনা। কৌবসি মরম মরোৌ ( মতলব ) অম মতুংদা লৈ। মরম অমুনা অসিগুম লৈরেং লৈতেং অসি "মরোৌ লৈন হায়বা" ( পরিকরালঙ্কার ) হায়বহুনি।

---

## "মরোৌ লৈন মিংগৌবা"।

### ( পরিকরাঙ্কুর )

মরম লৈন বিশেষণ শীজিন্নহুনা পরিকর কৌব লৈতেং ওইখিবক্ত-গুম্না মরোৌ লৈনা বিশেষ্য ( মিং—Noun ) অম শীজিন্নহুনা লৈতেং-লবাদ মাতু "মরোৌ লৈন মিংগৌবা" হায়বা লৈতেং অমুনি।

মাহুদি ঃ—

কৈক্ষা! নংদি করিগী
চেল্লি শাবু (কৈবু) উবগা?
× × × ×
× × × ×
থাবল্লে! নংদি, থাবম্বি হায়ব
খঙদুনা ঈমুংদা, করিগী লোৎতুন লৈবগে?

মথক্কী শৈরেং মতেকশিং অসিদা য়াওরিবা "কৈক্ষা" "থাবল্লৈ" হায়বা রাহৈশিং অসি মরম লৈন কৌদুনা শীজিন্নব বিশেষ্য (মিং) মক্কনি। "থাক্লৈশেংবা "কৈক্ষা" মক ওইরবদি কৈ অসি কাও" "থাবল্লৈ মক ওইরবদি থাবন্দ শাৎলো লাউ থোরকউ" হায়বনি। অসিগুম্ন শ্লৈতেম্ন খঙ্গদবনি।

---

# থাগৎপ-চৈগুম উহনবৈ লৈতেং।

## (ব্যাজস্তুতি)

শৈরেংগী লৈতেংন মরম ওইদুন থাগৎপবু চৈগুম্ন উহনব অদুগুম্ব লৈতেং অদু কাব্যশাস্ত্রদা "থাগৎপ চৈগুম উহনবা" (ব্যাজস্তুতি) হায়ন খঙনৈ। মাহুদি ঃ—

গঙ্গা করি মতৌনো? অহুম তৌব চুম্বরা?
নংগ তীম্নরুবমথৈ, নরকত অমত য়োঁহন্দে।
স্বর্গ ক্রক ক্রক ইময়ে, নরক ইহাও হাওহল্লে।
চাওদগী লাকপী, থোয়ন চেনবী! করি মতৌ কৌবগে?

মথকী শৈরেং অসিনা গঙ্গাদ থীন হায়বোই উহল্লি। অহুবু থাজৈশেংবদি চৈরা থিন হায়ব নত্তে, গঙ্গাগী স্তুতিনি। মরম অসুনা লৈতেং'অসি "থাগৎপ চৈগু মউহনবা" (ব্যাজস্তুতি) হায়ব অহুনি।

চৈববু থাগৎপগুম উহনব লৈতেং অহুবুম্ন "থাগৎপ চৈগুম উহনবা" (ব্যাজস্তুতি) নি হায়ন অহুম লৌনৈ। কনাগুম্বনদি "চৈব থাগৎকুম উহনবা" (ব্যাজনিন্দা) অসুম হায়ন তোঙাম্ন মমিং অম থোক্লি। মাসিগী খুদমদি :—

"নমা ন্নদবদ থোনাফৈদা; কপ্লে নপা লৈতরে,
নংবু উবদা মীয়ামপূম্বা, লমজায়নরে ঈবুঙো।"

মকম অসিদা য়াওরিব থোনাকবা, কনবা, মপালৈতবা, ঈবুঙো মথোয় অসি থাগৎপ স্থংশিব রাহৈমকনি; অহুবু শব্দশিং অসিনা থীন হায়বগী অর্থ কোঙদোক্লি। মরম অসুনা মাস্, "চৈব থাগৎকুম উহনবা" (ব্যাজস্তুতি নত্রগা ব্যাজনিন্দা) হায়ব লৈতেং অহুনি।

---

# অনী চাবী অর্থ লৈতেং।

## ( অর্থশ্লেষ )

"মথক্ত ৱাহৈগী লৈতেং ( শব্দালঙ্কার ) গী মতাংদ হায়রম্লে ; মাহুদি :—শব্দ অমতন অর্থ অনীথোক্ল চংলবদি শব্দশ্লেষ কৌই। অদুগা মফম অসিদ হায়রগদোঋিবদি শব্দ অমতগী অর্থ অমতনা মায়কৈ অনীমক্ত ইচাত চাহুন লৈরবদি অদুগুম্ব লৈতেং অদু "অনী-চাবী অর্থ লৈতেং" ( অর্থশ্লেষ ) হায়রন কৌই। অর্থগী মরম থোকপ লৈতেং ওইবনা অর্থালঙ্কারগী শব্দুপকী মহুৎদ ইবনি। মাসিগী খুদমদি :-

"অফ-ফত্তব অনীমক্ল, অথুম্বা ৱাহৈন জগৎপু
শুমহৎলি মথা পোলহল্লি, মথোয়গী মীচঙ ওইহল্লি।"

মাসিগী ভাবার্থদি সাধু ভাকু অনীমক্লা অথুম্ব ৱাহৈন মী পুম্নমকপু শুম্বৎলি অসিনি। মফম অসিদা "অথুম্ব ৱাহৈ" হায়রবদগী অর্থ অমতনি। মমুং মপানগী অর্থ অনীথোক্ল লৈব নত্তে। অর্থ সিমতনা অফব মীদম্ব ফত্তব মীদম্ব হায়রিব পক্ষ অনীমকসিদা ইচা চানল্লা অদুম মরৈ। অদুনা অসিগুম্ব লৈতেং অসি "অনী চাবী অর্থ" ( অর্থ শ্লেষ ) হায়রবনি। অসিগুম্বা :—

"মহু কনব লিলগ মিগ, থোয়ন চৎলি ততন।"

অসিনচিংবদ য়াওরিবা "থোয়ন" হায়রব শব্দ অসিগী অমত ওইব অর্থনা, লিল মী অনীমক্ত ইচা চাননা লৈবম্লি য়েংগদবনি।

———

# "য়েক্লব থিংব মানব লৈতেং"

## ( বিরোধাভাস )

অমগ অমগ লৈমিন্নব মানব, য়েক্লব থিনবা য়াহৈ অনীনা শৈরেং অমগী মন্নুংদা থাগৎপনচিংবগী অর্থগী লৈতেং ওইহল্লবদি মাহুৎ "য়েক্লব থিংব মানব লৈতেং" ( বিরোধাভাস ) হায়ন কৌই। শব্দ অনীগী অর্থনা অমগ অমগ বিরোধ ওইনবনা অলঙ্কার শাস্ত্রদা মসিবু "বিরোধা লঙ্কার" নত্রগা "বিরোধাভাসালঙ্কার" হায়ন কৌই। মাহুদি :—

"কায়ন থাম্বী মৈশাগা, মীৎলু লাইজ ঈরাগা
অনী পূনখ্রে মুজাগী, থম্মোয় হকচাং অনীদা"

মকম অসিদা অমগমগ বিরোধী ওইনব মৈ-ঈশিং অনী মকম অমতদা পূনবগী অথদা শৈরেংলি। অদুনা, মাসিদা য়াওরিব লৈতেং অসি "য়েক্লব-থিংব মানব লৈতেং" ( বিরোধাভাসালঙ্কার ) হায়বদুনি।

মতৌসিগুম্বা :—

নোকপগ কপ্পগ মচীন মনাও, পোশক 'মতনা পোকপনি।

× × × × × × ×

অরা মুংঙাই পীকপ চাউবা, পোশক 'মতদ লৈবনি।

× × × × × × ×

অসিনচিংবগী লৈতেংশু নৈনগদবনি।

অসিগুম্ব বিরোধ অসি মথল মচা মচা কয়াথোক থায়দোকপ য়াই। মাহুদি :—

(ক) জাতিগা জাতিগা বিরোধ ওইনবা :—

মৈগুম শারব শাটরদা, মৈতাল অশিবা পোক্রে নং
× × × × × × ×
ওলাংথাগী শারব মুংশাদো, ওইহল্লি মুংশিবন শরৎকী থাকল
× × × × × × ×

(খ) জাতিগ গুণগ বিরোধ ওইনবা :—

ঈগুলব মলয়া মুংশিৎনা, চাকথেক্রে ঐগী থম্মোয়সে
× × × × × ×
মফম অসিদা মলয়া মুংশিৎনা বিরোধী ওইব "অশাব" গুণ

(গ) জাতিগ ক্রিয়াগ বিরোধী ওইনবা :—

"হু থকতুনা শিবনা (মহাদেবনা) অশিববু ভমখিদো"
× × × × × ×
× × × × × ×
মলয়া মুংশিৎনা য়ৈবদা, চাক্রে ঐগী থম্মোয়সে
মফম অসিদা জাতি ওইব "মুংশিৎ" না চাকপা হায়ব ক্রিয়াগ বিররাধীনি।

(ঘ) গুণগ গুণগ বিরোধা ওইনবা :—

"অমুব মাবু উরগভা, থম্মোয় অসি পুমুঙাল ভাল্লি"
মফম অসিদা "অমুবা" (অমম্বা) গ "ভানবা" (ভৌবা) গ গুণ অনী অসি অমন অমগী বিরোধীনি।

(ঙ) ক্রিয়াগ ক্রিয়াগ বিধোধী ওইনব :—

"মফম অমতগ লোঙ্গন লৈ; অতুমু মফম খুদিং য়োই।"

মকম অসিদা "লেঙান লৈব" হায়ব ক্রিয়াগা, "মকম খুদিং য়োব" হায়ব ক্রিয়াগ অনীসি অমগমগ বিরোধীনি।

(চ) পোৎক পোৎক বিরোধী ওইনব :—

"মপুরোয়বগী য়োংকমদো, সতীগীদি স্বর্গনি

"য়োংকম" স্বর্গ পদার্থ অনীসি অমগমগ বিরোধীনি।

(ছ) ক্রিয়াগ গুণগ বিরোধী ওইনবা :—

পাউতাক নীঙথিব তারগা, হাম্নদগী ফত্তব হেনখরে।

মকম অসিদা "পাউতাক তাব" হায়ব ক্রিয়াগ, "ফত্তব" হায়ব গুণগ অনীসি অমগমগা বিরোধীনি।

(জ) পোশকা ক্রিয়াগ বিরোধী ওইনবা :—

"কায়ন লৈকংলাদা, পোথারুরগে ঐহাক্তি"

মকম অসিদা "লৈকংলা" হায়ব পোশক অসিগা, "পোথাব" হায়ব ক্রিয়াসিগ অমগমগ বিরোধীনি। অসুম্না বিরোধ ওইনরবী অর্থ পুব লৈতেং মখে বিরোধাভাস হায়ব অলঙ্কার অছনি।

---

# "মান্নদব চুনদব লৈতেং"

## (বিষমালংকার)

পোশক অনী অমগমগ বিরোধ ওইনবত্ত নত্তনা, তিমব মরী লৈনহনবা কাওবদা চুমদব ঔহৈনবগী অর্থ লৈরবদি লৈতেং অদু "মান্নদব চুনদব লৈতেং" (বিষম) কৌই। খাছিদি :—

থম্বান্দগীসু থোংলবা য়ামগী খুংনা কদাইদা!
বজ্রদগীসু কল্লবা শিবগী লীরুংনা কদাইদা!

×     ×     ×     ×     ×

×     ×     ×     ×     ×

মৈতৈ নিংথৌগী থম্বান্দগী, থোংলবা হকচাংনা!
কল্লব শামু লমশাগী, হকচাংসিনা কদাইদা!

——————

## "থবক্ক মরমগ লাপ্পবা" লৈতেং।

### (অসঙ্গতি)

থবক মাগী মরমগ য়াম্ন লাপনরবদি, শৈরেং অহুদ হাপলিব লৈতেং অহু "থবক মরমগ লাপনবা" (অসঙ্গতি হায়বহুনি)। মহুদি :—

"অসোমদা পোক্লে শূক্লব কৈশুমশগুদ কৃষ্ণনা
আসোমদদি হয়াউরি, 'পূমগুাল ডায়ে থাউমৈনা।"

অসোমদা মথুরাদ অমম্ব কৈশুমদা কৃষ্ণ পোকলি। মাহুগী উৎসব মেলা মুংডাইবনা আ নন্দ গোথুলদা। মকম অসিনা কার্য্য-কারণ অনী য়াম্ন লাপনমনগে। অহুনা শৈরেং অসিগী লৈতেং অসি "থবক মরমগ লাপনব" হায়বহুনি। অসিগুম্বা :—

"কুমগী নোং অনৌবা !
নংবু উবদা মুজাগী
থম্মোয় ময়োল কংথরে।"

অসিনচিংবসু খণ্ডগদবনি।

---

# "মরম লৈন থোক্তবী"

## ( বিশেষোক্তি )

থবক থোক্লনমগী মরম ( কারণ ) লৈন লৈন থবক ( কার্য্য ) অদু থোকউ য়াত্রবদি অহোয়নদুম ওন্নতৈনব থবকতুম থোক্লবদি, লৈতেং অদু "মরম লৈন থোক্তবী" ( বিশেষোক্তি ) হায়না কৌই। মাছদি :—

"মায়থোং থাজ অমৃত থক্লগা, ঈখৌ লাংব কোকপু হায়ববু
থক্ল থক্লগা ঈখৌলাংবা, হেল্লে মীৎলূ নোংঙিনসে"

মফম অসিদা খৌরাংব কোক্লবা মচাক লৈন লৈন কোক্তে। খৌরাংবদুম হেনগৎলকপগী অর্থসি শৈরেংসিনা পীবনা লৈতেং অসি "মরম লৈন থোক্তবী" ( বিশেষোক্তি ) হায়বছনি।

---

## "মরম য়াওদন থবক থোকহনবী"

### ( বিভাবনা )

থবক অদু থোক্লনব মরম-মচাক ঈরাও য়াওদনা থবক অদু মতোমত থোকখিবগী অর্থ পীব লৈতেং অদু শৈরেং অদুগী "মরম য়াওদন থবক থোকপী" ( বিভাবনা ) কৌই। "বি" হায়বদি বিশেষ ওইনা অতোপ্প "ভাবনা" হায়বদি "থোকহন-ওইহনবা" হায়বনি। মাদুদি :—

১। বসন্তদি লৈতনা, কদাইদগী কোকিল মখোম্নো ?

× × × × ×

নোংমংদনা বজ্র তারে, কোকথক্ত ঙসিদি ঈতারোয় !

× × × × × ×

মচাক্তি য়াওরগ শুন য়াওত্রবসু "বিভাবনা" নি। মাদুদি :—

২। গুরুগী আশ্রমদ চৎতুনা রামন বিদ্যা তম্মকই

থর তম্লগ বেদশাস্ত্র, মচীন্দ লোইন লৈখরে।

৩। মশাগী কারণনদি থবক পাঙথোকত্রগা অতোপ্প মরী লৈন-নবা কারণ ( মচাক ) অমনা থবক পাঙথোকপসু "বিভাবনা" নি। মাদুদি :—

"মাইব অদু হেক উবদা, অনাবদু হেক ফবগুম তৌই।"

মকম অসিদা অনাব ফন্নবগী কারণ হীদাকনা ওইপদবনি। অদুবু হীদাকনদি ওইত্রদনা মাইব মশামক্লদুম ওইখরে।

৪। মথক মথা ওয়তৈনবা কারণনা থবক পাওথোকপা অদুগী "বিভাবনা" নি। মাদুদি :—

মংলিব অনৌব নোং অসিদগী, মৈগী নোং চুথরক্লে।
কংলব থম্মোয় লৈক লাসে, অমুকসু হেন্ন কংথরে।

মকম অসিদা মৈগী নোংচুবগী কারণ ( মচাক ) অসি ওয়তৈনা অনৌব মংলিব লৈচীয়দুম ওইরে।

৫। ময়ম ( মচাক ) দগী থবকতি থোকত্রদনা, থবকতগীদুম ময়ম থোক্লবদি লৈতেং অদুগী "বিভাবনা" নি। মদুদি :—

"রঘুশাগৈ মণিদগা সুওাই ঈপাক পোকথরে।
রামগী মায়থোং থম্বায়া, শাংপদা সুমিং থোকথরে।"

রঘুমনি রাম উবদ সীতাগী থম্মোয়দ সুওাইবগী ঈপাক অম পোকথরে। ময়েকিদি সামুদ্রদগী মণি পোকুদবনি। অদুবু মকম অসিদদি মণিদগীদুম্ ঈপাক ( সমুদ্র ) পোকথরে। অনীওবা শৈরেং পওক্তিদনা সুমিং উবদা থম্বাল শাংকদবনি, অদুবু থম্বাল উবদুম সুমিং থোরক্লে। অদুনা লৈতেং অসি বিভাবননি।

---

## "অমগমগ লৈতেংনবা"

### ( অন্যোন্যালঙ্কার )

লৈতেংব ফজহনবদা কার্য্যন কারণ অমুক ওইবা, কারণন কার্য্য অমুক ওইহনবা শৈরেং লৈতেং অদুবু "অমগমগ লৈতেংনবা" হায়বা লৈতেং অদু কৌই। মাদুদি :—

লাইজনা থম্বালগী লৈতেং ওই,
থম্বাল্ল লাইজগী লৈতেং ওই।
লাইজ-থম্বাল অনীনা, লৈতেং ওইরি পুখ্রীগী॥
থাজন নোংদোনগী লৈতেং ওই,
নোংদোন্ন থাজগী লৈতেং ওই,
থাজ নোংদোন অনীনা, লৈতেং ওইরি অহিংগী॥
মণিনা খুজিগী লৈতেং ওই,
খুজীন মণিগী লৈতেং ওই।
খুজী মণি অনীনা, খুৎকী লৈতেং ওইরিদো॥
ঈবুঙোন সভাগী লৈতেং ওই,
সভানা ঈবুঙোগী লৈতেং ওই।
ঈবুঙোগ সভাগ অনীনা, লৈতেং ওইরি ঐখোয়গী॥

মথক্ত ইরিব শৈরেংশিং অসিদা কার্য্যন কারণ, কারণনা কার্য্য অমুমুক ওইনরি। অদুনা লৈতেং অসি "অমগমগ লৈতেংনবা" ( অন্যোন্যালঙ্কার ) হায়বদুনি।

———

## "মথং মথং হেনগৎনব লৈতেং"

মথং মথং হেনগৎপ নত্রগা হুম্ববগী লৈতেং অহুবু "ভাষাভূষণ" কৌব অলঙ্কারগী লাইরিক অহুদা "সার" ( সারালঙ্কার ) হায়ন কৌই। মাহুদি :—

মালেমদগী নোংমদোন্ন ব্রাঙিও।
নোংমদোন্দগী ঈমানা ব্রাঙিও।
ঈমাদগীস্থ পোক্লফম্না
হেন্ন ব্রাঙিও হায়নীঙিও।

শৈরেং অসিদা য়াওরিব লৈতেং অসি "মথং মথং হেনগৎনব" ( সার ) হায়বহুনি।

---

## "মথং মনাও কায়নদব লৈতেং।"

মথং মনাও কায়নদন বর্ণন ভোৈরবদি লৈতেং কাব্যদ "যথা-সংখ্য" নত্রগ "ক্রমালঙ্কার" কৌই। মাহুদি :—

"নোংগৌবী নোংঙিন অনীবা,
নোংমদোল্লাইজ শরৎ থানিন
থাজমঙাল ঙাইগুম ঙাইরি।"

মফম অসিদা "নোংগৌবী" গা "নোংমদোল্লাইজ" গা, "নোংঙিল" গা "থাঙ মণ্ডাল" গা মথং মনাও কায়নদন লাক্লি। মরম অচুনা মাসি "ক্রম" (মথং মনাও কায়নদবা) লৈতেংনি।

## "মথং মথং থণ্ডথনব লৈতেং"

### (পার্য্যায়ালঙ্কার)

মথং মথং থণ্ডথনবগী অর্থ পীডুনা পোশক অমবু বর্নন তৌডুনা শৈরেংগী লৈতেং হাপলবদি লৈতেং "মথং মথং থণ্ডথনবা" (পার্য্যায়) হায়বডুনি। মাডুদি :—

"নিংথৌ কয়া কয়াবু, থাদোক্লমডুনা হৌজিকমুক
রাজলক্ষ্মী! নহাক্তি, ঔরঙজীবপু থাদোকতুনা,
শিবাজীগী মশাইগোন্দা, চণ্ডক্লখোইদো অমুকস্থ?
মণ্ডোন্দগী কনাদমুক, চংথখদৌরি লেপ্তবী!"

মফম অসিদা রাজলক্ষ্মীগী, সিংহাসনগী অমদি রাজ্যসম্পত্তিগী অরেপ্প মপু লৈতবা অমদি অনিত্য ওইবডুবু পর্য্যায় কৌবা অলঙ্কারন শৈরেংলি।

---

## "অমতদ তাইনব খঙনব লৈতেং।"

### ( প্রত্যনীকালঙ্কার )

মপাঙ্গম্ন-লৌশিংনদি লমনখুম্ব-মায়োক থ্নাবদি ওমত্রগ অমরোমদ তাইনহ্নুনা ওম্মে হায়ন ন্নুংঙাইথোকপা খঙনব থৌদোক শৈরেংদা লৈতেং অমনা উৎস-লেংলবদি লৈতেং অদু "অমদ তাইনব খঙনবা" ( প্রত্যনীক ) হায়বহ্নুনি। মাহ্নুদি :—

"রামবু রাবণনা পুশিল্লকই,
সীতাগী মাওদা মায়াগী রামবু
ককই রাবণনা মখোনা উৎলি।
মায়াদ রাবণনা রামদগী কনখি।"

শৈরেং অসিনা থাঙ্গেশেংব রামবুদি ওমদহ্নুনা মপাম্দ পওউ উহনবা রামবু ওমহ্নুনা, মশাগী তৌশিন্নব অকনব শক্তিবু ন্নুপী মমাওদ রাবণনা উৎখি হায়বসি উৎলি। অহ্নুনা লৈতেং অসি "অমদ তাইনব খঙনব" ( প্রত্যনীক ) হায়বহ্নুনি।

---

## "অমগী অর্থ ফোংদোকপী"

### ( কাব্যার্থাপত্তি )

হায়দোকপ থৌদোক অমনা, হায়দোকত্রিব অমবু ফোঙদোকলবদি লৈতেং অদু "অমগী অর্থ ফোঙদোকপী" ( কাব্যার্থাপত্তি ) হায়নকৌই। মাহ্নুদি :—

নপা ঈতাও পুন্নেনবনা
কৈ তরা চঙফা ফায়, মাগী মচানি শাজৌ নং
কৈ অমতনিনা ঙসিগীসিদি।"

"কৈ তরা ফাবা" হায়ব খোদোকী বর্ণন অসিনা "কৈ অমত ফাবদি অরায়বনি লায়ন ঙমগনি" হায়বসিবু ফোঙদোক্লি।

———

# "অতোপ্প গুণদ চংখিবী"

## ( তদগুণালঙ্কার )

অতোপ্প পোশক অমগী গুণগ তিন্নবদগী পোৎ অমনা মশাগী গুণ থাদোকতুনা অতোপ্প পোশক অদুগী গুণ লৌখিবা উৎপা শৈরেং অদুগী লৈচেং অদু "অতোপ্প গুণদ চংখিবী" (তদগুণালঙ্কার) হায়ন কৌই। মাদুদি:—

খরানমিচাক স্বাত্তীগী     লাইজ মরীক্ত তারগা
লিলগী মচীন্দ হু ওল্লি     লফুদ তারগ কর্পুর ওই,
কোংগ্রেংদ তারগ মোতী ওই, তিন্ন তিন্নরুবদুগী
মগুণ মচু মশক লৌই,     অরুব সজ তৌহৌসি।

———

## "হান্নগী মওংদ তাহনবী"

### ( পুর্ব্বরূপালঙ্কার )

অতোপ্প অমগ তিন্নরুবদগী মগুণ হোংলুরবস্থ অতোপ্প অহুমগুব পোশক অমগ অমুক তিন্নবদগী হান্নগী মওংদ অমুক হৃজিল্লবদি, অসিগুম্ব ভাবার্থবু ফোঙদোকপ শৈরেং লৈতেং অহু "হান্নগী মওংদ তাহনবী" ( পূর্ব্বরূপালঙ্কার ) হায়ন কৌই। মাহুদি :—

"কোকিলন মচা পোক্লগ পাইখি,
নাউকোল্লি কাক্ল কোকিলবু।
কাক্ক কাক্লি মচু মওং, অমত্তনি মথোয় 'না
বসন্তন লাকপদদি, কাক্ল কাক, কোকিম কোকিল।"

মফম অসিদা, কোকিম কাক তিন্নরুবদগী কাকমক ওইরুবস্থ "বসন্ত" হান্নব অতোপ্প অহুমগুব পোশক অসিগা তিন্নবদ হান্নগী মওংদ অমুক তাররে।



## "মশাগী মগুণ থাদোকহন্দবী"

### ( অতদগুণালঙ্কার )

অতোপ্প পোশক অমগ ফন তিন্ন খোংনহনস্থ, মাগী মহোশাগী গুণ অহু হোংব লৈতব অহুগুম্ব শৈরেং লৈতেং অহু "মশাগী গুণ থাদোকহন্দবী" ( অতদগুণালঙ্কার ) কৌই। মাহুদি :—

"লিলতগ য়াওম্নব, কেতকী চন্দন পাম্বীনা
লিলগী হুবু চঙহন্দে, মশাগী মগুণ থাদোক্কে।"

× × × × × ×
× × × × × ×

থম্না থকী লাইজবু, থম্নানা মশাবু চোৎহন্দে
সনান অমগ তিম্নরবস্ন, সনা ওইনহুম মরৈদো।

অসিনচিংব শৈরেংশিং অসি "অতদগুণালঙ্কার" হায়বছুনি।

"তদগুণ অতদগুণ" হায়ব অলঙ্কার অসি কবিশিংন সৎসঙ্গ-নচিংবগী পাউত্তাক-শৈরেংনবদা য়াম্না শীজিন্নগল্লি।

————

## "মশামত ওইমিন্নব"

### ( মীলিত )

ধর্ম্ম-গুণ অনীনা মশা অমত ওইমিন্নখিবগী অথ পীব শৈরেংগী লৈতেং অদু "মীলিতালঙ্কার" কৌই। মাহুদি :—

"শঙ্গোমগী 'থুম্বন কৈদনো,
ঈশিংগী 'থুম্বন কৈদনো,
ঈশিংগী ঙৌবন কদাইদা,
শঙ্গোমগী ঙৌবন কদোমদা ?"

ঈশিংগ শঙ্গোমগ গুণ-ধর্ম্ম অনীমক্ত মান্নবন অমত ওইমিন্নখে হায়বনি। শঙ্গোমগী রস কোব গুণস্ন অথুম্বনি। ঈশিংগী রসস্ন অথুম্বনি। শঙ্গোমগী মচু ( রূপ ) কোব গুণস্ন অঙোবনি। ঈশিংগীস্ন অঙোবনি।

————

## "তোঙালহল্লকপী"

### ( উন্মীলিতালঙ্কার )

অহানবদা গুণ-ধর্ম্ম অনীমক্ত অমত ওইবগী মওংদ লৈরমলবস্ন কোম্বংদা য়াদবন তোঙাস্তোঙাল তামিন্নরকপগী অর্থবু ফোঙদোকতুনা শৈরেংলবদি, শৈরেং অদুগী লৈতেংদু "তোঙালহল্লকপী" ( উন্মীলিত ) হায়বছনি। মাদুদি :—

লৈহাউ লৈরেল কুচু মানবী !
লৈহাউ পরেং শিরি খঙদে।
লৈমন চল্লগত খঙলকই।
লৈহাউন কদাইনো হায়বদো।

————

# মশীঙ ককপী লৈতেং।

## ( পরিসংখ্যালঙ্কার )

করিগুম্ব পোশক নত্রগ থোদোক অমবু অতৈ অতৈ মফমদগী তাম্বোররুগ, হায়বদি মফম অতৈদ লৈহন্দন অককুব মফম অমতদ মশীঙ কক্ক লৈহনবগী অর্থগী লৈতেংদা শৈরেংলবদি মাহুবু "মশীঙ ককপী" লৈতেং হায়ন কৌই। মাহুদি :—

নিংথৌ মাগী লৈপাক্তা, "লায়রবা" ন থাহৈ ওইনতা
লাইরিক লামায়তদ ময়াওই, মশক্তি উব ফংদেদো।
"হুরানবা" কৌব থাহৈনা, চৈব শাউনবতদ মতায়দো
মশক্তি সূকউ উদেদো, নিংথৌ মাগী লৈপাক্তা।

মফম অসিদা শৈরেং অসিন "হুরানবা" "লায়রবা" অনী অসিগী লৈফম অসি মশীঙ কক্ক চপ চান থমখ্রে। অতৈ অমদ লৈহন্দ্রে। অদুনা অসিগুম্ব অর্থন লৈতেং ওইবসি "মশীঙ ককপী" ( পরিসংখ্যা ) অলঙ্কার হায়বনি।

———

# অনীথোকপী লৈতেং।

## ( উভয়ালঙ্কার )

করি করিগুম্ব শৈরেংদ তোঙানব অলঙ্কার অনী-অহুম হেক তিন্নরকপম্ব য়াওই। মতম অদুদা অলঙ্কার অহু উভয়ালঙ্কার ( অনী-থোকপী লৈতেং ) হায়বত্থ ওই। "তিন্নব" হায়বসি মতিন্ন থেন্নবদগী মখল অনীনি।

চেঙগ থোইদিংগ তিন্নবগুম তিন্নববুন, "মচোই মচোই তিন্নব" কৌই। ঈশিংগ শঙ্গোমগ তিন্নবগুম তিন্নবহুন "অমত ওইমিন্নবী" তিন্নবা হায়বহুনি। "মচোই মচোই তিন্নবা" হায়বসি অমুক মখল অহুম্নি।

১। য়াহৈ লৈতেংদা মচোই মচোই তিন্নবা

২। অর্থগী „ „ „ „

৩। য়াহৈগ অর্থগ অনাগী অর্থদ মচোই মচোই তিন্নবা

"অমত্ত ওইমিন্নবী" গীম্ব মখল অহুম্নি :—

১। মপূম্ন মশা ওইন "অমত্ত ওইমিন্নবী"

২। চিংন চিংননা „ „

৩। য়াহৈ মশামত ওইন „ „

( ১ ) শৈরেং অমগী মমুংদা, যমক-অনুপ্রাসনচিংবা তোঙান তোঙানব য়াহৈগী লৈতেং ( শব্দালঙ্কার ) শিংনা তিন্নহুনা লৈরবদি মাহুব্ব "য়াহৈগী লৈতেংনা তিন্নবী" ( শব্দালঙ্কার সংসৃষ্টি ) হায়ন কৌই।

( ২ ) উপমা, অতিশয়োক্তিনচিংবা তোঙাল তোঙানবা অর্থগী লৈতেং ( অর্থালঙ্কার ) শিং অসিনা শৈরেং অমতগী মনুংদা পুন্দুনা লৈরবদি মাদুবু "অর্থগী লৈতেংন তিন্নবী" ( অর্থালঙ্কার সংসৃষ্টি ) হায়ন কৌই।

( ৩ ) শৈরেং অমতগী মনুংদা রাহৈগী লৈতেংসু অর্থগী লৈতেংসু অনী পুন্না লৈরবদি মাদুবু "রাহৈগ অর্থগ অনীগী লৈতেংন তিন্নবী" ( শব্দার্থালঙ্কার সংসৃষ্টি ) হায়ন কৌই।

"মচোই মচোই তিন্নবা" হায়বসিগী মখল অহুম থোক্ন খায়রিবগুম্না "অমত ওইমিন্নবী" হায়ব অসিগীসু মখল অহুম্নি।

মাদুদি :— ( ১ ) মউগ মশাগ অনীগী মতিন্না।

( ২ ) চিংনবা পোক্ল তিন্নবা।

( ৩ ) রাহৈ মশামতগুম তিন্নবা।

মখোয়গী খুদম মথংশীংনা শন্না শন্না পীরি :—

( মচোই মচোই তিন্নবা )

( ১ ) রাবণ-মকোক-থম্বালগী বনদা,
খোইমু মচীল শাবা তেল
থম্ন হাপ্ন তেন্দোং য়ান
রামনা কোয়চৎ চৎন শাম্নে।

মফম অসিদা "রাবণ-মকোক-থম্বাল" হায়বসি রূপকালঙ্কারনি। অলঙ্কার অসিনা চপ চান সিদ্ধ ওইগদবদি রাবণগী মকোকশিং অহু থম্বালমখি হায়বা য়াবা, রামগী মশাদা করিগুম্ব পোশক অম শৈরেংদা রাওহনবা তাই। অদুনা খোইমু হায়বা রাহৈ অসিমা পাম্নি।

মফম অসিদা রূপকন্না মঊ ওইরগা অতৈ উপমানচিংবনা মশা ওইনা শৈরেংসিমতদা তিন্নরি। অহুনা মাসিদা য়াওরিব "উভয়া-লঙ্কার" অসি "মঊগা মশাগা অনীগী মতিন্না" হায়বহুনি।

( চিংনব পোক্ল তিন্নবা )

(২) মোমোন-মীনোক্কী মশেক্লা
মায়থোংবু থোয়ন ফজহনবগুম
থাজগী মঙাম থাজ মাবু
থোইন হেন্নহুম ফজহল্লি।

মফম অসিদ', থাগুম্ন ফজব মায়থোংনি হায়হুনা উপমা তৌরিবন্না নত্রগা মায়থোংহু থামল্লি হায়না রূপকালঙ্কারয়োমদা লৌরিব অলঙ্কারয়া হায়না চিংনবা অমা পোকলি। অহুনা মফম অসিদা অলঙ্কার অনীগী তিন্নব মতিন্ন অসি "চিংনবা পোক্ল তিন্নবা" হায়বা মতিন্ন অহুনি।

(৩) য়াহৈ মশা অমত ওইনখিবগুম তিন্নবা :—

ব্যাক্যাংশ ( Phrase ) নত্রগা য়াহৈ পরেং অমদা অলঙ্কার অনীহুম মাহুদগী হেন্নস্থ পূনশবদি মহুগা পূনশ্রবস্ন য়াহৈ মশা অমত ওইমিন্নশ্রবদি মাহুবু উভয়ালঙ্কারগী মসুংদা "য়াহৈ মশা অমতগুম তিন্নবা" হায়ন কৌই। মাহুদি :—

"থমোয়-থম্বাল-থারিকথা"

হায়বা বাক্যাংশ অসিদা য়াহৈ ( শব্দ-ময়েক ) গী লৈতেংগা অর্থগী লৈতেংগা অনী পূন্নুনা য়াহৈ মশা অমত ওইনা তিন্নরি।

কবিনা মথরাই পান্দববুস্ মথরাই পানবগুম, উরী-ঝারী, শা উচেকনচিংববুস্ তাইবং মীগুম উহনা শৈরেংঙি। অরাব মুংঙাইব ফোঙদোকপা ঙমদবশিংবু ঈলায় লায়না ফোঙদোকহল্লি। অসুম্না শৈরেংহনা শীজিন্নবসি চাউরাক্না মথল অহুম্নি। মাহুদি :—

১। করিগুম্ব মতমদা কবিশিংনা মথরাই পান্দবা পোৎশিংবুস্ থরাই পানবগুম শীজিন্নহনঃ রা ঙাঙহল্লি, ঙাঙনহল্লি। মাসিবু ইংরেজীদস্ Personal Metaphor হায়না কৌনৈ. খঙনৈ।

মাহুদি :—

নথংলেন মায়থোং উবদা,
থম্বাল! নংদি নোক্লিবোই?
থোইন মথোই কান্নুদ লৈরাং!
থরো ঐগী মাঙদা নং,
চাং তা'দব খিঙ্ ঙায়রে।

২। করি করিগুম্বদা প্রকৃতগী পোৎচৈশিং অসিদা তাইবংগী রাখল-থবক-পাঙ্গল পূম্ব পীহনা কবিশিংনা শৈরেংঙি। মাসিবু ইংরেজীদস্ Pathetic fallacy হায়না অহুম খঙনৈ। মাহুদি :—

মীৎলু-লৈকা-রুক্কগী,
কায়ন লীক্লা-লাইজবু।
তৈথোকপিরি কোরোহনবা
থম্বাল কৌবী মুজাগী।

মাসুম তৌবসি আধুনিক কবিশিংনা মানবী করণ (Personification) হায়ন কৌনরে॥

৩। অকুপ্প রাখল, বিচারনচিংবস্থু মথরাই পান্দবা পোংকী অশেম্বা ( Artificial ) থম্মোয়দা কবিশিংনা প্লোকহল্লি মাসিস্থু মানবী করণ ( Personification ) অমনি। মাহুদি :—

মালংব ঐস্থু কৈদোদে,
লৈরাংন লৈখোক লোইবগী
কেনবনি—দে।

মফম অসিদা কবিনা মালংবা ( নুংশিং ) বু বুদ্ধি বিচার য়াম্ন লৈবা মাশক অমগুম্না শৈরেংলি। "মালংবা" না "ঐনা কম্ন শীংল ফাওবদা কেন্দবী লৈরাং পীকথন্না লৈরি। অচুর্নদ ইঙেল্লৈনা কেল্লি-বদি মশানা লৈখোক্ত, মশাদ নপ্পা রাংপদগী, চোকশিন্দবদগী হায়বদি কোম্ব-চোকশিনবা রাংপদগী কেঙ্গবনি" অমুম হায়না বক্তব্য ( argument ) পীরি।

———

# শৈরেং লৈতেং

## অনীশুবা শরুক

## শৈরেং খোঙচৎ

---

শৈরেং লৈতেং হায়ব লাইরিক অসিগী অহানব শরুক ( প্রথম খণ্ড ) দা হায়খে, মাহুদি— মীওইবগী অশেম্ব লৈতেং হায়বসি সনালুপা-লীক্কোল, মনমন্নুংশিব হৈলৈ তৈব-চিনব ভাক্সম্ন চৎনদে; খোঙথা-খুৎহাই, শাজৎ, তাননাইন চৎপা অসিনচিংবনস্ন ওই। মরম অহুনা, অনুপ্রাস-যমকনচিংব রাহৈগী লৈতেং তন, অহুপ উপমালঙ্কার-অতিশয়োক্তিনচিংব অর্থগী লৈতেংতনা শৈরেং অমগী লৈতেং মপূংফান ওইদে। লীক্কোল পীকথন্ন শিরগা, ফৈরেং তুরেং চৎলবাদি, খোঙথাংশিং অহু তাল কায়ন থাংলবদি, সনালুপাগী লৈতেংশিং অহুনা মী অহুবু খক ফজহনব য়াদে। অহুনা, শৈরেং লৈতেংগী মন্নুংদা শৈরেং খোঙচৎ ( ছন্দ-Prosody ) পুম্ন খন্নব তাই-ইব তাই।

শৈরেং লৈতেংগী মন্নুংচনব শৈরেং খোঙচৎ হায়বসিগী ইবগী মতাংদা অহানবদা ভারতায় আর্য্যঋষিশিং অমদি কবিশিংগী মত মতুং ইন্ন শৈরেং খোঙচৎ অসি ইগনি; অহুগী তুংদা মীতৈকবি অরিবশিংগী মত অমদি ধরণ ( Style ) গী মতুং ইন্ন নৈনহুনা ইগান। শৈরেং ( শ্লোক-verse ) অমবু চপ চান মরি খোক্ক খায়দোকপগী শরুক অমমম্ন পাদ ( foot ) কৌই। অহুনা, পাদ মরি-মরিন শৈরেং

( শ্লোক Verse-Stanza ) অমমম শাই। পাদ মরিগী অমমমদা য়াওব ময়েকশিং অসি মশীং মাম্নবস্থ য়াই, তংখাই তম মাম্নবস্থ য়াই— হায়বদি পাদ অনী অমনা ময়েক মরি-মরিগী ৎইরগা অতোপ্প অনী অমনা মঙা-মঙাগী ওইব য়াই ; অদুগা মখোয় মরিমক্কী ময়েক মশীঙ অমগমগ মাম্নদবস্থ য়াই। মরম অদুনা, ময়েক মশীঙ মান্ন-মান্দবগী বিচারগী শরুক্ত ছন্দ হায়বসি মখল অহুম থোক্লে। মাহুদিঃ— সমবৃত্ত ( মরিমক্কী ময়েক মশীঙ মান্নবা ) হায়ব অম, অর্দ্ধসমবৃত্ত ( পাদ অনী অনীগী মান্নমিন্নবা ) হায়ব অম, অদুগ বিষমবৃত্ত ( পাদ মরিমক ময়েক অমত মান্নদবা ) হায়ব অম অসিনি।

ব্যাকরণগী "ময়েক" ক ছন্দগী "ময়েক" ক মরৌ মান্নদে। ব্যাকরণ না "ক" বু ক্+অ অম্নম হায়না অনীনি হায়ন লৌই। ছন্দনদি ক্ গ অ অনীসিনা খোম্থোক অমত ওইন পীব "ক" হায়বসিবু ময়েক অমতনি হায়ন লৌই। হায়বদি খোম্থোক অমমমদ হায়দোকপ য়াব মতৃপ ( Syllable ) অমমদু ময়েক অমমমগুম ছন্দদ লৌনৈ। মাহুদি :—ব্যাকরণদা "কোম্বীরৈ" গ "সনারৈ" গ অনী অসি ময়েক মশীঙ থীনবদ অমগমগ মান্নদে। ছন্দদদি মান্নমনি ছন্দদদি কো—ম্বী—রৈ দগু অহুমনি, অদুগা স—না—রৈ দগু অহুমি। ব্যাকরণদ থীম্নু হায়রবদি "কোম্বীরৈ" দা ক্+ও+ম্+ব+ঈ+র্+ঐ অম্নম থীহুনা ময়েক তরেৎ লৈ হায়গনি। "সনারৈ" দা থীম্নু হায়রগা স+অ+ন্+আ+র্+ঐ অম্নম থীহুনা তরুক লৈ হায়গনি। ছুসত্ত ওইব হায়বদি স্বর য়াওদবা ক্ খ্ গ্ ওইবশিং অদি ছন্দদা ময়েক মশীঙ থীবদ য়াওদে।

ছন্দ শাস্ত্র হৌদোকপা পিঙ্গলাচার্য্যনচিংব ভারতকী কবিশিংগী মচুং ঈখ ময়েক অমমমতমসু পাদ অমমম শাব য়াই। হায়বদি,

ময়েক অমমমতন শাব পাদ মরিগী শৈরেং, মযেক অনী অনীন শাব পাদ মরিগী শৈরেং, ময়েক অহুম অহুম্ম শাব পাদ মরিগী শৈরেং অমুম্ম মথং মথং য়াথিবসিনা ময়েক কুন্তরুক তরুক শাব ফাওবা য়ানশি।

শৈরেংশিংগী মমিং থোনব মুঙাইনব ময়েক অহুম অহুমনা শাব "গণ" ( group ) কৌব অমমম লৈ। মখোয় অসিনা তোঙাল তোঙানবা মশক মমিংগী ছন্দ শেম্মি। অহুম অহুম থীখুব তুংদা লেমহৌব অনী অহুদি অরূম্ব ( অশাংব স্বর য়াওব ) ওইরগ "গ" গুরু ), অতেনব স্বর য়াওব ওইরগ "ল" ( লঘু ) অমুম হায়ন খোল্লি। হায়বদি, অতেনব মযেক অনী লেমহৌরবদি "ল ল" অমুম্ম লৌই। অশাংব স্বর য়াওর অনী লেমহৌরগ "গ-গ" অমুম্ম লৌই; অহুগ অতেনব অমগ অশাংব অমগ লেমহৌরবদি "ল-গ" অমুম্ম লৌই। অহুগ অশাংব অমগা অতেনব অমগ লেমহৌরবদি "গ-ল" অমুম্ম লৌই। মাহুদি :—

"চীঙদ শাৎপ ইঙেল্লৈ"

হায়রবসিদা চীঙ দ-শাৎ প-ই-ঙে লৈ

অমুম হায়না গণ অনী শাথুব তুংদা লেমহৌবা "লৈ" হায়ব ময়েক খোল্লোক ( syllable ) অসিদা গুরু মযেক "ঐ" হায়বসি য়াওবনা "গ" অম হায়ন লৌগনি। অহুগুম্মা—

"চিন্নদ নকেন্নখি বা"

হায়রবসিদসু, ময়েক অহুম অহুমগী "গণ" অনী শাথব তুংদা "গ" অম লেমহৌরি।

"কল্লকই দে"

অসিদদু কল্লকই হায়বা গণ অসিম শাখুব তুংদা "দে" হায়ব "গ" (গুরু) অম লেমহৌই।

শৈরেং অসিদা পাব অমমমদা "গ" অমমম লেমহৌবদি মাগী হায়ববু পাদ খুদিংমক গণ মশীভ মায়বা হায়বত্থদি থোকত্রে। অহানব অনীগুব পাদ অনীদি গণ অনৌনীনা চপ মান্নন শারি; অত্থগা অকোনব পাদ "কল্লকইদে" হায়বসিদদি গণ অমত ময়াওই। মীতৈ শৈরেংদ পাদ অত্থমতনসু অনীতনসু শৈরেং (শ্লোক-Stanza) অম ফায়। মাত্থদি :—

"চীওদ শাৎপ ইঙেল্লে,
চিন্নদন কেনখিব,
কল্লকই—দে"

মফম অসিদা "দে" অসিতমা পাদ অম শাহনা মরি গুব পাদ ওইহল্লবদি, শাস্ত্রগী মতুংইন্না চপচান পাদ মরিন শাব শৈরেং (Stanza) অমনি হায়ন লৌব য়াই, মাত্থ খক কায়দে। মাত্থদিং—

(১) চীওদ শাৎপ ইঙেল্লে,
(২) চিন্নদন কেনখিব,
(৩) কল্লকই,
(৪) দে

মফম অসিদা, কবি অসিন পাদ (foot) মরি কাননবা "দে" হায়ব "গ" অমতন শাব পাদ অসিমা থোমজিল্লি। মাসি গীতিচ্ছন্দগী চৎনবী ওইনা জয়দেব নচিংব ভারতকী কবিশিংনা হৌজিক ফাওবা তৌনরক্লি।

## ভারতকী কবিশিংগী "গণ" শাবগী মওং মমিং মথাদ ইরি:—

ময়েক অহুম-অহুম্ম "গণ" অমমম শাই।

১। অহানব ময়েকনা গুরু ( অশাংব-অরুম্ব ) ওইরগা অনীহুনা লঘু ( অতেনবা-অনেম্বা ) ওইরবদি মাহু ছন্দ শাস্ত্রকারশিংনা "ভ" কৌই হায়বদি 'ভগণ" কৌই। মাহুদি:— মাদন।

মাদন ঐদন, নংবুদ ম্নুংশি।

শৈরেং অসি ভগণ অহুমগ "গ" ( গুরু ) অনীগনা লেংবনি।

অনুস্বার বিসর্গতপা, তপ্পব ময়েক য়েত্ত লাকপা, পাদগী মমৈ ঊথং থংবদ লাকপ ময়েকশিং অহু লঘু ওইরবস্থ গুরুনি হায়না লৌগনি। অহুনা মথক্কী শৈরেং পাদ অসিদ য়াওরিব নং—ম্নুং—শি হায়ব। ময়েক অহুম অসি গুরুমক্তনি।

২। ময়ায়থংব ময়েক্ক গুরু ওইরগা অহানবগ অহুমগুবগনা লঘু ওইরবদি মাহু ছন্দশাস্ত্রকারশিংনা "জ" কৌই হায়বদি "জগণ" কৌই। মাহুদি:— মমান।

"মমান ম১াবু করম্ম বুথানি?"

শৈরেং অমগী পাদ ( foot ) অসিমদা য়াওরিবসি ময়েক খোম্থোক (syllable) তরানিথোইনি। জগণ মরিনা শাবনি। য়েৎলোমদা তপ্পবা "র" হায়বসি লাকপন "র" অসি গুরু ওই। পাদগী মমৈথংব "নি" অসিদি গুরু ওইন লৌবস্থ য়াই, লঘু ওইন লৌবস্থ য়াই।

৩। মমৈথংবন গুরু ওইরগ, অহানবগ অনীগুবগনা লঘু ওক্ত ওইরবদি গণ অহু ছন্দশাস্ত্রকারশিংন "স" কৌই হায়বদি সগণ

— — ॥

কৌই। মাহুদি ঃ—অমনা।

— — ॥ — — ॥ — — ॥ — — ॥

"অমনা অমগী, করিপাং গনিদো ?"

× × × ×

× × × ×

শৈরেং অমগী পাদ অসিমদ সগণ মরি য়াওই। অতুনা মাসি ছন্দ শাস্ত্রকারনা "তোটক" ছন্দ কৌই। ছন্দ মঙং মমিং মথং মথং ইরকপদা শন্দোক্ত লাকখিগনি।

৪। অহানবনা লঘু ওইরগা, অনিশুব অহুমশুবগনা গুরু ওইরবদি মাহু "য়" কৌই, হায়বদি "য়গণ" কৌই। মাহুদি:—

— ॥ ॥

মচাগী।

— ॥ ॥ — ॥ ॥ — ॥ ॥ — ॥ ॥

মচাগী মশক্তো, উনিংদে মহাক্কা

শৈরেং অমগী পাদ অসি য়গণ মরিনা শাবনি।

৫। ময়ায়থংবনা লঘু ওইরগ মতাইগী অনীনা গুরুমক্ত ওই- রবদি মাহুর "র" হায়রবদি "রগণ" কৌই। মাহুদি:—

॥ — ॥

মুংশিরী।

॥ — ॥ ॥ — ॥ ॥ — ॥

মুংশিরী লবদগী লাকপরা ?

শৈরেংগী পাদ অসিদ ময়েক মাপল য়াওই ; রগণ অহুম শাবনি। অসিগুম্বা পাদ মরিনা শৈরেং (শ্লোক Stanza) অম কাগনি। "লমদমী" হায়বসিদা "মদ" বু ভপব ময়েক হায়না লৌবনা "ল" অসি গুরুনি।

৬। অকোনবনা হায়বদি অহুমশুবদা লঘু ওইরগা অহানবা অনীশুবনা গুরু ওইরবদি মাহুক্নু "ত" হায়বদি "তগণ" কৌই।

|| ||_
মাহুদিঃ—মায়ান।

|| ||_ || || _ || || || || || _
মায়ান থংম্মোয়দ চোংশিল্লি থংহৌদে

শৈরেংগী পাদ অসিমা "তগণ"তন শাবনি।

৭। ময়েক অহুম্মক গুরু ভাক্ত ওইরবদি "ম" হায়বদি "মগণ" কৌই। মাহুদি :—থাবল্লৈ
|| || ||

| | |—| | |—| | |
থাবল্লৈ কৌবী লৈ রাংনংবু।

শৈরেংগী পাদ অসিদ ময়েক মাপর্ল য়াওই। মগণ মক্তন শাবনি।

৮। ময়েক অহুম্মক লঘু ভাক্ত ওইরবদি "ন" হায়বদি "নগণ" কৌই। মাহুদি :—"ফজব"।

ফ জ ব ন ফ জ ব দ, ক রি বু দি নিনি?

শৈরেংগী পাদ অসিদ নগণ মরিগা লঘু অনীগ য়াওই।

———

## মথক্তা হায়খিব গণশিংগী মওং অসি শম্ম খওননবা মথাগী কাথল অসিদা উৎলি

| গণ গী মমিং | অক্লম অয়াংগী মফম | খুদম |
| --- | --- | --- |
| "ম" গণ | । । । | ।। ।। ।।<br>থা ব লৈ |
| "ন" গণ | — — — | — — —<br>ফ জ ব |
| "ভ" গণ | । — — | । — —<br>মা দ নি |
| "জ" গণ | — । — | — । —<br>ম মা নি |
| "স" গণ | — — । | — — ।<br>অ ম গী |
| "য" গণ | — । । | — । ।<br>ম চা গী |
| "র" গণ | । — । | । — ।<br>মুং শি বী |
| "ত" গণ | । । — | । । —<br>ঈ চা নি |

## ( মাত্রিকছন্দ )

## ভারতীয় আর্য্যঋষিশিংগী ছন্দশাস্ত্রগী মতুংইন্না ছন্দশিং মওং-খুদম মথং মথং ইরি

শৈরেংগী খোঙচৎ অসি চাউরাক্ল মথল অনীথোক্ল চৎলি। স্বর-ব্যঞ্জন তিন্নব মরেক খোস্লোক ( Syllable ) গী মশীঙ মায়-মায়দব য়েংদনা, মাত্রা মশীঙ মায়বদ য়েংহনা পাব-লেংব অম ; অদুগা মথক্তা

হায়খিৱ "গণ" শিং অদুগী চপ চপ মান্নব মওংদা লেংব অম, হায়বদি লঘু গুরুগী মশীঙ অমদি পাদখুদিংগী মথং মনাও কায়দন পাব-লেংব অম, খোঙচৎ অনী অসিনি। মাত্রা মশীঙদ চৎপনা, মাত্রিকছন্দ, লঘুগুরুদ চৎপন বৃত্তছন্দ কৌই। লাওরবস্থ-খুররবস্থ লাওব খুবা চপ মান্নন। পীরকপ তাস্থা অমবু মাত্রা কৌই।

। ।　　।　　।　　। । ।
"চৌঙদ　শাৎপা　ইঙেল্লৈ

। । । ।　　।　　। ।
চিন্নদনা কেনখিবা"

মফম অসিদা অশাংব স্বরগী মাত্রা অনী অনী অহেনব স্বরগী মাত্রা অমমম চপ চপ চানা অরাও অথু কায়দনা পারবদি তাব মুংঙাই। মফম অসি অকুপ্প মাত্রাগী মশীঙদ মান্নদে হায়ববু, অরাওব মাত্রা মরিদি পাদ অনীমক্ত চপ চপ চান অতুম মরৈ। মাদুদি ঃ—

।　　।　　।　　।
চৌঙদ　শাৎপা　ইঙে　লৈ

।　　।　　।　　।
চিন্ন　দনা　কেন　খিবা

অরাওব মাত্রা মরি-মরিদ চপ-চপ চান লেংবন শৈরেং অসিগী ছন্দ (খোঙচৎ) অসি মাত্রিক ছন্দ হায়বছনি। মীতৈ শৈরেং অয়াম্ব মাত্রিক ছন্দদ লৈব ঙাক্ত ওইন তৌই।

। । ।　　।　　।　　। ।　　।
"চৌঙদ　শাৎপা　ইঙে　লৈ

। । । ।　　।　　। ।
চিন্নবুদনা　কেনখিবা　　　　অয়ম্বা অনীগুবা

পাদ অসিদা "বু" হায়ব মাত্রা অমগী ময়েক খোঙ্হোক্ (syllable)

অসিমা হেন্নগৎলবদি অকুপ্প মাত্রাদগী তরামিথোই তরামিথোই চপ চান লৈনৈ। অদুন, "বু" অসি য়াওন লেংব-পাবনা মাত্রিকছন্দ অশেংব ওইগনি।

মমাঙ্তগী অয়িব শৈরেং মথৈ অরাওস মাত্রা ময়িগী মাত্রিক ছন্দদ লেংব শাক্ত ওইন তৌই :—

"খোইরেন্তাক্কী লময়াইদা
পাম্বকৈরেল অথোবা
× × ×
× × × "

মাসিবু মাত্রা মরি মরিদ অস্তুম্ব রেহ্মোকনৈ। মাদুদি :—

খোইরেন—তাক্কী—লময়াই—দা
পাম্ব—কৈরেল—অথো—বা

"খোই" হায়রবসিদ মরেক্কীদি "ও" গী মাত্রা অনী, "ই" গী মাত্র অম অনীসি পূল্লগা মাত্রা অহুম শাংন চিংফম থোকপনি। অদুবু খোম্থোক (syllable) অমগী মনুংদা "ই" গী খোম্থোকসু "ও" গী খোম্থোক অমত ওইমিন্নখিবনা মাত্রা অনীত ওইদুন অহুম মরৈগনি। "ও" ত হায়রবসু মাত্রা অনীনি, "ওই" হায়রবস্ত মাত্রা অনীত মরৈগনি। অতৈ মাত্রিকছন্দমথৈ অস্তুম্ব খণ্ডগদবনি।

## ছন্দশাস্ত্রগী মতুংইন্ন খীতৈরোলগী মাত্রিকছন্দশিং থর মথাদ উৎলি :-

### ( আর্য্যা )

১। শৈরেং (শ্লোক-stanza) অমগী অহানব, অহুমশুব পাদ (foot) দা মাত্রা তরামিথোই-নিথোই (১২—১২) ওইরবা,

অনীশুব পাদদন মাত্রা তরানিপাল ওইরবা, অহুমশুবা মরিশুব পাদদনা মাত্রা তরামঙা য়াওরবদি অদুগুম্ব মাত্রিকছন্দ অদু "আৰ্য্যা" হায়না ছন্দশাস্ত্রদা খঙমৈ। মাদুদি ঃ—

খোংলে বাঁশী রাধা ... .. ... ( মাত্রা ১২ )

রাধা হায়না রাধা থম্মোয়—কুঞ্জ ( „ ১৮ )

বসন্তগী শানফম ( „ ১২ )

ওইখরে হীডা খঙ্ক্রেদা ( „ ১৫ )

মথক্কী শৈরেং অসিগী অহানব পাদ ( foot-line ) দা মাত্রা ১২, অহুমশুবদসু ১২, অহুগা অনীশুবগ মরিশুবগদা মথংশীংমা ১৮, ১৫ য়াওরি। অদুনা শৈরেং অসিগী ছন্দ অসি "আৰ্য্যা" হায়বনি।

মীতৈরোলগী শৈরেং অমবু ভৈরব-ভৈরবীনচিংবা রাগরাগিণীদা, সঙ্গীত শাস্ত্রগী নিয়ম ক্বায়দনা, প্যান্দুনা শক্লিব লেংলিবা অসিগুম্বা, ছন্দশাস্ত্রগী মতুংদা "আৰ্য্যাছন্দ"দা মীতৈরোলগী শৈরেং অম লেংগে হায়রবদি অমুম্বা মাত্রা মশীং হেন্দন-য়াম্তন লেংগদবনি শক্কদবনি। লেংফম শক্কমসু থোকই।

## ২। গীতি ছন্দ

শৈরেং অমগী অহানব-অহুমশুবদ পাদদ মাত্রা ১২—১২ অদুগা অনীশুব-মরিশুবগদ মাত্রা ১৮—১৮ য়াওরবদি ছন্দ অদু ছন্দ শাস্ত্রদা "গীতিছন্দ" হায়ম কৌই। মাদুদি —

লৈরাং পোম্‌ শাৎনবীনি (মাত্রা ১২)

হায়সি খঙদবা খোইমুও নংবু! ( ,, ১৮)

করিগী ভংগি 'সিরাইদা? ( ,, ১২)

লৈরাং লৈমন্‌ চলহনগেরা নং? ( ,, ১৮)

শৈরেং অসিগী অহানব অহুমশুব পাদদা ১২—১২ মাত্রা, অহুগা অনীশুবগ মরিশুবগদা ১৮—১৮ য়াওই। অহুনা মাসি "গীতি" ছন্দ হায়রুহুনি।

## ৩। উপগীতি-ছন্দ

শৈরেং অমগী অহানব অহুমশুবা পাদ (foot) দ মাত্রা ১২—১২ য়াওরবা, অনীশুবগ মরিশুবগদা ১৫—১৫ য়াওরব অহু ওইরবদি মাহুদ য়াওরিব ছন্দ অহু "উপগীতি" হায়ব অহুনি। মাহুদি :—

মোমোন তৌদন নোকপহু, করম কাউসিগে ঐবু ইতা
কদম্‌ থক্ত ফম্‌ হুনবু, বাঁশীবু মুংশিনবু খোংবদো।

য়েংগদবাঃ— ছন্দ-ছন্দগী মওং মতুং ইম পাদ (foot) গী মমৈদ লৈব স্বর ময়েক্তি অতেনব (হ্রস্ব-লঘু) ওইরবসু গুরু ময়েক কুম মাত্রা অনীনি হায়ন পাবসু য়াই, হায়বদি চিংব য়াই। মাহুদি মথক্তা উপগীতি ছন্দগী শৈরেং অহিরী অহুমশুব পাদগী মমৈদ লৈবা "বু"

অসিদ "বৃ" ওইন চিংন লৌহুনা মাত্রা অনী লৈ হায়ন লৌরিবসিনি। মাসি জয়দেব-কালিদাসনচিংব কবিশিংনা তত্তনা তৌনৈ।

মথক্ত হায়খিবা আৰ্য্যা-গীতি-উপগীতি হায়রিব ছন্দশিং অসি মাত্রা মশীঙ অকক্লন লেংব ছন্দ ওাক্ত ওইবনা "মাত্রিকছন্দ" হায়ব-ত্বমক্তনি। মাত্রিকছন্দগী মীতৈরোলগী শৈরেংদি ছন্দশাস্ত্রগী মতুং ইন্ন ইখ্রে অসিগী মথংদা মীতৈ কবিশিংগী মাত্রিক ছন্দগী মরমদা খুদমগ লোয়নন ইরি।

## ৪। 'গীতিছন্দদা-মীতৈ শৈরেং"
## ( মাত্রিক ছন্দদ মীতৈ শৈরেং )

১২ ১৮
।।—।—।।—।।—।—।। ।—।-।-। ।—।—।।—।।-।—।।

চীঙদ শাংপা ইঙেল্লে, চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকইদে

১২ ১৮
।।। ।। ।। ।।।। ।।।।।।।।।।।।।।।।

ঐন কেন্‌গে কেন্দেদ, মালংবন হুন্বগী কেম্বনিদে

মথক্কী শৈরেং মতেক্ অসি, ছন্দ শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন চপ চাব গীতিছন্দদ লেংবনি। গীতিছন্দগী নিয়মগী মতুং ইন্ন অহানব-অহুমগুব পাদদা মত্রা ১২—১২ অহুগা অনীশুবগ মরিগুবগদা মাত্রা ১৭—১৮ য়াওরি। মাসি উরগা মমাঙগী মীতৈ কবিশিংনা করি করিগুম্বদা ছন্দ শাস্ত্রগী নিয়ম বিধি কায়দন মাত্রিক ছন্দদ শৈরেং লেঙওম্মি হায়বসি খঙ্‌ব ওম্মি।

মতাং অসিদা য়েংগদবাঃ— মথক্কী শৈরেং অসিদা, অহুমগুবা পাদগী মমৈদ লৈরিব "দ" অসিগী মহুত্তা অয়াম্বনা "দো" হায়ন

মাত্রা অনীগুনা চিংজি। মাসিনা অচুম্বা ওইনম্নু চৎনরক্নি। মাসিদা মাত্রা অনী চঙ্‌হনখ্রবদি মাত্রা ৩ (তরাহুমদোই) গুখিবা তারে। অদু ওইরবদি চপ্ চানা গীতিচ্ছন্দ ওইরোইদোরে। অদুনা "দো" গী মহুত্তা মাত্রা অমত্তগী "দ" হাপত্নুনা ৎরি। শব্দরূপ মতমদম্নু মাত্রা অমতমক্ চিংবা খোম্বোক্ত শব্দপনত্রুম ব্যঞ্জন মৎং অম ওই।

( মাত্রিক ছন্দদা মীতৈ শৈরেং )

। ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
মমাঙ্ লৈকাই থম্বাল শাৎলে, ১৫

॥ । ॥ ॥ ॥ ॥ ।
খোইম্ ইল্লে খোইম্নাব, ১২

॥ । ॥ ॥ ॥ । ॥
শাবি লাউ লাউ চৎসি লাউ, ১২

॥ ॥ । ॥ ॥ ॥ ॥ । ॥ ॥
কমকৃপ য়াম্মী কঞ্জাউব য়াম্বী ১৮

॥ । ॥ ॥ ॥
মাঙ্দ থারো লাউ ৯

মথক্কী শৈরেং অসিদ য়াওরিব ছন্দ অসি ছন্দশাস্ত্রনা চপ্ চান মশীঃ লেপখ্রুব মাত্রান হিনব, গীতি-উপগীতি ছন্দ অনীব পূনব ছন্দনি। মাহুদিঃ— মাত্রা ১৫ ন লেংব অহানবগী পাদ অসি উপগীতিছন্দগী অনীগুবা পাদনি। মাত্রা ১২—১২ ন লেংব অনী-গুবগ অহুমগুবগা পাদ অনী অসিনা চপচাব উপগীতিছন্দগী অহানবগ অহুমগুবগ পাদ অনীহুনি। মরিগুব মাত্রা ১৮ ন শাব পাদ অসিনা গীতিছন্দগী মাত্রা ১৮ ন শাব মরিগুবা পাদ অহুমক্নি। অকোনবগী মাত্রা ৯ ন শাব মস্তক অসিনা, মরিগুব পাদদা য়াওব মাত্রা ১৮

অসিগী তংখাইনি। হায়বদি মাত্রা ১৮গী তংখাই ৯ নি। অসিগুম্ব মাত্রিকছন্দ মরেং অসি কবি জয়দেবনা গীতি-উপগীতিছন্দদা য়াম্না তৌই। মাত্রা ৯ গী মতেক অসিনা মকোক ( স্থায়ী ) ওইহন্দুনা শৈরেং অসিবু শকপম্ব য়াই। জয়দেবনম্ব খাইগী মনীঙদা মাত্রা ১২ না শাব অহেনব পাদ মতেরুম্ব শৈহোই। মাহুদি ঃ—

॥ ।।॥ ।।॥॥
"সা বিরহে তব দীনা" × × × × ।

রেংগদবাঃ— মাত্রিক ছন্দ অমগী করিগুম্ব পাদ অমদা য়াম্নবদা মাত্রা ১৮ দগী হেনহলদবা অহুগা মাত্র ১৮ কাওবগী মহুংদা গীতি-উপগীতি-আর্য্যা কৌব ছন্দশিংদা শৈরেংহুনা ভারতকী আর্য্যকবিশিংনা মমাঙৈদগী শরুরকপ অহুগুম্না মী:তগী প্রাচীন কবিশিংনম্ব শৈরেং-লম্মি। অহুনা, মাত্রিক ছন্দগী শৈরেং লেংব মতমদা গীতি-উপগীতি-আর্য্যাগী নিয়ম কায়দনা লেংগদবনি।

।॥ ॥॥ ॥॥ ॥॥
"মমাঙ্, লৈকায়্, খম্বাল্, শাংলে ... (১৫)

॥ ॥ ॥॥ ॥।॥।
খোইমু ইলে খোইরাব ... (১২)

॥। ॥ ॥ ॥ ॥
শাবি লাউ লাউ চংসি লাউ (১২)

॥ ।॥ ॥॥ ॥॥। ॥॥
কল্লকুপ য়াম্মী কপ্পাউব য়াম্মী (১৮)

× × × × "

য়াম্নব শৈরেং অসি, অমুক মুম্ন কুপ্প রেংশিল্লবদি অহুগা মরিগুবা মাত্রা ১৮ গী পাদ অসিনা অহীগুব পাদ ওইহল্লগ অনীশুবা অসিন ( মাত্রা ১২ গী ) অহানব পাদ ওইহল্লগা, অহাবকা মাত্রা ১৫ গী পাদ

মরিশুবা পাদ ওইহল্লবদি, অহুগা মাত্রা ১২ গী অহুমশুবা পাদ অসিবুনা অহুম শুব ওইনা অসুম লেঙদন থল্লবদি কালিদাসনচিংবা কবিশিংনা চপ চানা পরিভাষা পীরম্লবা "আর্য্যাছন্দ" হায়বা অহুমক্নি। আর্য্যাছন্দগী

অহান্ব পাদদা মাত্রা —— ১২

অনীশুব „ „ —— ১৮

অহুমশুব „ „ —— ১২

মরিশুব „ „ —— ১৫।

অসুম হায়না লেপ্পরম্মি। মাসি ঈকায় কায়দনা মথক্ত ইরিবা, মীতৈ প্রাচীন কবিশিংগী শৈরেং অসিদা য়াওরি। পাদগী ক্রমত ওস্লোক্ ওন্‌শিন তৌরগা আর্য্যাছন্দ ওইগনি। মতৌ অসিগুম্না মাত্রিকছন্দবু বিধি কায়দন লেংব তমগদবনি। মীতৈগী অরিব শৈরেংশিংদা অর্য্যা-গীতি-উপগীতি ছন্দনচিংব মাত্রিকছন্দ শুনা লৈ।

## ( বৃত্তছন্দ )

করি করি পাদদ মাত্রা কয়া-কয়া লৈফম থোকই হায়বা শাস্ত্র নিয়ম কায়দন লেংব আর্য্যা-গীতি-উপগীতিনচিংব ছন্দগী পরিভাষা অহুগা পরিভাষাহুগী মতুং ইন্না অনৌবা অরিবা শৈরেং কয়াস্থ থুদমতগী মশক ওইনা, মাত্রিক ছন্দগী মতাংদ উৎখ্রে।

মাত্রাগী মশীঙ কায়ত্রবস্থ, মাত্রাগী মশীঙবু মরূ ওইনা য়েঙ্বা তৌদনা, গণ ( ময়েক অহুম অহুম শাব )গী বৃত্তি ( মরৈ-মওং )দ, লৈব অমদি লেংব শৈরেং অহুবু বৃত্তছন্দ হায়ন থঙনৈ। বৃত্তছন্দ অরাম্বদা পাদ খু'দংগী মাত্রা চপ চপ মান্নৈ। লঘুগুরু লারুবস্থ মথং মনাও কায়নবা য়াদ্রে। পাদ মরিমক গণ মওং-মশীঙ মান্নবদি

সমবৃত্ত, তংখাই-তংখাই মান্নরগা অর্দ্ধসমবৃত্ত অহুগা পাদ মরিমক অমত মান্নদ্রবদি বিষসমবৃত্ত কৌই। গণ মশীঙ-মওংগী মতুং ইন্না ছন্দ খুদিংগী মমিং তোঙাল তোঙান্না, পিঙ্গলাচার্য্যদগী হৌনা কবিশিংনা থোন্নরক্লি অসিগুম্ব বৃত্তছন্দগী মওদা লেংগা মীতৈকবিশিংগীদি শৈরেং য়াম্না তাঙিঙ। খুদম ওইনা হায়রবদা পাদ ( foot ) অমমমদা মগণ ( । ॥ ॥ — গুরু অহুম শাব ) অনী অনীগ গুরু ময়েক্ অনী অনী য়াওরবদি মাবু কালিদাসনচি‌ব কবিশিংনা "বিদ্যুম্মালা ( নোংথাং পরেং ) হায়না কৌই। অহুনদি, ছন্দ অসিদা ময়েক ( syllable ) নিপাল-নিপাল লৈব তারে। মরমদ গণ অনীগী ময়েক ওরুক ( ৩×২ ) অম, গুরু অনী হায়বতুগী ময়েক অনীগা নিপাল গুরে। অহুনা, অগুম্ন লৈব তারে :—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ম<br>॥ ॥ ॥ | ম<br>॥ ॥ ॥ | গ<br>॥ | গ<br>॥ | } অহান্বা পাদ |
| ম<br>॥ ॥ ॥ | ম<br>॥ ॥ ॥ | গ<br>॥ | গ<br>॥ | } অনীশুব পাদ |
| ম<br>॥ ॥ ॥ | ম<br>॥ ॥ ॥ | গ<br>॥ | গ<br>॥ | } অহুমশুব পাদ |
| ম<br>। ॥ ॥ | ম<br>॥ ॥ ॥ | গ<br>॥ | গ<br>॥ | } মরিশুব পাদ |

গণবৃত্তি ( গণগী লৈরিব মরৈ ) অসিগী মতুং ইন্না :—

॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
শক্লো লাক্লে প্রেমগী শৈশক্ ।
খোংলো য়ৈরো শারো থেক্লা ।
মাগী পুক্লীং কারো ওম্না ।
লাক্লিভৈদ থংলো কোয়না ॥

গণগী মওং—

| গ গ গ | গ গ গ | গ গ |
|---|---|---|
| শক্রোলা | ক্রেপ্রেম্গী | শৈখক্ |
| ম | ম | গ গ |
| গ গ গ | গ গ গ | গ গ |
| খোংলোরৈ | রোশারো | থেক্ না |
| ম | ম | গ গ |
| গ গ গ | গ গ গ | গ গ |
| শশীপূক্ | নীংকারো | চম্ না |
| ম | ম | গ গ |
| গ গ গ | গ গ গ | গ গ |
| লাক্লিরৈ | দাথংলো | কোয়্না |
| ম | ম | গ গ |

শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংদা মগণ অনী'নী গুরু ময়েক্ অনীনী য়াওবসি খক কায়দে। অদুগা পাদ খুদিংদা ময়েক (syllable) নিপাল, নিপাল, লৈবদ্ব খক কায়দে। মরম অদুনা শৈরেং অসিগী ছন্দ (খোঙচৎ) করিনো হায়রবদি "বিদ্যুন্মালা" হায়বনি। "বিদ্যুন্মালা" সূত্র (formula) দি :—

"মো'নী গো'নী বিদ্যুন্মালা"———অসিনি

অর্থ :— "মগণ অনী গ (গুরু) অনীন বিদ্যুন্মালা ওই।"

ছন্দ অসিদা মীতৈ শৈরেং লেংলবদ্ব, ব্যাকরণদা বিশেষ্য বিশেষণ (Noun-Adjective) হায়না মমিং (সংজ্ঞা) লৌবগুম্না "বিদ্যুন্মালা" হায়না কৌবদা অকায়বা লৈতে। হায়রিবা "বিদ্যুন্মালা" হায়বসিদি বৃত্তছন্দগী মরমদা ইবসিদা খুদম ওইনা হায় ইবতনি।

মথাদা ইরকদৌরিব অসিদি ছন্দশাস্ত্রগী মতুং ইন্না, ময়েক ( অমুক্তদ হায়দোকপ খোম্বোক-syllable ) অমতন পাদ অমমম শাবদগী হৌনা শৈরেং পুম্বগা মগং, পরিভাষা ( phraseology ), মমিং, খুদমশা উৎকদৌরবনি। লাইরিক অসিদা খুদম ( ।। ) অরূম্বা ( গুরু ), (—) বুনা অয়াংব ( লঘু ) নি হায়ন খঙগদবনি। মীতৈরোলগী শৈরেং শৈশক্ত চপ চানা শক্প য়াবা শাস্ত্রীয় ছন্দ খরগী সংজ্ঞা অমদি খুদম মথাদা ইরি :—

## ১। শ্রীছন্দ

পাদ মরিমক্তী অমমমদা গুরু ময়েক্ ( অরূম্ব খোম্বোক্— accented syllable ) অমমমত মরাওরবদি মাদুবু "শ্রী" ছন্দ হায়ন "ছন্দোমঞ্জরী" নচিংবা ছন্দগ্রন্থদা খঙনৈ-কৌনৈ। মাদুদি :—

নং- ……অহানব পাদ।

মা- ……অনীশুব ,,।

হায়্—…অহুমশুব ,,।

মু- …… মাংশুব ,,।

শৈরেং আসতবু, পাদ খুদিংগী গুরু ময়েক্তা য়াত্রা অনীনী অম্বা পীদুনা হুম্জিন হাঞ্জন শকপ য়াই। শৈরেংসি "শ্রী" কৌই। অদুম্ন লেংব শৈরেং মথৈগী ছন্দদি "শ্রী" কৌগনি। অসিগুম্বা :—

"ঐ — নং — লৈ — তে" হায়বসিমু শ্রীছন্দ'ন।

অর্থ :— সংসারদা ঐ— নং হায়ব খক্ লৈতে, মাদু খায়গনু।

——0——

## ২। স্ত্রীছন্দ

গুরু ময়েক অনী অনীনা হায়বদি অক্ষম্ব (অশাংব) স্বর য়াওব ময়েক্ (খোন্থোক-syllable) অনী অনীনা পাদ (foot) অমমম শারবদি শৈরেং অদুগী ছন্দ অদু "স্ত্রী" কৌই। মাহুদিঃ—

লাক্লে,.......... ।। ।।

রাধা .......... ।। ।।

য়োরে,.......... ।। ।।

কুঞ্জ। .......... ।। ।।

মথক্কী শৈরেং অসিগী পাদ অনমমদ গুরু নয়েক (syllable) অনী অনী য়াওই। মরিগুব পাদগী "কু" অসি তপ্পব ময়েক্কী মমাঙ্দ লৈবনা গুরুনি। "ঞ্জ" অসি পাদগী অরোইব ওইবনা "গুরু" নি হায়ন লৌব য়াই।

## ৩। নারী-ছন্দ

মগণ অমময় পাদ অমমম শাবা হায়বদি গুরু ময়েক খোন্থোক (syllable) অহুমহুম পাদ অমমম শারবদি, শৈরেং অদুগী ছন্দ অদু "নারী" হায়ন খঙনৈ।

।। ।। ।।
লৈপাক্লৈ! ...... ।। ।। ।।

।। ।। ।।
লৈরাংও! ...... ।। ।। ।।

।। ।। ।।
শাংহোরে ...... ।। ।। ।।

।। ।। ।।
নোক্হোরো।। ...... ।। ।। ।।

মথকী শৈরেংগী পাদ অমমম অসি মগণ অমমম্না হায়বদি গুরু ময়েক অহুমহুম্ন শাই। অহুনা শৈরেং আসিগী ছন্দ অসি "নারী" হায়-বহুনি।

## ৪। অক্ষরপঙক্তি

পাদ অমমমদা ভগণ অমগ গুরু অনীগ য়াওরবদি হায়বদি পাদ খুদিংগী অহানবা, মরিগুবা, মঙাগুবা ময়েক অদু গুরু (অরূম্বা) ওইরবদি, ছন্দ অদু অক্ষরপঙক্তি কৌই। মাদুদি :—

|| | | || ||
সুংশিমশক্তো, ...... || — — || ||

|| | |   || ||
কাউববু গুমদে। ...... || — — || ||

|| | |  || ||
হায়ুক রম্না ...... | — — || ||

|| | |  || ||
ফংগনি মাবু ...... || — — || ||

ময়েক্ (খোম্হোক-syllable) মঙানা পাদ অমমম্ শাব শৈরেং অসিগী পাদ খুদিং খুদিংগী অহানব, মরিগুব মঙাগুব ময়েক্‌শিং অসি গুরু (অরূম্বা) মক্তনি। অনীগুব-অহুম্ ময়েকশিংনা লঘু (অয়াংবা) মক্তনি। অহুনা ছন্দ অসি "অক্ষরপঙক্তি" হায়বহুনি।

## ৫। শশিবদনা

করিগুম শৈরেং অমগী পাদ (foot) অমমম্ অদু নগণ অমগ য়গণ অমগনা শারবদি হায়বদি, পাদ খুদিংগী অহানব, অনী-গুব, অহুমগুব, মরিগুব ময়েক্ (খোম্হোক-syllable) শিং অহুন

অমু ( অয়াংবা ) মক্ত ওইরগা মমৈথংবা "অনী অতুন গুরু ( অয়াবা ) ওইরবদি অতুগুম শৈরেং অতু কালিদাসনচিংব কবিশিংনা "শশিবদনা" কৌই। মাতুদি :— "শশিবদনা নৌ" অসুম, হায়ন সূত্র ( formula ) শেম্মি। মসিগী অর্থ দি "ন—য় অনীনা শশিবদনা ওই" হায়বনি।

খুদম :—

ক ল্ল র ব শ ক তো, ... ( — — — — ॥ ॥ )

উ জ ব দ মা গী, ... ( — — — — ॥ ॥ )

ক রি ম ম' তো প্পা, ... ( — — — — । ॥ )

নি গ চ ব শৈ ত্রে ॥ ... ( — — — — ॥ ॥ )

মথক্কী শৈরেং অসিগী পাদ অমমম অসি নগণ অমগা য়গণ অমগা গণ অনীন শাই। গণ অমমমদ ময়েক ( খোম্থোক syllable ) অহুম য়াওমতুনা মশাকবিনা, পাদ অমমমদ ময়েক তরুক তরুকতা য়াওরে। অসিগুম বিধানবু কারদন "শশিবদনা" হায়বহৈদ অমু লোপাদবনি।

## ৬। মদলেখা

ময়েক্ ( খোঙ্হোক syllable ) তরেৎ তরেৎন শাবা, অদুগী মনুংদা মরিগুব মঙাগুব অনী অদুভনা লঘু ওইরগ অতৈনা গুরু ওইবা, পাদ মরিগী শৈরেং অদু "মদলেখা" হায়ন কবিশিংনা খোলম্মি। হায়বদি পাদ অমমম্দা মগণ ( ।। ।। ।। ) অমগ, সগণ ( — — ।। ) অমগ, "গ" ( গুরু ) অমগ মথং মনাই নাইন কায়দন য়াওরবদি শৈরেং অদু "মদলেখা" কৌই। খুদম :—

ম স
।। ।। ।।— — ।। ।।
খঙ্লে মুম্ববু খঙ্লে। ... ।। ।। ।। — — ।। ।।

ম স
।। ।। ।।— — ।। ।।
মায়থোং য়েংবদ খঙলে। ... ।। ।। ।। — — ।। ।।

ম স
।। ।। ।।— — ।। ।।
'হেনবী লৈবদু ঐবু। ... ।। ।। ।। — — ।। ।।

ম স
।। ।। ।।— — ।। ।।
চৎপ্রো লৈজরু মাগা ।। ... ।। ।। ।। — — ।। ।।

মথক্তা শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংগী মরিগুবগা মঙাগুবগা ময়েক অনী-অনীসি নত্তনা অতৈদি গুরু ( অরূম্বা ) ময়েকমক্তনি। অদুগা পাদ খুদিংদা ময়েক ( খোঙ্হোক্ ) তরেৎ-তরেৎগুনি। অদুনা মাসি মদলেখানি।

## ৭। অনুষ্টুপছন্দ ( পদ্যছন্দ-শ্লোকছন্দ )

পাদ ( foot ) অমমম্দা ময়েক্ ( খোঙ্খোক syllable ) নিপাল-নিপাল য়াওরবদি মহৌশানা ছন্দ অসু অনুষ্টুপ হায়ন খঙৈ। অনুষ্টুপ, ত্রিষ্টুপ, জগতী, গায়ত্রী হায়বনচিংবসি বেদদা চংনব ছন্দশিংগী মমিং ঙাক ওইন তোঁ। অহুনা লৌকিকত আধুনিক সংস্কৃত কবিশিংনা মাসিবু "পদ্যচ্ছন্দ" নত্রগ "শ্লোকচ্ছন্দ" হায়ন কৌনৈ। মরমদি সংস্কৃত লোলগী গ্রন্থ অয়াম্বদ শ্লোক-পদ অয়াম্ব হায়রিব ছন্দ অসিদ ঙাক্ লেংনৈ।

অনুষ্টুপ, হায়বসি লঘুগুরু ( অনেম্-অরাং )গী ফম্ফম মথল-মথা য়াম্ন লৈবদগী, মথল-মমিং য়াম্না লৈ। অসুবু চাউরারু অসুগা মহৌশাগী ওইনা খঙনব লঘুগুরু ওইব ময়েকশিংগী ফম্ফমদি অসিনি :—

অহানব-অহুমগুব পাদগী তরেৎগুব ময়েক অসু অরুম্ব ( গুরু ) ওইগদবনি। অনীগুব-মরিগুব পাদগী তরেৎগুবসু অয়াংবা ( লঘু ) ওইগনি। পাদ খুদিংগী মঙাগুবনা লঘু, তরুকগুবনা গুরু ওই। অতৈ হায়ত্রিবশিংগীদ লঘুগুরু অসি ওইনিংবদা ওইব য়াই। অসুম্না কবিশিংনা হায়নৈ। মাসুদি :—

— ।। ।।
কয়িগী' চীক্পদা শাৎলি,
— ।। —
লৈরাং নংবু উজুংসিদা ?
— ।। ।।
ঙাইবয়া খোইমু-খাংজেংবা
— ।। —
য়ারক্ত লোম লোয়বু ?

মথক্ত ইরিব শৈরেং অসিগী পাদ অমমম্না ময়েক্ ( অমত ওইব খোম্বোক্ ) নিপাল-নিপালগী ভাক্তনি। পাদ খুদিংগী মওাগুব-তরুকগুব ময়েক্ অনী অনীসি মথংশীংনা লঘু অমদি গুরুনি। অহানব পাদগ অহুমগুব পাদগা অনীগী তরেৎ-তরেৎগুবসি গুরু ( অরূম্বা ) ওইরি। অনীগুব পাদগ মরিগুব পাদগ অনীগী তরেৎ-গুবগুবনা লঘু ( অম্নাংব ) ওইরি। মরম অদুনা শৈরেং অসিগী ছন্দসি অনুষ্টুপ্ হায়বদুনি। কবিনা "শ্লোক্-জাতী" দ পান্দমদুনা শৈরেংবনি। নির্মাণশৈলী ( mechanism ) অসি য়েংদনা পঙ্লেং লেংব ছন্দ নাইদব শৈরেং চাম লেংবদগী, নিয়ম নাইন অসুম্ন অমতং লেংবগী মূল্য ( value ) না শরুক লিশিং অম হেল্লি। উচ্চারণ লাম্ন শব্দ লিশিং অম ভাঙ্ববুদি উচ্চারণ চুম্ন ময়েক অমতংবু হায়দোকখিবনা স্বর্গ কানৈ হায়ন মহাভাষ্যকারন হায়রম্বনি।

## ৮। "পদ্যলক্ষণ"

পাদ খুদিংগী মওাগুবা, অনীগুব-মরিগুব পাদগী তরেৎগুব ময়েক্না লঘু ওইরবা, অদুগ তরুক গুবা ময়েক্না গুরু ওইরবদি ছন্দ অদু "পদ্যলক্ষণ" নি ; হায়বদি পদ্য ( শৈরেং ) অম ওইবগী লক্ষণন তিল্লবা হায়বনি। মাদুদি ঃ—

− ॥ —
শাচ্চহৌদন শাৎচহৌ,
— ॥ −
পুন্সি য়াম্দব খঙ্জহৌ
− ॥ —
লৈপাক্লে নংবু তাবরা ?
− ॥ −
লৈরাং নশক্ত উচ্চহৌ।

মথক্তা শৈরেং অসি পদ্যলক্ষণনি। অহান্‌ৱ অহুমশুব পাদগী মঙাশুব তরুকশুব ময়েক্তা লঘু গুরুগী মওংচপ মান্নবনি। অনীশুব-মরিশুব পাদগী অরেৎশুবশুবহুস্ন চপ্‌-চপ মান্নন লঘু ওইমিন্নরিবনি। পাদ খুদিংগী মঙাশুবনা লঘু, তরুকশুবনা গুরু ওইব হায়বহুস্ন ইকায় কায়দে। মীতৈ পেনা শক্‌পা অমদি খুল্লং ঈশৈ শক্‌পশিংনা লঘু গুরু কায়রবস্নু পদ্যলক্ষণগী লয় (ধরণ) অসিদদি তোয়ন শক্লে। লঘু গুরুগী কন্‌কম অমদি মাত্রানচিংব কায়রবস্নু শক্লরিব মথাগী মীতৈ শৈরেং অসি উরগ, অনুষ্টুপ্‌-পদ্যলক্ষণনচিংবগী ময়েক খোন্থোক্‌ মশীং-নচিংবগী নিয়মদি য়ারিমখৈ কায়দনব মীতৈকপি-পেনাগী ওবাশিংনা মমাঙৈদগী হোৎনরক্কই হায়বসি খঙ্‌ব-উব ফংই।

হুমিদাংরাইগী কান্দুদা
হুমিৎন চীংয়া থাংবদা —।
চীংয়া খেঙ্গোন্‌ লাংবদা
তম্‌য়ান কোয়ী চেন্‌বদা
মচা ঈবেম্ম খোইবীনা
য়াঙ্গোই শঙ্গোলগী মথক্তা

× × × ×

× × × ×

আসনচিংব শৈরেং অসি, ময়েক্‌ (খোন্থোক্‌-syllable) নিপাল নিপাল পাদ,শাব অনুষ্টুপ্‌-পাদ্যলক্ষণনচিংব শাস্ত্রীয় ওইব শৈরেংগী মওংমক্তনি। তারতকী অতৈ কবিশিংনা লেপ্পব লঘুগুরু কন্‌কম্‌গদি মান্নদে।

## ৯। "মানবকক্রীড়তকম"

পাদ অমমম্দ ভগণ অমগ, ভগণ অমগ, লঘু অমগ, গুরু অমগ মথং-মথং কায়দন য়াওরবদি, হায়রবদি পাদ খুদিংগী অহান্বা মরিশুবা, মঙাশুবা অহুগ অরোইব ময়েক্ক গুরু ওইরবদি ময়েক্-খোঙ্খোক নিপালগী শৈরেং অহু কবিশিং অয়াম্বনা "মানবকক্রীড়তক" হায়না কৌই। শৈরেং অসিগী খোঙ্চৎ (ছন্দ)না মাত্রাগী মতুং ইন্না চোংচোংনা লাকপহু অঙাংশিংনা শান্নহুনা চোংব মাঙ্গি হায়হুনা "মানবকক্রীড়" অমুম হায়না কৌই।

```
॥ — — ॥  ॥  — ॥ ॥
কুংলবশম, ঙোরবয়া,

॥  - - ॥   ॥   — ॥ ॥
ঙাঙ্লবচীন্ বান উবদা,

॥ - - ॥ ॥  — ॥ ॥
ময়ব পুক্লীংসিদম্হু,

॥  — — ॥ ॥  — ॥ ॥
ঙাল্লরি শক্তো ফজবা।
```

মথক্কী শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংমক্ ভগণ (॥ — —) অমগ ভগণ (॥ ॥ —) অমগ অহুগা লঘু অমগ গুরু অমগনা শাই। হায়রবদি পাদ মরিমক্কী মওং—

```
॥ — —   ॥ ॥ —   — ॥
॥ — —   ॥ ॥ —   — ॥
॥ — —   ॥ ॥ —   — ॥
॥ — —   ॥ ॥ —   — ॥
```

অসিনি।

শৈরেং অসিগী ভাবাথদি "মহাক্কী মুরব শম, ভৌরব য়া, ভাঙলব চীন হায়রবদি অমুবগা, অভৌবগা, অভাঙবগ মচু অহুম অসিন পুম্নগ মাগী মায়থোংদা উবদা মন্নব (মুরবা) থম্মোয়দা, ফজরব-মক্ত্রবা (ভৌরবা) মুৰ্ত্তিনা ভাল্লরে (ভাঙ্গাঙননা হাইদোক্লরে) হায়বনি।

## ১০। নগস্বরূপিণী।

পাদ ( foot ) খুদিংগী শি-থোকপ ময়েক ( খোম্বোক্-sylla-ble ) হায়বদি অনীশুবা, মরিশুবা, তরুকশুবা, অহুগা নিপালশুবা ময়েক্লা গুরু ( অরাস্ব অশাংবা ) ওইরবদি ছন্দ অমু "নগস্বরূপিণী" কৌই। মসি ময়েক খোম্বোক্ নিপাল-নিপান্ন পাদ অমমম্ শাই।

।　।　।　।
নশক্ নমিংবু তাক্কনা

।　।　।　।
ভুমিগ্ন লেপ্লিবী মুজা!

।　।　।　।
নশুং নমাম্নবী কনা

।　।　।　।
অচীকপদ বুঙাইবগে?

×　×　×　×
×　×　×　×

—।।　—।।　— ।।　— ।।
মথং মথং খজিক্ খজিক্

— ।।—।।　—।। —।।
মতৌরগা মফং গনী।

— ।।　—।।—　।।　—।।
মরীক, মরীক্ল লাই অগী

—।।— ।।—।।　—।
মপেন খন্নিদো চক্‌।।

মথক্কী শৈরেং মতেকশিং অসিগী পাদ খুদিংগীময়েকশিং অসি চঙ-থোক্পমথৈন লঘু (অয়াংবা) নি, শিথোকপ মথৈনা গুরু (অরাম্বা) নি। অদুগা ময়েক্ খোঙ্গোক নিপাল নিপায় শাই। অদুনা ছন্দ অসি "নগস্বরূপিণী" হায়বনি।

## ১১। তনুমধ্যা

শৈরেংগী পাদ অমমম্দ তগণ ( ॥ ॥ — ) অমগা, য়গণ ( — ॥ ॥ ) থংন থংন য়াওরবদি, হায়বদি পাদ অমমম্দ "গুরু-গুরু-লঘু, লঘু-গুরু গুরু অসুম্ন ক্রম কায়দন য়াওরবদি, মসিগী মতুং ইন্ন চপ চান চংলকপ খোঙথাং অদু "তনুমধ্যা হায়ন কবি কালিদাস-নচিংবন কৌনরম্মি। গণ অনী অনীতন শাবনা পাদ অমমমদ ময়েক্ তরুক তরুকত য়য়াওই।

॥ ॥— —॥ ॥ ॥ ॥— — ॥ ॥
তারেদনতা লাক্রে'সিদ খোঙ্গেল্।
॥ ॥ — — ॥ ॥ ॥ ॥ — — ॥ ॥
থম্মোইদসু লাক্রে, নাকোংদসু লাক্রে।

॥ ॥ — — ॥ ॥ ॥ ॥— — ॥ ॥
নাকোংদদি বাঁশী, খোঙ্গেস্তনি লাক্পা।
॥ ॥ — — ॥ ॥ ॥ ॥ — — ॥ ॥
থম্মোইদদি চেংলো—খোঙ্গেলহুসু লাক্রে।

মথক্কী শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংগী মওং অসি

॥ ॥ — — ॥ ॥
॥ ॥ — — ॥ ॥
॥ ॥ — — ॥ ॥
॥ ॥ — — ॥ ॥

অসিনি।

মকোক্ মতোল অনীদ গুরু অনী অনী য়াওরগাময়ায়দা লঘু ( অয়াংব-অপীকপা ) অনী অনীনা য়াওবনা ময়ায়চেংবী ( খাজেংবী-তনুমধ্যা ) হায়না কালিদাস মশামক্না ছন্দ অসিগী মমিং "তনুমধ্যা" হায়না থোন.খি।

## ১২। বিদ্যুন্মালা

পাদ খুদিংদা মগণ ( ।। ।। ।। ) অনী-অনীগ গুরু ময়েক অনীগ য়াওরবদি হায়রবদি ময়েক, নিপালমক গুরুমক্ত ওইরবদি ছন্দ অসি "নোংথাংপরেং" গুম্মি হায়রদুনা কবিশিংন বিদ্যুন্মালা হায়না থোল্লি।

তাম্না কৌবী চেক্লা নংসে
পামেল্ থক্তা লৈরে খঙ.দে।
নোংদোম্থক্তা লৈরে খঙ.দে।
তাম.-তাম্ খোঞ্চেন্দো তায়. তাম্না ।। ১ ।।

পাদ খুদিংদা গুরু ময়েক্ ভাক্তনা লেংবনা শৈরেং ছন্দ অসি বিদ্যুন্মালা কৌই।

## ১৩। চম্পকমালা

পাদ অমমম্‌দ ভগণ অমগ গুরুময়েক অনী অমীগা য়াওরবদি হায়বদি গুরু লঘু লঘু গুরু গুরু ( ॥— — ॥ ॥ ) অমুম্ন খোঙচৎ ওইরবদি ছন্দ অদু "চম্পকমালা" হায়ন কৌনৈ। "চম্পকমালা" হায়রিবসিমক গুরু লঘু লঘু গুরু গুরু ( ॥— — ॥ ॥ ) হায়বদুমক্‌

॥ — — ॥ ॥
ওইরে, হায়বদি চ ম্প ক মা লা অমুম্ন ঈকায় কায়রে। অদুনা অসিগুম্না শৈরেং খোঙ্‌চৎ মখৈ কালিদাসনচিংবনা "চম্পকমালা" হায়ন কৌনখি।

॥— — ॥ ॥ ॥ — — ॥ ॥
মল্লবনাচোম, মুংশিকনাগী
॥— — ॥ ॥ ॥— — ॥ ॥
চিল্লিবগেনে, হায়ুবঙীতা।
॥ — — ॥ ॥ ॥— — ॥ ॥
লৈবুদিলৈমম্‌, চল্লিদি খঙ্‌লে।
॥ — — ॥ ॥ ॥— — ॥ ॥
মুংশিব মাদি, নৌদন' ছুম্‌লৈ।

অসিগুম্ন লঘু গুরু ময়েক্‌ মথং মনাও কায়দন লাকপা ছন্দ অসিবু
॥— — ॥ ॥
"চম্পকমালা" হায়ন খোন্‌ব অসিগুম্ন মীতৈরোন্দা "মল্লবনাচোম্‌" হায়ন খোনব য়াই।

## ১৪। মণিবন্ধ

পাদ খুদিংমক্‌ ভগণ অমগ, মগণ অমগ, সগণ অমগ অদুম্ন অসিম মথং মনাও নাইন শারবদি হায়বদি ॥— — ॥ ॥ ॥ — — ॥

ওইরবদি হায়বদি অহানব, মরিশুব, মঙাশুব তরুকশুব অহুগা অকোনব ময়েক্কা ( মাপলশুবনা ) গুরু ওইরবদি ছন্দ অদু কবিশিংনা মণিবন্ধ হায়না কৌই।

॥ – –   ॥ ॥   ॥– –  ॥
মীচ্চন হাইরপ য়েংবদ ঐ

॥ – –   ॥ ॥   ॥ – –  ॥
কাউববু ঙমদে মুংশিমশক্।

॥ – –   ॥   ॥ – –  ॥
মুংশিব বাঁশী, খোংবমশক্

॥– –   ॥ ॥   ॥——॥
মম্লব থম্মোয়্ মুংদগুরে ॥

মথকী শৈরেং অসিগী পাদ ( foot ) খুদিংগী মওং অসি

॥ — — ॥ ॥ ॥ — — ॥
॥ — — ॥ ॥ ॥ — — ॥
॥ — — ॥ ॥ ॥ — — ॥
॥ — — ॥ ॥ ॥ — — ॥

আসনি।

অদুনা শৈরেং অসিগী খোঙচৎ ( ছন্দ ) অসি "মণিবন্ধ" হায়বনি।

## ১৫। শালিনী।

পাদ অমমম্‌দা মগণ ( ॥ ॥ ॥ ) অমগা তগণ ( ॥ ॥ — ) অমগ গুরু ময়েক অনী অনীগনা মথং মনাও কায়দন য়াওরবদি হায়রবদি পাদ খুদিংগী তরুকশুব মাপলশুব ময়েক অনীতনা লঘু ওইরগ অতৈন। গুরু ঙাক্ত ওইরবদি ছন্দ অদু "শালিনী" কৌই।

অহুনা পাদ খুদংগী মওংদি :—

। । । । । — । । — । ।

। । । । । — । । — । ।

। । । । । — । । — । ।

। । । । । — । । — । । অসিনি।

মাহুদি :—

। ।। । ।  । —  । । — । ।।
"ঐগী-মাগী,— থায়্ব" পূক্চেল্ সিমক্পু

। । ।। ।  । —  । ।  — । ।।
থাদোক্লকপা, ওম্ব মীদো খুদক্তা

। । । ।  । — ।।  । —  । ।
থম্মোয়ন্নুংদা, পেঞ্জনা ফংঙি মাদো

। । । ।।  । — । ।  — ।। ।।
রাত্তে মাগী, লৈরি লন্দো। অপূম্বা॥

মথক্তা হায়খ্রিব লঘুগুরুগী গতিগী নিয়ম অসি কায়দবনা ছন্দ অসি "শালিনী" হায়বহুনি।

## ১৬। ইন্দ্রবজ্রা

পাদ ( foot ) অমমম্দা তগণ ( ।। ।। — ) অনীগা জগণ (—।।—) অমগ গুরুময়েক্ অনীগ য়াওরবদি হায়বদি—অহুম্গুবা, তরুক্গুবা, তরেৎগুবা, মাপলগুবা ময়েক্ লঘু ( অতেন্‌ব-অয়াংবা ) ওইরবদি ছন্দ অহু "ইন্দ্রবজ্রা" হায়না কৌই। মঙাগুবা-তরুক্গুবা ময়েক্ত ওহাক্-ওহাক্ বিশ্রাম তৌগনি। অহুনা, হায়রিবা নিয়ম

অসিনা পাদ খুদিংদা ময়েক খোঙ্থোক্ ভরামাথোই-ভরামাথোই লৈব তারে। অচুনা, পাদ খুদিংগী লঘু গুরুগী মওংদি :—

"।। ।।— ।। ।।— —।।— ।। ।।" অসুম্না ওইগনি।

মাচুদি :—

।। ।। — ।। ।। —— ।।— ।। ।।
লাক্লে মথোন্সে, সিদ মান খোংবা

।। ।।— ।। ।। —— ।। — ।। ।।
বংশীনি খঙ্লে, চুবু হায়্ব ভম্দে।

।। ।। —।। ।। —— ।। — ।। ।।
লম্দম্ কলাইদা, চুদি খোংব খঙ্দে।

।। ।। —।। ।। —— ।। — ।। ।।
থম্মোয়্-উমংদা, চুসু খোংব য়াইদে। ।।

মথক্তা হায়খিবা লঘু গুরুগী অমাদ যতি (Pose) নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না কায়দন লেংবনা শৈরেং অসিগী ছন্দ অসি "ইন্দ্রবজ্রা" হায়বনি।

## ১৭। উপেন্দ্রবজ্রা

পাদ (foot) খুদিংমক্ত মথং মনাউ কায়দন জগণ (—।।—), তগণ (।। ।। —), জগণ (— ।। —), গ-গ (গুরু ২) অমুম্না লান্নবদি হায়রবদি মথক্তা হায়খিব "ইন্দ্রবজ্রা" হায়বা ছন্দচুনা পাদ খুদিংদা অহান্বা ময়েক্ অচু লঘু (অয়াংবা) ওইনা লৈখ্রবদি, ছন্দ অচু "উপেন্দ্রবজ্রা" কৌখ্রে। মাচুদি :—

— ।। — ।। ।।—— ।।— ।। ।।
মথল্ মথা য়াম্নব শাস্ত্রশিংবু,

—।।— ।। ।।— —।।— ।। ।।
অভব মীশিংভ নহৈব কৌদে।

—॥ —॥॥— —॥— ॥ ॥
হিদাক্ মমিংমক্ত মশোল্লু য়েংঙু।

—॥— ॥ ॥ ——॥— ॥ ॥
অনাব কোক্তে ফবমক্ত য়াদে।

## ১৮। উপজাতি

অহানব-অহুম্গুব পাদনা ইন্দ্রবজ্রাগীন ওইরগা, অনীগুব-মরিগুব পাদনা উপেন্দ্রবজ্রাগীনা ওইরগা শৈরেংলবদি শৈরেং অদুগী ছন্দ অদু উপজাতি কৌই। মাদুদি :—

॥ ॥— ॥ ॥— —॥ - ॥ ॥
মাগীনি মাগীনি মখোন্সি শোয়্দ্রে।

—॥ - ॥ ॥— —॥— ॥ ॥
প্রমান্দি ঈতাসিবু নত্র বোইদি।

॥ ॥ · —॥॥-- ॥ - ॥ ॥
থম্মোয়্ লকান্নুংসিদ মাবু কায়্ন—

—।· — ॥ ॥ · · ।· — ॥ ॥
অরা-ইপোম্স্নুক্ করি হৌনি হায়্

মথক্কী শৈরেং অসিগী অহান্বগা অহুমগুবগা পাদ অনীসিনা চপ্-চপ্ মান্নন ইন্দ্রবজ্রাগীন ওইরগ অনীগুব-মরিগুব পাদনা চপ্-চপ্ মান্ননা উপেন্দ্রবজ্রাগীনা ওইরি। অদুনা ছন্দ অসি উপজাতি অমুম্ হায়না কালিদাসনচিংব কবিশিংন কৌনৈ।

## ১৯। আখ্যানকী

অহান্‌ব পাদ ( foot )ন ইন্দ্রবজ্রা ( । । — । । — — । — । । ) ওইরগ লেমহৌব পাদ অহুম উপেন্দ্রবজ্রা ( — । — । । — — । — । । ) ওাক্ত ওইরবদি ছন্দ অদু কালিদাসনচিংবনা "আখ্যানকী" হায়ন কৌনখি। মাদুদি :—

।। ।। — ।। ।। — — ।। — ।। ।।
তাখো হতাশা, করিনো মখোন্‌সে।

— ।। — ।। ।। - - ।। - ।। ।।
মহাক্লি শোয়্‌ত্রে, যমুনা — মপান্দা।

- ।। - । ।। - - ।। - । ।।
মতম্‌দি চাদে, অদুমকৃপু চৎসি

- । - ।। ।। - - ।। - ।। ।।
উহৌসি মায়্‌খোংদদি থাজ মাগী।

শৈরেং অসিদা অহান্‌ব পাদ অসিনা "ইন্দ্রবজ্রা"গীনা ওইরগ, পাদ অহুম "উপেন্দ্রবজ্রা"গীনা ওাক্ত ওইরি অদুনা শৈরেং অসিগী ছন্দসি "আখ্যানকী" হায়বদুনি।

## ২০। হংসী

পাদ খুদিংগী অহান্‌ব ময়েক্ মরি-মরিন-গুরু ( অশাংব-অয়াব ) মক্ত ওইরগ, মথংগী ময়েক্ মঙা-মঙান লঘু ( অতেনব-অয়াংব ) মক্ত ওইরবদি শৈরেং অদুগী ছন্দ অদু "হংসী" হায়না কাবশিংনা খোয়ে।

অকোন্ব ময়েক্তি লোইন গুরু ওইগনি। শক্প-পাব মতম্দা, মরি-শুবগ তরুক্শুবগদ বিশ্রাম্ ঙহাক্-ঙহাক্ ওইগনি। মাসি অসি মীতৈ শৈরেং শৈশক্ত য়াম্ন চূনব ছন্দ অমনি।

মায়্থোং মাগী, ঊদবদস্ত ঐ
লৈকম্ খওদে, করিস্থ অহুদা
পূক্লীং ফাজে মঔথিগনিদা
হায়্না হিংজৈ অহুতনস্থ ঐ

শৈরেং অসিদা পাদ খুদিংদ গুরু মরি-মরিগী মতুংদ লঘু মঙা-মঙা, অহুগা অরোইবদ গুরু ময়েক্ অমমম্ লাক্ই। অহুনা, মাসি "হংসী" হায়রব ছন্দহুনি।

## ১২। দোধক-ছন্দ

পাদ অমমম্দা ভগণ ( ।। — — ) অহুমগ গুরু ময়েক্ অনীগ য়াওরবদি, হায়বদি অহান্ব, মরিশুব, তরেৎশুব, তরাশুব অহুগ অরোইব ময়েক্ গুরু ওইরবদি শৈরেং অহুগী ছন্দ অহু দোধক হায়রবহুনি।

তপ্পবু লৈনবু শকুন শারী।
য়েংহুন কৃষ্ণবু মীচ্ছিন হাইরপ্
থক্চরি পেন্ববু লৈতন মায়থোং-

। - - ।। - - ।।— — ।। ।।
থাজ মঙানদুবু মীচ্চিগি * নোংঙিল্ ।।

## ২২। স্বাগতা

পাদ অমমম্দ রগণ (।—।) অম, নগণ (— — —) অম, ভগণ (। — —) অম অদুগ গুরু অনী মথং মনাও কান্নন য়াওরবদি শৈরেং অদুগী ছন্দ অদু "স্বাগতা" কৌই। "স্বাগতা" (। — ।) হায়রিবা য়াহৈ অসিমক্ রগণগী মওং (গুরু লঘু গুরু)দ লৈরি।

- ।। - ।। - - - ।। — — ।। ।।
খঙ্জরে ঙসিদগী, উবিহৌরো।

।। - ।। - - - ।। - - ।। ।।
লোংচরোই করিমতা, নিজনীঙ্দে।

।। - ।। - - - ।। - - ।। ।।
নংবু পেয়নবতা নিজগে ঐ।

।। - ।। - - - ।। - - ।।।
নংবু কাউ নবতা, পিনহৈয়ু।।

---

* মমাঙৈদগী মীতৈরোন্দ "গী" হায়ব বিভক্তি অসি দীর্ঘ "ঐ" মক্তগা ইনরক্নি। খোন্থোক্ তেন্ন হায়দোকপা মতম্দসু "ঐ" অদুম মতম্নি। বু-দি-সু অসিনচিংবদদি দীর্ঘ স্বর অমত্তা শুপাত্রগ "গী" তদ দীর্ঘ স্বর (ঐ) লৈরিবসি লাল্লি। গদ্যদা ইনরবসু পদ্যদদি খোন্থোক-খোন্থোকী তেনূব-শাংবগী মতুং ইন গী-গি অনীমক্ শীজিন্নব য়াই।

মথক্ত হায়খি্রব পরিভাষা অসিগী মতুং ইন্না শৈরেং অসিগী ছন্দ অসি "স্বাগতা" হায়বনি। মীতৈগী শৈরেং শৈশক্তা য়াম্না চুনবা ছন্দনি।

## ১৩। বৈশ্বদেবী

পাদ অমমম্দ মগণ ( ɪ ɪ ɪ ) অনী, য়গণ ( — ‖ ‖ ) য়াও-রবদি হায়রবদি তরেংশুব তরাশুব ময়েক্লা অয়াংব-অতোন্ব ওইরবা অদুগা, মশুাশুব তরেংশুব ময়েক্তা বিরাম ( ঙহাক্ ঙহাক্ লেপ্‌ক্ম্‌ ) ওইরবদি কবিশিংন ছন্দ অদুবু "বৈশ্বদেবী" হায়ন কৌই। বংশী খোঙ্গেল্ তাবদ রাধানা :—

‖ ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ — ɪ ɪ — ‖ ‖
তারে বংশীখোঙ্গেল্ কদম্‌থক্ত মাগী

‖ ‖ ‖ ‖ ɪ ‖ - ‖ ‖ - ‖ ‖
থম্মোই লাও তক্‌হন্‌বা মতম্‌ ওইরমাল্লে!

‖ ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ — ‖ ‖ — ‖ ‖
লৈঙম্‌দেদা ঐদো মিকুপ্‌মক্ত ঙংনা

‖ ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ -- ‖ ‖ - ‖ ‖
হায়রো'চাবী ঙৈতা করম্ তৌনখোক্নি

মকম্ অসিদা, মথক্তা হায়খিবা পরিভাষা অসিগী মতুং অসি-শুব শৈরেং অসিগী ছন্দ অসি "বৈশ্বদেবী" হায়না কবিশিংনা কৌনৈ।

## ২৪। তোটক

পাদ মরিমক্ সগণ ( — — ।। ) মক্তন লেংলবদি হায়রবদি অহুম্-অহুম্শুব ময়েক্তনা গুরু ওইরগা অতৈনা লঘু (অয়াংব-অতেন্‌বা) ওইরবদি ছন্দ অদু কবিশিংনা "তোটক" হায়রনা কৌনৈ ।—

— — ।। — — ।। — — ।। — — ।।
উজনীংদবদো, উরুরে ওসিদি

— — ।। — — ।। — — ।। — — ।।
উবগা উখিরে, করিনুংদবু ঐ

— — ।। — — ।। — — ।। — — ।।
উজনীং দবদো, উবনো উদনা

— — ।। — — ।। — — ।। — — ।।
করিতো গদগে'সিদি খঙ্জদরে ।

ময়েক্ অহুম্‌হুম্‌শুব নক্তনা অতৈদি লঘু ময়েক্‌মক্ত ওইবনা অসিগুম্ব ছন্দবু কবিশিংনা "তোটক" হায়রন কৌনৈ । মীতৈ-শৈরেং শশক্ত য়াম্ম চৎনরা ছন্দ অমনি ।

## ১৫। ভুজঙ্গপ্রয়াত

পাদ অমমম্‌দা য়গণ ( — ।। ।। ) মক্তনা মথং মথং লৈথখবদি, ছন্দ অদু "ভুজঙ্গপ্রয়াত" হায়রন ছন্দশাস্ত্রদা খঙ্‌নৈ ।

- || ||- | || -|| | -|| ||
মহোশান মাগী স্নমাগী স্নসেবা

-|| | -||| -|| || -||||
নপুন্সী বৃচূপ্পা মতৌগে স্নখল্লু।

-|| || - ||| -|- -|| ||
নশাগী স্নখল্হৌ ময়াম্গী স্নতৌহৌ

-| || -|| || -|| |' —|| |
মপোক্কী মথৌদো 'সিমক্লে' সিধাজৌ।

অহান্ অহান্ব ময়েক্কুন লঘু ওইব য়গণতনা লেংবনা ছন্দ অসি "ভুজঙ্গপ্রয়াত" হায়বহুনি।

## ২৬। দ্রুতবিলম্বিত

পাদ অমমম্দা নগণ ( — — — ) অম, ভগণ ( || — — ) অনী অহুগ রগণ ( || — || ) অমনা মথংশীৎন লাক্লবদি হায়বদি মরিশুব, তরেৎশুব অহুগা তরানিথোইশুব ময়েক্লা দীর্ঘ ( অশাংবা-অক্লম্ব ওইরবদি ছন্দ অহু "দ্রুতবিলাম্বিত" হায়ন কৌনৈ।

-—-|| —— || ——||— ||
করিদগী ভসি ঐন মহাক্তুবু,

---|| --|| - -||—||
টকন্নবা উজনীংব মহাক্তগী

— - - ॥ - -  ॥ - - ॥ — ॥
উরুত্রবা ফল কুইখুব শক্তুবু

- — -  ॥ - -  ॥ - -  ॥ - ॥
ওসিদ নৌনবু নৌরব শক্তুবু।

মথক্ত হায়রিব পরিভাষা অসিগী মতুং ইন্না শৈরেং অসিগী ছন্দ অাস "দ্রুতবিলম্বিত" হায়রবছনি। মীতৈ শৈরেং শৈশকা য়াম্ন চুনরবা ছন্দ অমনি।

## ২৭। হরিণীপ্লুতা

অনীশুব মরিশুব পাদন দ্রুতবিলম্বিতগী পাদগ মান্নরগ অহান্‌ব-অহুম্‌শুব পাদদঁদি মরেক্ তরামাথোইন লেংলগা অহুম্-অহুম্‌শুবা মরেকা দীর্ঘ (অশাংবা-অরুম্বা) ওইরবদি, শৈরেং অদুগী ছন্দ অদু "হরিণীপ্লুতা" হায়ন খঙ্‌নৈ।

॥ ॥ ॥
১ উবিরো ওসি লোচ্চরক্লোই ইরাল্।

- - -  ॥ - -  - - -  ॥ - ॥
২ উদব মংনবু খঙ্‌গনি লৈ করি।

॥ ॥ ॥
৩ উরি ঐন নহাকুম উরেহ্না

- - - ॥ - - - - -  ॥ - ॥
৪ উরিবলো উদরে অসি "ঐ"নদি॥

শৈরেং অসিগী অনীশুবগ মরিশুবগ পাদ অসি দ্রুতবিলম্বিতনি। মরেক্ তরানিথোইনি। মসিদা অহান্‌বগ অহুম্‌শুবগ পাদ অনীসিদা

তরামাথোই-মাথোইনি। অহুম্-অহুম্ শুব ময়েক দীর্ঘনি। অদুনা ছন্দ অসি "হরিণীপ্লুতা"নি।

## ২৮। বংশস্থা

পাদ অমমম্দা জগণ ( — ।। — ), তগণ ( ।। ।। — ), জগণ ( — ।। — ) অমুগা রগণ ( ।। — ।। ) ন মথং মথং লাক্লবা, অদুগ শৈরেং অদু ময়েক্ তরানিথোইনা লেংলবা, অদু ওইরবদি শৈরেং অদু "বংশস্থা" হায়রবদুনি। ছন্দ অসি মীতৈ শৈরেং শৈশক রাক্ল চুনৈ।

জ ত জ র
— ।। — ।। ।। - - ।। - ।। - ।।
তনৌ তনৌ থোংলিব নংবু কৈদনো?

জ ত জ র
- ।। - ।। ।। - — ।। ।। ।। - ।।
নশক্ উহন্দেদুগ ভায় নখোন্দদি।

জ ত জ র
— ।। - ।। ।। - - ।। - ।। - ।।
অশেম মাগীম্ মতৌবু তম্বরা?

জ ত জ র
- ।। - ।। ।। - - ।। - ।। - ।।
মভাকুউ ভায়া করিনোদু হায়ুবা

জগণ—তগণ—জগণ—রগণ—গণশিং অসিনা মথং মথং লাক্পনা অদুগা ময়েক্ তরানিথোই-নিথোই শাবনা ছন্দ অসি "বংশস্থা" হায়রবদুনি।

## ২৯। ইন্দ্রবংশা

পাদ অমমম্‌দা তগণ ( ॥ ॥ — ) অনী, জগণ ( — ॥ — ) অম, রগণ ( ॥ — ॥ ) অম য়াওরবদি হায়বদি "॥ ॥ — ॥ ॥ — — ॥ — ॥ — ॥" অসুম লৈরবদি শৈরেং অদু "ইন্দ্রবংশা" হায়না কবিশিংনা কৌই।

ত ত জ র

॥ ॥ — ॥ ॥ - - ॥ - ॥ - ॥
চীঙ্‌ংথক্ত যৈরকপদ তাবগুম্‌ মপৈ

॥ ॥ — ॥ ॥ - - ॥ - ॥ - ॥
মুংশিংনা লৈগী কজবা বসন্তদা

॥ ॥ - ॥ ॥ — - ॥ - ॥ - ॥
গোপী ময়াম্‌ মক্তুন চাইব লৈ ময়াম্‌

॥ ॥ - ॥ ॥ - - ॥ - ॥ - ॥
গোবিন্দ মায়থোংদুদ তাখ রে মপৈ

শৈরেংবদা, মথক্ত হায়রিব পরিভাষা অসিদ তাক্লিব মচাক্‌শিং অসি সুনা য়াওবনা অসিগুম্ব শৈরেং অসি "ইন্দ্রবংশা" হায়না কালিদাসনচিংবা কবিশিংনা কৌনরম্মি।

## ৩০। বসন্ততিলক

পাদ অমমম্‌দা তগণ ( ॥ ॥ — ) অম, ভগণ ( ॥ — — ) অম, জগণ ( — ॥ — ) অনী অদুগা গুরু অনী মথং মথং য়াওরবদি হায়বদি পাদ খুদিংমক্তী অহানবা, অনীশুবা, মরীশুবা, নিপাল্‌শুবা

তরামাথোইগুবা অহুগা তরামরিগুবা ময়েক্ অহুনা গুরু (অশাংব অরুম্বা) ওইরবদি শৈরেং-ছন্দ অহু ছন্দশাস্ত্রদা মরু ওইনা ফাওরিবা "বসন্ততিলক" হায়রবহুনি। ছন্দ অসি মীতৈ-শৈরেং-শৈশক্ত য়ামনা চুনবা অমনি।

ত ভ জ জ গ গ

॥ ॥ — ॥ — — — ॥ — — ॥ — ॥ ।
লৈরাং কয়া, ফজন শাংলি, উমং মমুংদা

॥ ॥ — ॥ — — — ॥ ॥ — ॥ — ॥ ॥
লৈহী বু চুপ্ চনব পাইর রি খোইমু শিংনা

॥ ॥ — ॥ — — — ॥ — — ॥ — ॥ ॥
লৈরাং মনমু পুরি লাপ্প বু তপ্প-তপ্পা

॥ ॥ — ॥ — — — ॥ — — ॥ — ॥ ॥
মা লংব না মলয় চীওদ্ গি লাক্ল-লাক্লা॥

পাদ মরিমক ত—ভ—জ—জ—গ—গ ওইবনা বসন্ততিলক ওইরে।

## ৬১। মালিনী।

পাদ অমমম্দা নগণ ( — — — ) অনী, মগণ ( ॥ ॥ ॥ ) অম য়গণ ( — ॥ ॥ ) অনী য়াওরবদি হায়রবদি পাদ খুদিংদা অহানব ময়েক্ তরুক্লা লঘু ( অয়াংব-অতেন্‌ব ডাক্ত ওইরগ অতৈনা গুরু ওইরবদি ছন্দ অহু ছন্দশাস্ত্রদা মালিনী হায়ন খঙনৈ।

ন ন ম

ফ জ ব ন ক রি কা মৈ, মুং দি নুং গুম্ দি ক রে

উ ব ন মু করি তৌ নৈ শক্ ম ঙং ম ক খ ঙিও

ফ জ ন ব মু ম হোৎ নৌ, নং ন মুং পাল্ অ নী মক্

অ ছু বু ফ জ ব হায়্ নৈ, শিং বশিংনা জ গ ত্তা

"মালিনী" হায়বছুগী মচাক রাত্তন য়াওবনা ছন্দ অসি মালিনী হায়বছুনি।

## ৩২। হরিণী।

পাদ অমমম্দা নগণ (— — —) অম, সগণ (— — ।।) অম, মগণ (।। ।। ।।) অম, রগণ (।। ।।) অম, সগণ (— — ।।) অম, মমৈদা লঘু অমগ গুরু অমগা মথং মথং কারদনা লাক্লবদি ছন্দ অছু "হরিণী" হায়না কবিশিংনা কৌনৈ।

ন স ম র স

ক জ র ব ন শক্ মাদো, লৈরোক্ ম ... থ র দং ত নী।

ব স

ক জ র ব ন মুম্ মুম্ জাও, হং খোল্ মতম্ থ র দং ত নী।

ক জ র ব সগোল্ শল্রাম্ লন্ পৈ, মতম্ খর দং ত নী।

অ সি বু উ রিদো নং গী মীত্তা, ম তম্ খ র দং ত গী।

মথক্কী পরিভাবাদা হায়রিবা লঘু গুরুগী মচাকশিং অসি স্থনা স্নাওবনা ছন্দ অসি হরিণী হায়বছুনি, শৈরেং অসিগী অলঙ্কারদি "স্বভাবোক্ত" নি।

## ৩৩। মন্দাক্রান্তা।

পাদ অমমমদা মগণ ( ।। ।। ।। ) অম, নগণ ( — — — ) অম, তগণ ( ।। ।। — ) অনী, গুরু অনী মথং মথং কায়দনা লৈরবদি, হায়বদি পাদ খুদিংগী অহানুব ময়েক্ মরি, অহুগী তুংদা তরাগুবা, ১১ শুব, ১৪শুব, ১৬শুব, অহুগ ১৭শুবা ময়েক্ গুরু ওাক্ত ওইরবদি শৈরেং অহু "মন্দাক্রান্তা" হায়না কবি ময়াম্ কৌনৈ। অহুনা লঘু-গুরুগী মওংদি পাদ অমমমদা :—

।।। — — — ।।— ।। ।। – ।। ।। অমুম ওইব তারে ; মাহুদি :—

।। ।। ।। ।। — — — — — — ।। ।। — ।। ।। — ।। ।।
শা ক্রে ব র্ষা, ক জ র ব ম পৈ, কোয়্ন পাই রক্লি নোংগী

।। ।। ।। ।। — — — — — — ।। ।। — ।। ।। — ।। ।।
শা র ক্রে নীঙ্.খিজ র ব কয়া, লৈ ন থে ক্লা জ গোম্বী বু

।। ।। ।। ।। — — — —
রাহোংশিংনা থুন চুগ দগী, থোংব নোংগী মখোন্দা

।। ।। ।। ।। — — — — — ।। ।।— ।। ।। — ।। ।।
থেকৎলক্লে ক জ র ব মমৈ, শরু শক্লা উমংদা ॥

মথক্কা প্রীরিবা নিয়মগী মতুংইন্না লেংবনা শৈরেং অসি "মন্দাক্রান্তা" হায়বছুনি।

## ৩৪। শিখরিণী।

পাদ অমমমদা য়গণ ( — ‖ ‖ ) অম, মগণ ( ‖ ‖ ‖ ) অম, নগণ অম ( — — — ) অম, সগণ ( — — ‖ ) অম, ভগণ ( ‖ - - ) অম অদুগী লঘু অমগা গুরু অমগ মথং মথং লৈরবদি, হায়বদি পাদ খুদিংগী ১বা, ৭শুবা, ৮শুবা, ৯শুবা, ১০ — ১১শুবা, ১৪—১৫—১৬ শুবা ময়েক্লা হ্রস্ব ( অতেনব ) ওইরবদি শৈরেং অদু "শিখরিণী" কৌই।

য় ম ন স ভ

— ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ — — — — — ‖ ‖ — — — ‖
ম কম্ খঙ্ ত্রে ঙ্গ তা, ফ ন বু স্থু ম হোৎনৈ উ ন ন বা

— ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ — — — — — ‖ ‖ — — — ‖
থ মোয়্ স্থং দা লৈরে, ফ জ র ব ম শ ক্তো উ ছ নতা

— ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ — — — — — ‖ ‖ — — — ‖
ক র স্মা গী চেং লৌ, ফ জ য় ব ই-মীৎ না উ প দ গে?

— ‖ ‖ ‖ ‖ ‖ — — — — — ‖ ‖ — . . — ‖
পু ম স্মম্ খ্রে তাই বং, ফ জ র ব ম শক্তো উ দ ব দা।

পাদ খুদিংদা ময়েক খোঙ্গোক্ তরাভরেৎ-তরেৎনি। পাদ খুদিংগী ১—৭—৮—৯—১০ —১১—১৪—১৫ — ১৬শুবা ময়েকশৈ অয়াংবনি। অসুম লেংব শৈরেংবু কবিশিংনা শিখরিণী হায়ন খোল্লি। অদুনা মথকী শৈরেং অসি "শিখরিণী" নি।

## ৩৫। শার্দ্দূলবিক্রীড়িতম্।

পাদ খুদিংমক্ ময়েক খোম্থোক্ ১৯ন শাবা, অহুগা, পাদ খুদিংগী ১—২—৩—৬—৮—১২—১৩—১৪—১৬—১৭—১৯ শুবনা গুরুম্বা ওইরবা, অহু ওইরবদি শৈরেং অহু "শার্দ্দূলবিক্রীড়িত" কৌই।

কাউঙম্‌দে ফন তৌহুনা, ফজবদো লৈরে থমোয় মুংসিদা।
পাঙ্‌লে পাঙ্‌ন মপান্দ লৈ, অহুগনে ভূম্নে উরে মঙদম্
হুখ্রেদো পুখরে মুজা,-মপুহুনা পুক্লীং কদায় য়োমবু
হকচাংঙাক্ত মরৈহুনা করিবু কাম্নে হায়ুবা চান্নবী॥

শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংমক ময়েক্ খোম্থোক্ ১৯না শাই। অহানব-অলীশুবনচিংব ময়েক্‌শিং অসি মথক্ত হায়খ্রিবা নিয়ম অসিগী মতুংইন্ন অরুম্বগাক্ত ওইরি। অহুন, শৈরেং অসি "শার্দূলবিক্রীড়িত" হায়বহুনি।

## ৪৬। মালিনী।

পাদ অমমম্‌দা নগণ (— — —) অনী, মগণ (॥ ॥ ॥) অম, অহুগা যগণ (— ॥ ॥) য়াওরবদি হায়বদি পাদ খুদিংগী অহানবা লঘু ওইবা ময়েক তরুক্-তরুক্ অহুগী মতুংদা ১০শুবা, ১৩শুবা ময়েক্লা অমুক্ লঘু (অতেন্‌ব) ওইরগা, ৮শুবা ১৫শুব ময়েক্লা বিশ্রাম ওইরবদি শৈরেং অহু কবি পুন্নমক্লা "মালিনী" হায়না কৌনৈ। লঘু গুরুগী মওংদি —

ন ন য য য
(— — —) ( — — —) ( । ঃ । ) ( — ॥ ॥ ) ( — ॥ ॥ ) অদুম ওইগনি

মাছৃদি :—

(— — —) (— — —) ( । । । ) (— । । ) (— ॥ ॥ )
ক জ ব ত ন দি কৈ কা য়ৈ, ন পু ক্লীং দি চুম্দে।

(— — —) (— — —) ( । । । ) (— ॥ ॥ ) (— ॥ ॥ )
ক জ ব ত ন ম পা ন্দা, কৈ দ নো তৌ ব ঙ ম্বা।

(— — —) (— — —) ( । । । ) (— । । ) (— । । )
ক জ ন ব ত ম হোংনো, মুং দ তা তৌ ব ঙ ম্বা।

(— — —) (— — —) ( । । । ) (— । । ) ( — । ॥ )
ক জ ব ছৃ অ ছৃ ম ক্লে, হায়্ ন দো থ ভিঙ মী না।

শৈরেং অসি চপ চানা ছন্দ শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্ন "মালিনা" ছন্দদা শৈরেংবনি। মীতৈ শৈশকৃত অতুগী থাবল্ চোংবনচিংবগী লয়্-তাঞ্জা-মেঞ্জাদ য়াম্ন চুনব ছন্দনি, মীতৈ শৈরেং শৈশক য়াম্ন চুনবা, শাস্ত্রগী লৌকিক ছন্দশিংগী মমুংদমু অথোইব ওইনা কবি-শিংন শীজিন্নব ছন্দ মখৈগী পরিভাষা অমদি খুদম-শৈরেংশিং মথক্তা মথং মথং উৎগ্রে।

অসিগী মথংদা মীতৈ শৈরেং-ছন্দ খরগী মমিং পরিভাষা অমদি খুদম্ মথাদ ইরি :—

## ১। কোম্বীরৈ।

অহান্বৰ পাদদ ময়েক্-খোম্থোক্ তরুক য়াওবা, মতুংগী পাদ অহুম.দা ময়েক্-খোম্থোক্ (syllable) তরেৎ-তরেৎ য়াওবা, অদুগা ময়েক্ খুদিংমক্ মাত্রা অনী-অনী চিংদুনা লোইন গুরু ওইহন্বা, অদুগুম্বা শৈরেং অদুগী ছন্দ (খোঙচৎ) অদু "কোম্বীরৈ" হায়না খঙ্নগনি। মাদুদি :—

কো ম্বী রৈ   কো ম্বী রৈ। ... ... (খোম্থোক্ ৬)

ল ফেল্ না রা কো ম্বী রৈ।......( „ ৭)

ল মেল্ য়াইস্কুল্ লম্ দম্‌দা ......( „ ৭)

শা চচ রু য়ো কো ম্বী রৈ! ......( „ ৭)

মরিগুব পাদদা য়াওরিব "চচ"-"রু" অসি লঘু (অয়াংবা) মকনি। অদুবু শক্‌প-পাব মতম্‌দদি মাত্রা অনী-অনী চিংবনা গুরু ব্রকনি। কনা কনাগুম্বনা "চচ-রু" অনীমক্ অসি মশা অমতগী মমুংদা চিংশিন্‌খিদুনা শক্‌প য়াওই ; য়াম্ন য়াই। অদু ওইরবসু খোম্থোক্ তরেৎ ওইবদি ঈকায়-কায়দে।

শাৎহোরো   শাৎ হোরো। ...... (খোম্থোক্— ৬)

হৈল রাং মাইতোম্ শাৎ হোরো ...... ( „ — ৭)

॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
লৈহী পাম্বা খ্বাংজেংবা ...... ( „ — )

।: ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
পাই র ক্লে দো লৈ রাং ও। ...... ( „ — )

শৈরেং অসিগী অহান্‌ব পাদ ( foot ) দা খোম্হোক্ ৬ লৈ। অকোন্‌বগী পাদ খুদিংদা খোম্হোক্ ৭-৭ লৈ। ময়েক্—খোম্হোক্ খুদিংমক মাত্রা ২-২ চিংবনা গুরুমক্ত হায়বছু ওইরে : অদুনা শৈরেং অসিগী ছন্দ অসি "কোম্বীরৈ" হায়বদুনি। অসিগুম্ব অতৈবুসু খঙ-গনি অমদি লেংননবা হোৎনগদবনি। অসিগুম্বা—

"খঙ্‌হৌরো, খঙ্‌হৌরো
লৈবাকপুম্বা খঙ্‌হৌরো,
তাহৌরো তাহৌরো
মীয়ামপুম্বা তাহৌরো"

মাসি "কোম্বীরৈ" হায়্‌ব খোঙ্‌চৎ অদুনি।

## ২। পীথাদোই।

অহান্‌ব পাদ ( foot ) দা খোম্হোক্ তরুক্, লৈবা মরিগুব খোম্হোক্ত মাত্রা অমত মরৈবা অদুগা মতুংগী পাদদনা খোম্হোক্ তরেৎ লৈবা, অদুগী মনুংদা মগাগুবা ময়েক্ খোম্হোক্ত মাত্রা অমত মরৈবা, অতৈনা লোইন গুরু ওইবা শৈরেং অদু " পীথাদোই " কৌগনি। "কোম্বীরৈ"গা খেন্নবদি "কোম্বীরৈ"দনা মরিগুব খোখোক্ত

অকোন্‌বগী পাদগী মঙাশুবা খোম্থোক্ত মাত্রা অম ওইব— হায়বদি য়াওদে। অসিতনি খেন্নবা।

ǁ ǁ ǁ ǀ ǁ ǁ
পীথাদোই পি থা দোই। ('খাম্থোক্—৬)
ǁ ǁ ǁ ǁ ǁ ǁ ǁ
থাদোই থাদোই পি থা দোই। ( ,, —৭)
থাদোই পিথাদোই।
× × × ×
× × × ×

মতৌ অসুম্না অহান্‌ব শৈরেং পঙ্‌ক্তিদা ময়েক্ খোম্থোক্ তরুক্ত লেংলগ, অনীশুবদ তয়েংনা লেংলগা অহুমশুব অরোইব পঙ্‌ক্তিদা ময়েক্‌মঙাতন ওইবা শৈরেং অচুগী ছন্দচু "পীথাদোই" কৌগনি।

বিশেষ ওইনা "পীথাদাই" দ য়েংগদবদি :— অহান্‌ব পঙ্‌-ক্তিগী অহান্‌ব গুরু অশাংব ময়েক্ অচু, মরিশুব খোম্থোক্ ওইনা অমুক লাক্‌পদদি লঘু (অয়াংব মাত্রা অমত চিংবা) ওইগদবনি। মথংগী পঙ্‌ক্তিদা মঙাশুব ওইন লাকপদসু লঘু ওইগনি। অকোন্‌বা পঙ্‌ক্তিদা অহুমশুব ওইন লাকপদসু লঘু ওইগনি। অহান্‌ব লঘু ওইন লাকই হান্নারব ময়েকশিং অসি হান্নগী ময়েক অচু নত্তবু অতোপ্পন লাক্‌পসু য়াই।

মাছুদি :—

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬
ǁ ǁ ǁ ǁ ǁ ǁ
চা হৌ রো চা হৌরো।

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭
॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
চা নীঙ্ চা নিং চা ছৌ রো
১ ২ ৩ ৪ ৫
॥ ॥ ॥ ॥ ॥
চারো চা নিং বা ॥

মফম অসিদ অহান্ব ময়েক, গুরু ওইবা "চা" অসিন অতোপ্প, অতোপ্প পঙ্ক্তিদা ৪শুবা, ৫শুবা, অহুমশুব ওইন লাকপা মতমদা, "আ"গী খোম্থোক য়াওন-য়াওন মাত্রা অমত চিংবা ওইনা শৈরেং-শৈশক্-খোম্থোক্লি। অদুগা "পীথাদোই"গী পরিভাষা অদুগী নিয়ম ঐকায়, কায়দনা শৈরেংলি অদুনা শৈরেং অসিগী মমিং— "পীথাদোই" কৌই। অসিগুম্না :—

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬
॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
মালং বা মালং বা।

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭
॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥
তাই নং মা লং মালং বা।

১ ২ ৩ ৪ ৫
॥ ॥ ॥ ॥ ॥
তাইবং মালং বা।

শৈরেং অসিস্থ "পীথাদোই"নি। "পীথাদোই"গী মাত্রা ছন্দ কায়দা শকপা য়াগনি। শৈরেং অমবু "পীথাদোই"দা লেংগে হায়রবদি নিয়ম কায়দনা লেংগদবনি। মাত্রা অনী-অনী চঙ্লিবশিংসিগী মহুত্তা, মাত্রা অমমম্তন শাবা লঘু ওইরা ময়েক-খোম্থোক অনীনা শিন্দুনা লেংব-শকপস্থ য়াগনি। লঘু স্বরবু মাত্রা অনী অনী কানচিংহনা অশাংব-গুরু ময়েককুম শীজিন্নবস্থ য়াগনি। অদৌ লোন্দগী

শৈরেং-শৈশককী মীতৈরোলগী শৈরেং-শৈশকী খোন্থাক বিশেষ ওই-রিবদি মতাং অসিদনি। মাদুদি :—

॥ ॥ ॥  ॥ ॥ ॥
"অঙৌবা  সগো ম্নী।

▮ ▮  ▮ ▮  ॥  ॥ ॥
মমৈ  গেগে  লাউ ব নি।

॥ ॥  ॥ ॥ ॥
ম হৈ  হৈ ব নি।"

মফম্ অসিদা "অ"বু মাত্রা অনীদ চিংদুনা "লা"বু মাত্রা অমতাংত চিংদুনা "হৈ"বু মাত্রা অমতদ চিংদুনা "পীথাদোই"—খোঙচৎ (ছন্দ)ত শৈশক্প য়াগনি। অম্সুম্ন অতৈবুস্ন লেংগদবনি।

## ৩। থাবল্চোংবী

তান্থাতাঞ্জা কায়দনা কায়দনবা, করি-করিগুম্ব মতম্দা লঘুস্বরদা মাত্রা অনী, দীর্ঘ (গুরু) স্বরদস্নমাত্রা অমতং চঙহন্দুনা, ময়েক খোঙ্হোক নিপালগী মমুংদা শৈশক্ শৈরেংলবদি ছন্দ অদু "থাবল-চোংবী" হায়না কৌগনি। মাদুদি :—

১ ২ ৩ ৪ ৫  ৬ ৭ ৮
।
নুমিদাং  রাইগী, কান্দুদা,

১ ২ ৩ ৪ ৫  ৬ ৭ ৮
।
নুমিৎন  চীংয়া, থাংবদা

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮
।
চীংয়ান খেঙ্লোং লাংবদা
× × × × × × × ×
× × × × × × × ×

মথক্কী শৈরেং অসি মাত্রা অমমমদা ময়েক খোঙ্নোক্ নিপাল নিপান্ন শাবনি। ছন্দশাস্ত্রগী মতুং ইন্ন ছন্দ অসি অনুষ্টুপ হায়বত্নি। পাদ খুদিংগী তরেৎ ময়েক-খোঙ্নোক অসি লঘু (অতেনবা) নি। পাদগী খুদিংগী মঙা-মঙাশুবা ময়েক্ খোঙ্নোক্ত অতোপ্প তাম্না অম লাক্তিন্ত্রকাওবা বিশ্রাম তৌগদবনি। "থাবল্চোংবী" ছন্দগী খুদম্ খন্ন মখাদ ইরক্তিন্ত্রভৈদা ছন্দ অসিগী মরমদ্র খঙ্জিনগদবা শরুক খরদং ইরি:—

১। পাদখুদিংগী অহানবা বিশ্রাম (পোথাকম)গী মনুংদা লৈরিব খোঙ্নোক্-ময়েকশিং অহু মাত্রা মশীঙতবু মান্নরবদি, ময়েক মশীঙদা হেন্দোক হেল্লিন তৌব য়াই। মাহুদি:—

"মুমিদাংরাইগী কান্দুদা" হায়বসিগ "খোইরেন্তাকী লময়াইদা" হায়বসিগ অনী অসিদা য়াওনরিবা ময়েকশিংগী মশীঙ অসি মান্নদে অহুগা মাত্রামশীঙদি মান্নে। মাহুদি:—

| | | |
|---|---|---|
| মু— মাত্রা—১ | | খোই—মাত্রা—২ |
| মি— ,, —১ | | রেন— ,, —২ |
| দাং— ,, —২ | | তাক— ,, —২ |
| রাই— ,, —২ | | কী— ,, —২ |
| গী— ,, —২ | | |
| ৮ | | ৮ |

কা—„ ২ | লম—„—২
ন্দু—„ ১ | য়াই—„—১
দা—„ ২ | দ— „—১

মরম অচুনা মাত্রা মশীঙদা মাল্লবনা, ময়েক মাল্লব্রবসু

॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ।

খোইরেন্তাকী লময়াইদা—

॥ ॥ ॥ ॥ । ॥ ॥

পাম্বা কৈরেল, অথৌবা—

। ॥ ॥ ॥ ॥ ॥ ॥

ময়াবুকবাক্ খন্দুনা—

× × × × × ×

× × × × × ×

মখোয়সিগুম্বসি "থাবলচোংবী" ছন্দ ( খোঙচৎ ) মকুনি ; অতৈসু অসুম্না খঙগদবনি।

২। "থাবল-চোংবী"গী হায়রিবা মাত্রাশিং অসিবু কায়দনা চোংব য়াই হায়চুনসু, ময়েক খোম্থোক অনীতনা অহুমতনা লেংববুসু "থাবলচোংবা" নি হায়বদি য়ারোই। মাছুদি :—"তা হে—চোংসিদো" হায়বদা চঙখিব অরাওব মাত্রা অনাহুতগী মমুংদ—"খোইরেন্তাকী লময়াইদা" হায়বসিদা য়াওরিবা অসুক য়াম্ব ময়েক—খোম্থোকশিং অসি চলহন্দুনা তাম্বা-মেপ্পা কায়দবা শৈশকপদি য়াই হায়ববু— "তাহে চোংসিদো" হায়বসিগা "খোইরেন্তাকী লময়াইদা" হায়বসিগ অনীসি ছন্দ মওং মশা অমতগীনি হায়বদি য়াদে। মাসিদগী ঐখোয়না করি খঙবগে হায়ববু— "থাবলচোংবী" গী তাম্বা-মেপ্পাদা অতোপ অতোপ্প ছন্দগী শৈরেং কয়াকয়াবু শৈশকপ য়াই হায়বসি খঙিঙ

## ৫। থাবুংদোন্

মাত্রাতাম্বা মরিগী মন্নুংদা, রাংনপারবদাময়েক খোম্থোক-মত্তান পাদ অমগী মনুংদা য়াওবা, অতুগা পাদ খুদিংদা খোম্থোক অনী অনীদা বিশ্রাম (pose) ওইবা শৈরেং অতু "থাবুংদোন" হায়ব ছন্দ অতুনি। মাতুদি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| থা থা | থা বুং | দোন্।— | ৫ |
| ন চা | মোইরা | ম্বী পোবিগে — | ৮ |
| পো কী | শনম্ | শম্বিগে।— | ৭ |
| হৈ বোং | মশা | অমতা— | ৭ |
| × × | × | × × × | |
| × × | × | × × × | |

শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংদা, মরক্তী খোম্থোক অনী অনীগী মতুংদা বিশ্রাম অমুমুক ওই। পঙক্তি অমদা য়াম্নবদা ময়েক খোম্থোক নিপান্দগী হেন্দে। অসিগুম্বা শৈরেং অসি "থাবুংদোন্ ছন্দ" হায়বদি "থাবুংদোন-খোঙচৎ" হায়ন খঙনগনি। অসিগুম্না :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| য়েংলো | লৈরাং | শিং— | ৫ |
| পৃথ্রী | মপান্ | কবোকলৈ।— | ৭ |
| লাইশং | ময়া | সনারৈ।— | ৭ |
| × × | × × | × × × | |
| × × | × × | × × × | |

অহানব পাদদা ময়েক খোম্থোক মত্তাও ওইবা অতুগা—ময়েক-খোম্থোক অনী অনিদা বিশ্রাম ওইবা, ময়েক খোম্থোক (Syllable) নিপান্দগী তাবনক্তন হেন্দোকত্তবা শৈরেং শৈশক অসিগুম্বসি "থাবুং-দোন- খোঙচৎ" কী শৈরেংনি হায়ন খঙগদবনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| য়েংলো | কুম্মৈ | সে !— | ৫ |
| চরৈ | ফিবু | লোথোকই— | ৭ |
| পামু | নাক্ত | লংশিম্লি— | ৭ |
| মুজা | মিস্না | অনীদো— | ৭ |
| মুংশি | মায়থোং | থাজবু— | ৭ |
| চেক্লা | নোংঙিল | মতৌগুম— | ৭ |
| হম্ন | হম্না | চুপ চথি।— | ৭ |

শৈরেং অসি পাদ খুদিংদা ময়েক খোম্হোক তরেৎ — তরেত্তুনি। খোম্হোক অনী অনীত্তুদ বিশ্রাম ওই। ঈহান হানব পাদদা ময়েক খোম্হোক মঙাত্তুনি। অতুনা মাসি "থাবুংদোন খোঙচৎ" ত্তা লেংবনি। "থাবুংদো" শৈরেংগী বিশেষতা ( Speciality) হায়বদু— ঈহান-হানব পাদদা ময়েক-খোম্হোক মঙা লৈরগা অতৈদনা নিপান্দগী হেন্দনা লৈবা অসিনি। অতুনা :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| সে সে | সেবোত্তি | | —৫ |
| × × | × × | × × × | |
| × × | × × | × × × | |
| ২ | ২ | ৩ | |
| লাইশ্রম | মচা | ভুবোম্নি— | ৭ |
| × × | × × | × × × | ৭ |

মাসিসু "থাবুংদোন" খোঙচত্তা শৈশকখিবনি।

| | | | |
|---|---|---|---|
| কল | লক | ইদে— | ৫ |
| চীঙদ | শাংপ | ইঙৈম্লে — | ৭ |
| চিম্ন | দনা | কেন্থিবা— | ৭ |
| × × | × × | × × ×— | |
| × × | × × | × × ×— | |

অসিগুম্বনচিংবা শৈরেং অতৈ অতৈগীম্তু শৈরেং-খোঙচং লেপ-কদবনি।

মমাঙৈগী মীতৈ কবিশিংনা শৈরেং অয়াম্ব হায়রিবা শৈরেং অসিগী ছন্দদা লেংনখিরম্মি। মাহুদি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২ | ২ | ১ | |
| কৈবুং | য়োহৌ | রে— | ৫ |
| ৩ | ২ | ৩ | |
| ইভাউবু | শোকপা | কৈহুদি— | ৮ |
| ময়া | কবাক | খন্দুমা— | ৭ |
| মমৈ | ফিরাল | শাহুনা— | ৭ |
| কৈবুং | য়োহৌ | রে— | ৫ |

অসিনচিংবা……

হৌজিক লেংনরক্লিবা অনৌ অনৌবা শৈরেংশিং অসি হায়রিব মওং অসিদা লেংবনা অয়াম্বনি খুদম খরা মখাদ ইরি :—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| | ২ | ২ | ৩ | |
| ১। | মণি | পরেং | খোল্লিবী— | ৭ |
| | ঈমা | ঐগী | মুংশিবী— | ৭ |
| | ঈমা | ঈমা | কৌজগে — | ৭ |
| | পক | দরা | রেংজগে— | ৭ |
| | × × | × × | × × × | |
| | × × | × × | × × × | |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| | ২ | ২ | ৩ | |
| ২। | "লৈরাং | নংবু | কনানো ?— | ৭ |
| | ২ | ২ | ৩ | |
| | লোইবী | চীংগী | নাপোম্‌দা— | ৭ |

| | | |
|---|---|---|
| পাম্খেল | কাম্লে | মখোঙদা— ৭ |
| লৈকা | ফম্না | নোকইবা ?”—৭ |
| × × | × × | × × × |
| × × | × × | × × × |
| ২ | ২ | ৩ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩ । | নোংঙাল | লমদাই | য়ৌরক্লে— ৭ |
| | চরোই | তেস্থু | খোংলক্লে— ৭ |
| | কাকী | লানবাউ | চেক্লম্লে— ৭ |

অসিনচিংবা ।

য়েংগদবা :—পাদ (foot) খুদিংগীময়েক খোম্থোক অনী-অনীদা তাংকক ওইহনা বিশ্রাম ওইরবা, অদুগা অহুমশুব-অরোইবা তাংকক্তা ময়েক খোম্থোক-অহুমদগী থক হেন্দবা শৈরেং মখৈ থাবুং-দোনছন্দনি। অসিগুম্বা শৈরেংদা অহানবা পাদনা তেনগে হায়না তেল্লবদা ময়েক খোম্থোক ৫ (মঙা) দগীদি তাব য়াদে।

## ৬ । শম্রেস্বী ।

অহান্ব শৈহৌ-পাদদা লৈব অশাংব ময়েক্ খোম্থোক্ তরুক্পু ৩—৩ থোক্ল থাম্রদোক্লগা মতুং-পাদশিংন “থাবুংদোন্” ছন্দগা মান্ন-থবদি শৈরেং অদু “শম্রেস্বী” কৌগনি।

মাহ্নদি :—

| | | |
|---|---|---|
| ৩ | ৩ | |
| শম্রেস্বী | খোরক্লো | —৬ |
| ২ | ২ | ৫ |
| মহুম্ | পোন্দেল্ } পোম্লেল্ } | শাখিগে – ৭ |

| | | |
|---|---|---|
| লাই(গি) | থুবাক্ | থুবিগে—৩ |
| × × | × × | × × × |
| × × | × × | × × × |

শৈরেং অসিগী অহান্‌বা পাদ অসি ময়েক্ খোম্থোক্ তরুক্ক শাই। খোম্থোক্ থুদিংমক্ অশাংবমক্তনি। খোম্থোক্ অহুম-অহুমদা বিশ্রাম ওই। মতুংগীনা, ময়েক্ খোম্থোক অনী-অনীদা বিশ্রাম ওইহুনা "থাবুংদোন্" খোঙ্‌চৎকা অম্মা ওই। "থাবুংদোন্"গা "শন্ত্রেশ্বী"গা খেন্নবদি অহান্‌বা পাদ অহুতদনি। অতৈ পাদশিংদদি চপ মান্নে। "শন্ত্রেশ্বী" খোঙচৎকা "কোম্বীরৈ" খোঙচৎকা ময়েক্ মাত্রা মশীঙদা খেন্নবহু মুম্না য়েংগদবনি।

| | | |
|---|---|---|
| লৈরাংও | শিঙ্গারৈ ! | |
| ॥ | | ▮ ▮ ॥ |
| খোইমু | কনা | ঙাইবগে ? |
| | | ▮ ॥ ॥ |
| লৈরাং | পুন্‌শি | তেঙ্লিদো, |
| | | ▮ ॥ ॥ |
| মাবু | ঙাইহু | কান্নদে। |
| | | ॥ ॥ ॥ |
| বংনা | কেন্‌বা | ম্লাওরোই। |
| | | ॥ ॥ ॥ |
| খোইমু | মান | তোংবদা |
| | | ॥ ॥ ॥ |
| পুন্‌শি | অহুম্ | লোইগনি।" |

মথকী শৈরেং অসিগী অহানবা পাদ অসি ময়েক খোম্থোক তরুকনি। খোম্থোক অহুম-অহুমদা বিশ্রাম ওই। মতুংগী পাদশিংদনা

তাংকক অহুম অহুম অহুগী অহানবগী অনীনা ময়েক খোম্থোক অনী অনীতনা চপ-চপ মায়ন শাই। পাদ খুদিংগী অহুমগুবা তাংককশিং অহুনা ময়েক খোম্থোক অহুম অহুম শাই। অহুম অহুগী ময়ুংদমক্তা ময়াম থংবা ময়েকশিং অহু লঘু স্বরগী খোম্থোক মঙনি। হায়রবদি রগণ (।।—।।) মঙনি। মাহুদি :—

।। — ।।
ঙাই ব গে= রগণ (।।—।।)
।। — ।।
তে মি দো= „ (।।—।।)
।। — ।।
কা ম দে= „ (।।—।।)
।। — ।।
য়াও র রোই= „ (।।—।।)
।। — ।।
ভোং ব দা= „ (।।—।।)
।। — ।।
লোই গ নি (না)= „ (।।—।।)

অসুম্না অহুমগুবা তাংককী ময়ামথংবা ময়েকশিং অসি লঘু (অয়াংবা) মঙনি। মাসিদা অশাংব (গুরু ময়েক) অমতং য়াও-খিবদা "শস্ত্রেশ্বরী"গী খোঙচৎ শৈশক "খোঙচৎ" অকায়বা (ছন্দোভঙ্গ) ওইগনি 'থাবুংদোন" গ "শস্ত্রেশ্বরী" গা অনীগী মরক্ত খেন্নরিবা "মাত্রা লয়-তাঙ্গা" নচিংবসি মুম্ন য়েংগদবনি। "শস্ত্রেশ্বরী" ছন্দগী খুদম খর মখাদ্দ পীরি :—

| | | |
|---|---|---|
| ॥ ॥ ॥ | ॥ ॥ ॥ । | |
| থাবল্লে | শাকথলো | |
| | | ॥ — ॥ |
| শরৎ— | থাজ | থোকলিগে। |
| | | ॥ — ॥ |
| থাবল— | ইপোম | হৌরিগে। |
| | | ॥ — ॥ |
| খোইমু— | মপৈ | পাইররে। |
| | | ॥ — ॥ |
| নংগী— | ননম | খঙবশিং॥ |

মথক্কী শৈরেং অসি "শদ্রেম্বী" হায়ব ছন্দ অদুগী পরিভাষা অদু ঊকায়-কায়দনা লেংলি।

## ৭। "তাংকক মরি নাইবী"

তাংকক খুদিংগী ময়েক-খোম্হোক্-মশীঙদা অকরুবা থমদনা, তাম্না-তাঙ্গা-মাত্রাদি কায়দন তাংকক মরি মরিদা বিশ্রাম ওইহন্দুনা শৈরেংগী ছন্দ অদু "তাংকক-মরি নাইবী" হায়না কৌগনি। মাদুদি—

মমাঙ—লৈকাই—থম্বাল—শাংলে।
মনীঙ--লৈকাই—খোইমু—ইল্লে।
শাবিলাউ—লাউ—চংসি—লাউ।
কল্লকপ—য়াম্নি—কঙ্গাউবা—য়াম্নি
মাঙদা—থারো—লাউ

মীতৈ-শৈরেং-ছন্দ অয়াম্বদা অহানব নম্রগা অরোইবা পাদগী ময়েক-খোম্হোক (Syllable) শিং অসি অতৈ মরক্কী পাদশিংগীদগী য়াংথৈ। মাসি কবি জয়দেবচিংবগী গীতিশ্লোকনচিংবদসু তৌনৈ।

অহুনা মথক্ত শৈরেংদা অরোইব পাদদা তাংকক অহুম ত ঙাম্নরিবসি "তাংকক্ মরি-নাইবী" হায়ব শৈরেং অসিদা দোষ লৈতে। খুদম খরা মখাদ ইরি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| থরো | মাল্লো | ঙম | থোইনা |
| খাঙঙ্ | খাঙ্ | থক্ত | করি |
| য়াইবী | থাগে | খল্লি | মংনা |
| খাঙব | কনবনা | ফম্বেল | ফংঙি |
| থম্বাল | নংবু | 'মুক্তদি | খল্লু |
| থম্বাল | ঈমা | চমম | নরে |
| নহাক | থক্ত | ঈমা | মাঙলে |
| লৈপাক | কূম্মে | ওইরে | উরে |

শৈরেংশিং অসি "তাংকক-মরি-নাইবী" মক্তনি।

## ৮। "ময়েক-খোম্থোক-শীঙমান্নবী"

### ( সমবৃত্ত ছন্দ )

পাদ ( foot ) মরিমক্ত ময়েক-খোম্থোক ( Syllable ) মশীঙ চপ-চপ মান্নন৷ য়াওরবদি শৈরেং অহু "ময়েক-খোম্থোক শীঙমান্নবী" কৌগনি। মীতৈ কবি অয়াম্বনা শৈরেং মপুম অমবু ময়েক-খোম্থোক শীঙমান্নবী" দা খক লেংনদে। মাহুদি :--"থায়নগী লৈরাং" দা—

না র ক্ত শাং পা লৈ রাং না
। । । । । । । ।
ন ম্বি ন ব য়াও দ না ০
। । । । । । । ।
অ রে ম্ব দা কেন ব শুম ০

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| । | । | । | । | । | । | । | । |
| ঐ | য়াই | দ | লোং | প | ম | নি | না |
| । | । | । | । | । | । | । | । |
| য়েং | বি | ন | ব | লৈ | ত | না | ০ |
| । | । | । | । | । | । | । | । |
| অ | রে | ম্ব | দ | ঙান | ব | শুম | ০ |
| × | × | × | × | × | × | × | × |

অসিনচিংব শৈরেংসিদ পাদ খুদিংমক্কী ময়েক খোম্থোক মশীং মায়দে। পাদ মরিগী মন্নুংদা অনী অনীগীদি মায়ব য়াওব অর্দ্ধসমবৃত্ত কৌবা অহুগুম্ব শৈরেংস্থ ময়াও-ই। খুদম ওইনা হায়রবদা মথক্কী শৈরেংসিদা অহানব পাদগ মরিশুবা পাদগ ময়েক খোম্থোক মশীঙ মায়ে। অনীশুবগ, অহুমশুবগা অনী অসিমা মায়ে। অনী অনী ম্য়ায়রবনিনা পাদ মরিনা শাব শৈরেং মপুম অমগীদি "তংখাইমায়বা" ( অর্দ্ধসমবৃত্ত ) হায়বহু ওইরগদবদা, মাহুস্থ হায়ব য়াদ্রে। মরমদি, পাদ মরিগী মন্নুংদা করিগুম্ব সমাপিকা ক্রিয়া ( Finate verb ) অমত্ত য়াওখিদবনা পাদ মরিনা মপুং ফান শারব শৈরেং (Verse) অমনিস্থ হায়ব য়াদ্রে। আ-পাদ মঙা তরুক্কী মতুংদা "ঙাম্লম্মি" হায়বা ক্রিয়া অসি লাকৃই। অহুনা হৌজিক কাওবা পাদ (পঙক্তি-foot) কয়ান শৈরেং মতেক ( Verse-শ্লোক) অম শাগদগে হায়বহু মীতৈ কবিশিংন লেপত্রি। মপুম অমগী শরুক মরি থোক্লগা শরুক অমবু পাদ (পৌরা-পারা—foot-খোঙ ) কৌই। অহুনা অতৈ অতৈ লোলগী শৈরেংদ পাদমরিনা শৈরেং মপুম অম ফাহয়ে। অহুগী মতুং ইন্ন মতাং অসিদস্থ থম্মারি। করিগুম্বা মতমদা বাঙ্গলাগী লঘুত্রিপদী ( পাদ অহুমতন

শাবী ) গুম্বা পাদ অহুমতগী শৈরেংস্থ মীতৈ কবিশিংনা লেংনৈ। মথুদি :—

"চৌংদ শাংপা ইণ্ডৈল্লে, চিন্নদনা কেনখিবা
কম্নকুই—দে ।।"

× × × × × × ×
× × × × × × ×

পাদ মরিমকতা ময়েক-খোম্বোক্ মশীং মাম্নবা ( সমবৃত্তছন্দ ) শৈরেংগী খুদম খর মখাদা উংলি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২ | ৩ | ৩ | ৩ | |
| খম্বাল | উবদা | করিগী | থরোও | —১১ |
| ২ | ৩ | ৩ | | |
| মায়খোং | লাংনবু | অসিদা | লৈবনো | —১১ |
| ২ | ৩ | ৩ | ৩ | |
| মঙায়রে | খজিক্ত | নহাক্ন | নোকপবু | —১১ |
| ২ | ৩ | ৩ | ৩ | |
| অহুম | উরগা | খম্বাম্ন | কপ্পদো | —১১ |

মথক্কী শৈরেং অসিদা পাদ খুদিং খুদিংগী ময়েক-খোম্বোক ( Syllable ) মশীং মাম্নবত নত্তনা তাংকক খুদিংগী মপা চান-চান ময়েক খোম্বোক মশীঙ মাম্নরিবসি য়েংশিনগদবনি। অহুনা মথক্কী শৈরেং মতেক ( Stanza ) অসি "তাংকক মরি নাইবী" শিংগী মন্নুংদা। "ময়েক-খোম্বোক-শীঙমন্নবী" হায়ব শৈরেং অহুনি। অহুনাদ তাংকক নাইবী শৈরেংশিংগী মন্নুংদা, পাদ মরিমক্কী ময়েক খোম্বোক

মায়বনা "সমবৃত্ত" তংখাই মায়বনা হায়বদি অনী অনী মায়খনা "অর্দ্ধ সমবৃত্ত" অহুগা পাদ অনীদগী হেন্না মায়খিদবনা "বিষমবৃত্ত" অসুম হায়না অহুম থোক্না ছন্দশাস্ত্রনা খাযরি। মখোয়গী খুদম মথংশীংনা ইথরক্নি ঙৈদা "সমবৃত্ত"গী খুদম খরমু অমুক মথাদ ইরি :—

| | |
|---|---|
| ৪ | ৩ |
| । । । । | । । । |
| ১। নোংঙাল্লমদাই | যৌরকলে । — ৭ |
| । | |
| ৪ | ৩ |
| । । । । | । । । |
| চীং খৈ-ঙিত্থুপ | ছুমলকলে । — ৭ |
| । | |
| ৪ | ৩ |
| । । । : | । । । |
| কাক্ কী লানবাউ | চেললকলো — ৭ |
| । | |
| ৪ | ৩ |
| । । । । | |
| চরোই তে তু | খোংলকলে ।। — ৭ |
| × × × × | × × |
| × × × × | × × |
| × × × × | × × |

২ ২ ৩

২। চৎলো— চৎলো— অচানবা। —৭

তয়ুম— নয়ুম— কুমজরো —৭

| | | | |
|---|---|---|---|
| | ২ | ২ | |
| সনা— | য়াথং— | ফংবদা | —৭ |
| মনাই— | ম্মুদা— | চংখরে | —৭ |

## ৯। তংখাই-খোম্হোক-শীঙ মান্নবী

( অর্দ্ধসমবৃত্ত )

| | | |
|---|---|---|
| ২ | ২ | ৩ |
| চীঙনা | কোয়না | পঙ্গাবা……৭ |
| ২ | ২ | ৩ |
| হাওনা | কোরনা | পনঙাকৃপা…৭ |
| ২ | ৩ | ৩ |
| লৈবাক | অসিমক | মুংশিদা… ৮ |
| ২ | ৩ | ৩ |
| 'সিদা | শিজবা | পামজৈদা…৮ |

মথক্কী শৈরেং অসিদা, অহান্‌বগা অনীশুবগা পাদ অনী অসিমা ময়েক খোম্হোক মশীঙ মান্নে। অহুম শুবগা মরিশুবগা অম মান্নে। অহুনা, পাদ মরিনা শাবসিদা অনী-অনী মান্নখ্রবাননা "তাংকক্ অহুমনাইবী" শৈরেংগী মহুংদা "তংখাই খোম্হোক-মান্নবী" (অর্দ্ধসমবৃত্ত) হায়বা শৈরেং অমু ওইরে। অতৈস্নু অসিগুম্না খঙগদবনি, শৈরেং-গদবনি।

## ১০। "খোম্হোক শীঙমান্নদবী"

( বিষমবৃত্ত )

পাদ খুদিংমক্ অমগ অমগ ময়েক খোম্হোক মশীঙদা অমত্ত মান্নদ্রবদি শৈরেং অমু "খোম্হোক শীঙমান্নবদী" ( বিষমবৃত্ত ছন্দ ) হায়ন কৌই। মহুদি :—

| | | |
|---|---|---|
| ২ | ২ | ৩ |
| পলেম | শকপী | ঈমাও।— ৭ |
| ফুরা | দোলালগ্নু | মিহৌদে।—৮ |
| ২ | ৩ | ৪ |
| ফিজেং | চাকচাম্নু | কলকচদে —৯ |
| ২ | ৪ | ৪ |
| নংগী | সেবাবৃত | মথঙৌদো—১০ |

মথক্কী শৈরেং অসিগী পাদ খুদিংমক্ত ময়েক-খোম্বোক মশীঙ অমত মান্নদে। অদুনা শৈরেং অসি 'খোম্বোক শীঙমান্নদবী" (বিধমবৃত্ত) হায়বা ছন্দ ( খোম্থাং ) অদুদা লেংবনি। অসিগুম্ন অতৈম্নু খঙগদবনি অমদি লেংগদবনি।

ময়েক খোম্বোক্ মশীঙ খেন্নবগী মতুং ইন্না হায়রিবা অদুম অসিগী মম্নুংদা, "ময়েক-খোম্বোক শীঙমান্নবী" হায়ব সিঙনা মথক্ত ইখ্রিবা শৈরেং মখল পুম্বদা লৈগল্লি।

"মতোম্বাব মান্নবী—মতোম্বাব মান্নদবী" শৈরেংগী পরিভাষা অমদি বিচারাদি, ছন্দ ( শৈরেং খোঙচৎ ) গী বিষয়দা অদুক য়াম্ন কম্ন মম্নুংচলহন্দুনা খন্নকম খোক্তবনা, "শৈরেং খোঙচৎ" হায়বা লাইরিক অসিগী মম্নুংদা খোইন কুপ্নইত্রে। মাসিদি "শৈরেং-লৈতেং" হায়ব লাইরিক অদুদা কুপ্ন ইখ্রবনি। লাইরিক অসিদা য়াওখ্রিবা মীতৈরোলগী, শাস্ত্রীয় অমদি লৌকিক ছন্দ পুম্নমক্কী শৈরেংশি খুদম ওইন পীখ্রিবদো, "মতোম্বাব মান্নবী" নত্রগা "মতোম্বাব মান্নদবী"গী মওংদা লেংহুনা ওম্বোকপ য়াগনি খুদম ওইন হায়রবদা—"পীথাদোই" ছন্দগী শৈরেং অমবু "মতোম্বাব মান্নবী"দা লেংগে হায়রবদি :—

"য়েংহৌয়ো, উহৌরো— ৬
য়েংনিং য়েংনিং য়েংহোয়ো— ৭
চনীঙ তাহৌয়ো।"—৫
অস্থুম লেংব তারে।

শৈরেং মতেক অসি "পীথাদোই" ছন্দগী "মতোন্তাব মান্নবী"গী মওংদা লেংবনি। মাসিবু, ছন্দদি ঈকায় কান্নদনা "মতোন্তাব মান্নদবী" গী মওংদ ওইহনগে হায়রবদি :—

য়েংহৌরো, উহৌরো— ৬
য়েংনিং য়েংনিং য়েংহৌবা— ৭
চনীঙ তানবু— ৫
অস্থুম ওইহনব তারে।

মাসি "মতোন্তাব মান্নদবী পীথাদোই" হায়বা ছন্দ অমুগী খুদমনি। মতোন্তাব মান্নদবগী বিষয়সি "শৈরেং লৈতেং"গীনি। শৈরেং লৈতেংগী মমুংদমু রাহৈলৈতেং (শব্দালঙ্কর) মমুংচল্লি। মতৌ অসিগুম শাস্ত্রায় ছন্দগীমু "মতোন্তাব মান্নবী মতোন্তাব মান্নদবী"গী মওংদা শেমদোক শেমজিন্তোহনা শৈরেংৰ য়াগনি। মাহুদি :—"মদলেখা" ছন্দগী মতোন্তাব মান্নবী"গী শৈরে লেংগে হায়রবদি :—

।। ।। ।। ।। - - ।। ।।
পেল্লে থোইনবু পেল্লে।— ৭
।। ।। ।। - - ।। ।।
মায়থোং য়েংবদ থঙলে।— ৭
।। ।। ।। - - ।। ।।
পুল্লীং শোয়দন শেংলে।— ৭
।। ।। ।। - - ।। ।।
পেল্লে থম্নবু থেংলে — ৭

অহুম লেংৱ তারে। ছন্দ অসিমক্পু কায়দনা অমুক "মতোন্তব-মায়দবী"দা লেংগে হায়রবদি ঃ—

॥ ॥ ॥ -- ॥ ॥

পেল্লে থোইনবু পেল্লে—৭

॥ ॥ ॥ -- ॥ ॥

নংনা থোকপহু তৌরো—৭

॥ ॥ ॥ -- ॥ ॥

পুক্নীং থোইনবু রাম্ন— ৭

নীংঙবা থুংনব তৌনী— ৭

শৈরেং অসি "মদলেখা"গী মওংদ ঈকায় কায়দনা "মতোন্তাব মায়দবী" ওইনা লেংলি। মতোন্তাব মায়ব-মায়দবনা ছন্দগী মশক হোংহনবা য়াব নত্তে।

"মতোন্তাব মায়বা" হায়বসিমক মওং অহুম থোক্লে।

(১) ব্যঞ্জন গ ব্যঞ্জন গ মায়ব অম।

(২) স্বরগ তিন্নব ব্যঞ্জন মশেল মায়ব অম।

(৩) স্বরগা স্বরগা মায়ব অম। মখোয়গী খুদমশিং ঃ—

ওইগনি নংনা, শোয়দন মকোক্ } ব্যঞ্জন মশেল মায়ব
য়ানগনি মহৈ, শোয়দন মপোক্ }

শোল্লনে পুক্নীং, হরিগী নীংথিবা কোলোয় } স্বরগতিন্নবা
× × × পেল্লোই } ব্যঞ্জন মশেল মায়বা

লোক মহাক্পু, পুরকুউ, } স্বর মশের মতোন্তাব মায়বী।
করি তৌরম্বগেন্ন, খঙলকুউ }

ঐ—কৈ, লোই—ওই থোক্—পোক্—ওক_নং—নঙ অসিগুম্ব তোঙাশিং অসি মতোন্তাব ম্রায়বনি হায়না লৌগনি।

হৌজিক্কী কনা কনাগুম্বা শৈরেংবা-অশৈবশিংনা লঘুগুরু-লয়ছন্দগী বিচারবু খোইন কুপ্ন য়েংলুদনা পংক্তি ( পাদ foot ), অমনা নিয়ম নাইদনা শাংহল্লগা পাদ অমনা তোক্লীওব মফমদা খঙতোক তোক-তুনা শৈরেং মখোয়শিংতু বিষমবৃত্ত ( Blank verse ) দা লেংবা শৈরেং মক্তনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু বিষমবৃত্তদা অদুক্কী মতাক শৈরেংলগা করিহ শক্তিনা অদুক্কী মতীক হন্থবা ওই। মাদুম লোইন তৌনরবদি গদ্য গা পদ্য গা খেন্নবস্থ লৈররোই।

ব্যাকরণদা—বিশেষ্য বিশেষণ নচিংব কদায়বু কৌবগে হায়না হুংবদা চপচানা, খুদম অমদি পরিভাষা মীতৈরোন্দা পীরবসিগুম্না, “ভৈরবী রাগিণী” কদায়বু কৌবগে হায়না হুংলবদা চপচানা মীতৈ-রোন্দা পরিভাষা অমদি খুদম পীদুনা শরুরিবসিগুম্না, “বসন্ততিলক” ছন্দ কদায়বু কৌবগে হায়রবদি মীতৈরোন্দা চপ চানা পরিভাষা-সংজ্ঞানচিংব খুদম্ পীদুনা, লেংগদবনি, শক্তদবনি। লোল-লোল খেন্নরবস্থ, আর্যা ঋষিশিংগী ধরণ ইনব-তম্বনা চুম্মি। নত্রবদি মী পুম্বা শৈরেং হৈব কবি ওাক্ত ওইখগনি।

## লোইরবা